এন. আই. সেরিজ ণি



লুঠাঙ্গ

# সুবিকা

(য়ুম্থোঙ্গি পাজি)

নাউরোইবম্ ইন্দ্রমনি

# সুবিকা

(মৈতৈগী য়ূম্‌থোঙ্গী পাঞ্জি)

নাউবোইবম্‌ ইন্দ্রমনি



এন্‌, আই, পব্লিকেসন্স
সগোল্‌বন্‌, নাউরেম্‌থোং
খুমছেম্‌ লৈকাই, জিবোন্‌ লৈরক্‌
ইম্ফাল্‌ - ৭৯৫০০১

লাইরিক্ মমিং - **সুবিকা**
**(মৈতৈগী য়ুমথোঙ্গী পাণ্ডি)**

অফোঙ্বা - **নারেংবম বিশ্বজিৎ,**
এন্,আই, পব্লিকেসন্সকিদমক্
ফোঙ্জব

অহান্ব ফোঙ্ব - খৃষ্ট কুম্শীং ২০০৮

কোপি মসীং - ১০০০ (লীসিং অম)

লাইবিক্কি মমল্ - লুপা ৯৫/- (লুপা মরিফুতবামঙা)



---

**মখুম - ডিজিটেল প্রিন্টর্স, কৈশামথোং, ইম্ফাল -৭৯৫ ০০১**
**নম্ফম্ - লমযান্ব প্রিন্টর্স,কোনুং লম্পাক্, ইম্ফাল্ -৭৯৫ ০০১**

# ৱারোল্ খর

মনিপুরদ পাঞ্জিগী থবক্ অসি য়াম্ন ওল্লিঙে মতম্দগী চাওখৎতুন লাক্ই। খুন্নাই অসিগী মীওই অয়াম্বন পাঞ্জিগী থবক্ত, পাঞ্জিন পীব ফল্দ থাজনবগী চাংসু ৱাংই। কবিগুরুগী থবক্ অম পাঙ্থোক্কে খনবদ পাঞ্জিগী মনাক্ত চৎলগ পাঞ্জিন হায়ব অফ-ফত্তগী ৱা মতুং ইন্ন থবক্ অয়াম্ব পাঙ্থোক্লে। খুন্নাইগী পুন্সিবোল্দ মী অমন হেক্ পোক্পদগী হৌবগ পুন্সিগী তাংকক্ কয়াদ পাঙ্থোক্প চৎনবীগী থৌদোক্শিং - মী অদুগী নোকোল্ ফাব, কুঠি ইব, মণ্ডানি ইপান্ থাব, নাহূৎ নাবেং, লুহোং-খোঙ্দোংবনচিংবগী মথক্ত মতম মতম্গী অনা অযেক্, দশা লাংফম্, লম্-তু চখোক্ খোংথোক্প, পোংমাঙ্-চৈমাঙ্, ময়ূম্ মকৈ শাবনচিব কয়াগী মতম্দসু তঙায়ফদন পাঞ্জিগী মনাক্ত চৎতুন কুঠি য়েংব অমদি পাঞ্জিগী ৱা মতুং ইন্ন থবক্শিং পাঙ্থোক্প, পাঞ্জিন লেপ্প নুমিৎ-থাবান্, পূংফম্-খেনফম্গী মতুং ইন্ন থবক্ পাঙ্থোকপ চৎনৈ। লোয়নন পাঞ্জিন হোৎলগ পীব অফ-ফত্তগী ফল্দ চেৎন থাজনৈ।

মহৌশাদগী লমদম্সিদ পাঞ্জিগী শিনফম্দ মপূং ওইন চৎনবক্প কাঙ্লোন্, নিতিশিংদি খূৎলৌ য়েংব, খেন্-চাং য়েংব, নুমিৎ থা থৱানমিচাক্ অমদি লৈচিন্গী কাঙ্লোন্ য়েংবনচিংব পন্ব য়াই। পাঞ্জিশিংন মহে অসিদ থোইদোক্ হেন্দোক্ল খঙ্লম হৈবস্বগী ৱাবী ৱাখোঙ্ কয়া লৈ। পন্ব য়াব খুদম্ খবদি মৈদিংঙু খাগেম্বন পান্ব মতম্দ কংলা শঙ্গাই শানবগী উহৌ-উরেপ্ তম্নব কোনোক্ থেংগ্রান পূংফম্ খেন্ফম্ হোৎতুন পীবদ মহাক্ল পীব যাত্রা পূংফম্ খেন্ফম্ চুম্ন উহৌ উবেপ তম্নবদি সনাগী থম্বাল্ শাৎকনি হায়ন পীবদ কংলা যাত্রাগী তবেঙন চাউমন্ শাংমন্বদগী পূংফম্ খেন্ফম্ শোযদুন সনাগী থম্বাল্ শাৎখিদ্রবসু পাঙন্ অমন কোনোক্ থেংগ্রাগী ৱাফম্ লোন্ন তাহৌবদগী পূংফম্ খেন্ফম্ চান লফ্ পান্নী অম থাবদ সনাগী থম্বাল্ শাৎতুন নিংথৌদা কৎলবদগী কোনোক্ থেংগ্রান হাযব চুম্খিবগী ৱা ঙসি ফাওব ৱাবীনবি।

ঙসি ম্যান্মাব হাযন খঙ্নবব মতম্ অমদ মৈতৈশিংন অবা হায়ন কৌনবম্ব বর্মা লৈবাক্কী নিংথৌশিংন মমাঙ্ঙৈদ মৈতৈ পাঞ্জিশিংবু অসুক্কি মত্রীক্ পামজবম্ব, মখোয়গী

কোর্ত্ত মৈতৈ পাঞ্জিশিংন কল্লম্ব অৱাংব মফম্ অমদি মখোযগী ঈকায়খুম্নব কযাগী মবম্ বর্মাগী হিষ্টৰিদ ইবম্ব কযাদগী খঙ্ব ঙম্মি। অৱান মখোয়গী লৈবাক্ত মৈতৈ পাঞ্জি থাবিবক্নব মখোযগী মী থাবক্লুন নিংথৌগী মফমদা হায়জববগী ৱাবোল্ চৈথাবোল্ কুম্নাবদ ইদুন লৈবি। অসিগুম্ব খুদম্ চাংদম্ লিংং অসিন মনিপুবদ পাঞ্জিগী মহৈ অসি শীংথানব য়ান চাওখৎলম্মি হাযব লাযন খঙ্ব ঙম্মি।

হৌজিক্ লাইবিক্ ওইন ফোঙ্দোক্লুন পুথোক্লিব সুবিকা হাযবসি মৈতৈগী পাঞ্জিগ মবী লৈনব লাইবিক্লি। সুবিকা মখল্ যাম্মি। মখল্শিং অদুদি সুবিকা, সুবিকা অচৌব, সুবিকা লাইশাব, সুবিকা চৌদিত্, সুবিকা চৈথিল্, থেংগ্রাখেল্ সুবিকানচিংব পন্ব যাই। সুবিকা হাযবিব অবিব লাইবিক্ অসি অযাম্বন কোর্বেক্ত মৈতৈ মযেক্ল ইদুন থল্লম্ব লমদম্সিদ মী অযাম্বগী মখুৎত মবাং কাযন লৈনবম্ব লাইবিক্লি। মসিদ মপুং ওইন নৈনবিব হীবম্শিংসি - য়ুম্-কৈ শাব, লুহোং-খোঙ্দোংব, য়ুহাবাব, মী পোক্প, থবক্-ইনখাঙ্ থৌ চৎপনচিংবগী অফ-ফত্ত, কবিগুম্ব থবক্ অমগী অফ-ফত্ত খেন্-চাংগী ৱাবম্, লৌউ-শীংউবগী ৱাবম্, পোৎ অমদি থৱায পান্বশিংন খোংবগী অফ-ফত্ত ফল্, হক্চাংগী অফ-ফত্ত খুদম চাংদম্, থাবানগী অফ-ফত্তগী ৱাবম্, নোং চুব, থবিয়ুম্ শাব, তৌকুব থবক্শিংগী অফ-ফত্ত ৱাবোল্, খুদম্ তৌবগী অফ-ফত্তগী ৱাবম্নচিংব তোঙান্ তোঙান্ব হীবর্ম্শিংনি। ঙসি ঙসিমক্ মৈতৈগী পন্সিবোল্ অমদি খুন্নাইবোল্দ চৎনবিব অমদি পাঙ্থোক্লবিব অফ-ফত্তগী চৎনবোল্ কযা অসি মপুং ওইন সুবিকা লাইবিক্ল পীব অফ-ফত্তগী ৱাবম্ মতুং ইন্ন-চৎনবিব, পাঙ্থোক্ল বিবশিংনি। পুথোক্লিব লাইবিক্ অসিদ যাওবিব হীবমশিং অসি সুবিকা অমগ: সুবিকা অমগগী মবক্ত অথোই অহেন্ নাইব কযাবু তাশিন্ খোম্জিল্লগ খ্বাই লৈশক্ মীযাম্ন শীজিন্নবদ হেন্ন নুংঙাইনব, হেন্ন মপুং ফানব হৌজিক্লি মীবোল্দ চৎন-ঙাঙ্নবিব লোন্দা-পুদাদ ইথোক্লগ ফোঙ্দোক্চবনি।

অবোইবদ লাইবিক্ অসিবু নম্বগী থবক্ত মাযপুনন অচৌব থৌদাং লৌবিবিব "লম্যান্ব প্রিন্টর্স" কি মেনেজব শ্রীতাওবেম মঙ্গি অমদি মহাক্কি ষ্টাফকি ইচিল্ ইনাওশিংনা থৱায হক্চাং যাওন হোৎনবিদুন ইবৈবাক্চা খ্বাই খিবিক্কি মফম্দ লাইবিক অসি মতম্ চান পুথোক্প ঙম্হন্বিবগীদমক্ ঙম্খৈ লৈতন অমদি থম্মোয শেংন থাগৎপ ফোঙ্দোক্চবি। লোযনন লাইবিক্ অসিন ইবৈবাক্চা খ্বাই খিবিক্কি মফম্দ কান্নব খবদং পীব ঙন্নবদি হোৎনজকুব অসিগী মহৈ যাল্লে হায়ন লৌজগনি।

তাং ৮-৫-২০০৯ ইং **নাউরোইবম্ ইন্দ্রমনি**

# মনুংগী লামায়দ

 হীবম লামায

৭। কৈ চন্‌বগি ব্রা-৯৮, ৮। সা তান্‌ব, ঙা থিবগি ব্রা-৯৮, ৯। মপোক্‌থা অমদি নুমিৎত তৌহৈদব-৯৮, ১০। নুপিন কার্ফু লৈবগি ব্রা-৯৯, ১১। চুক্‌কি ব্রারম্‌-১০০, ১২। লৈপাক্‌ ঙাক্‌পগি ব্রা-১০০, ১৩। পুখ্রি তৌবগি ব্রা-১০০, ১৪। লাইরেম্ম কূবগি ব্রা-১০১, ১৫। যুম্‌দ পোৎ পুসিল্‌হৈদব-১০১, ১৬। পোৎ পীহৈদব-১০১, ১৭। পোৎ পীথোক্‌ পীসিন্‌ তৌব ফত্তব থব্রান্‌মিচাক্‌ ১০১, ১৮। সা-সন্‌ লৈব-যোন্‌ব ফত্তব থব্রান্‌মিচাক্‌-১০১, ১৯। উ-ব্রা থাব ফব থব্রান্‌মিচাক্‌-১০১, ২০। না হূৎপগি ব্রা-১০২, ২১। যুম্‌দ পুসিন্‌ব ফত্তব-১০২, ২২। থাবান্‌সিংদ চাহৈদব পোৎ-১০২, ২৩। নুপি তিন্নহৈদব নুমিৎ থাবান্‌-১০২)

১৭. খুদম্‌ তৌবগি অফ-ফত্ত

(১। ব্লাক্‌ মকোন্‌ সাবগি অফ ফত্ত-১০৩, ২। উচেক্‌ন যুম্‌দ চঙ্‌ব, তোংব-১০৩, ৩। যেরুম্‌ থুবগি অফ ফত্ত-১০৩, ৪। উচিন ফি চীক্‌পগি ব্রা-১০৪, ৫। চফূ চবান্‌ থঙ্‌নব ব্রা-১০৪, ৬। চদুম্‌ চবান্‌গি ব্রা-১০৪, ৭। খোই মহম্‌ সাব-১০৫, ৮। উচেক্‌ন যুম্‌দ চঙ্‌বগি ব্রা-১০৫, ৯। উযেন্‌ সৌবগি ব্রা-১০৫, ১০। নোংসিৎ সীৎপগি ব্রা-১০৫, ১১। খুদম্‌ তৌবগি ব্রাবোল্‌-১০৬, ১২। অঙাং মযা হৌবগি অফ-ফত্ত-১০৭, ১৩। গ্রহন্‌ তৌবগী ফোলা-১০৭, ১৪। লৈখা, নোংথৌ, লৈপাক্‌পু উদন সোক্‌প-১০৮)

# ১. য়ুম্ সাবগী ৱারম্

## ১. য়ুম্ সাবগি মাক্মৈ :

য়ুম্ সাবগি মাক্মৈদি থা অহন্নোংদি কবি কবি খঙ্জৈএ। নিনিদি ফৎতে। ৩ দি অফব খঙ্জৈএ। ৪ দি লায়বৈএ। ৫ দি থরায় মঙাম নুংঙাইএ ফৈএ। ৬ তি অৱাব নংজৈএ। ৭ তি মী মবি সিএ। ৮ দি খূত্তগি থবক্ চিংথোক্খিএ। ৯ দি অতিংঙানে। ১০ দি অফব খঙ্জৈএ। ১১ দি লাইবু নীংএ। ১২ দি ফৎতে। ১৩ দি ফৈএ। ১৪ দি মী অম সিএ। ১৫ দি লাইগি ৱা অফব তায়এ। ১৬ তি অসি অনা নংজৈএ। ১৭ তি মীন চাল্এ। ১৮ দি মী অনী সিএ। ১৯ দি লায়চেল্এ। ২০ দি মচা মসূ অফব পোক্এ। ২১ দি নুংশিব নংজৈএ। ২২দি মতৃ খঙ্জৈএ। ২৩ দি খূৎতগি কবি কবি চিংথোক্খিএ। ২৪ দি মৈ ঈশিংদ মিপাইব নংজৈএ। ২৫ দি অফব খঙ্জৈএ। ২৬ তি মী অম সিএ। ২৭ তি ফৈএ। ২৮ দি পৈন লংন লৈএ। ২৯ দি ফৎতে। ৩০ দি ফৈএ সা-ও।

মাক্মৈ অমদি থা অহন্নোংদি নিংথৌ লংজৈএ ফৎতে। ২ দি লন্ খঙ্জৈএ। ৩ দি অফব খঙ্জৈএ। ৪ দি থাঙ্ন তেল্ন সোক্এ। ৫ দি সনা লুপা খঙ্জৈএ। ৬ তি লায়চেল্এ ফৎতে। ৭ তি লন্ খঙ্জৈএ। ৮ দি মী অম সিএ। ৯ দি ৱা সবিব থৈজিল্এ। ১০ দি অফব খঙ্জৈএ। ১১ নিদি পূক্ত নীংব পাঙ্এ। ১২ দি লৈবম্ থাযএ। ১৩ দি ফিগে ফিবাং খঙ্জৈএ। ১৪ দি মী অম সিএ। ১৫ দি অফব খঙ্জৈএ। ১৬ তি ৱাকোংব নংজৈএ। ১৭ তি ফৈএ। ১৮ দি নিংথৌন কবি কবি পীনৈএ। ১৯ দি অযৈ অপুন্ নংজৈএ। ২০ দি থবক্ খঙ্জৈএ। ২১ দি লন্ খঙ্জৈএ।

২২ দি লন্ খণ্ডজেএ। ২৩ দি অৱা অনা নংজেএ। ২৪ দি লন্ খণ্ডজেএ। ২৫ দি নাই সল্ খণ্ডজেএ। ২৬ তি নিংথৌন কবি কবি অম পীনৈএ। ২৭ নিদি লায়চেল্এ। ২৮ দি অফৰ খণ্ডজেএ। ২৯ দি পূক্ত নীংব পাঙ্এ। ৩০ নিদি সিএ।

মাক্মৈ অতোপ্পা অমদি ২, ৩, ৫, ৭, ১০, ১১, ১৩, ১৫, ১৭, ১৮, ২০, ২২, ২৫, ২৮ অসিদ ফৈএ। চুক্তি ২, ৩, ৪, ৫, ৭, ৮, ১১, ১২, ১৪, ১৫, ১৮, ১৯, ২১, ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৬ অসিদ ফৈএ। ৮, ১৭, ২৬ লায়চেল্এ। ২, ১১, ২০, ১৯ মৈ হৌএ। ৪, ১৩, ২২, ৱাকোংএ। ৬, ১৫, ২৪ মীন খুবাল্লৈএ। ১, ১০, ১৯, ২৮ অসিদি সিএ।

## ২. নোংথৌ লাইন য়াওনবগি ৱায়োল্ :

নোংথৌ লাইন য়াওন্বগি ৱাদি থৱান্, লাংবন্, মেবা থা অহুম্মদি মকোক্ নোংপোক্, মমৈ অৱাং পাংএ উয়িন্দি লাইজি তম্ও। হিয়াঙ্গৈ, ৱাক্চিং, পোযনু থা অহুম্মদি মকোক্ খা, মমৈ নোংপোক পাংএ উয়িন্দি মৈবম্নে। ফাইবেন্, লম্তা, সজিবু থা অহুম্মদি মকোক্ নোংচুপ্ মমৈ খা পাংএ মোইবাং তম্ন ইল্লো। কালেন্, ইঙা, ইঙেন্ থা অহুম্মদি মকোক্ অৱাং পাংএ, মমৈ নোংচুপ্ পাংএ ফৈয়েঙ্ তম্ও।

## ৩. সংক্রান্তিদ য়ূম্ সাব :

সংক্রান্তিদ য়ূম্ সানবদি ৩, ৫, ৭, ৯, ১২, ১৪, ১৬, ১৮, ২১, ২৩, ২৫, ২৭, ৩০ অসিদ ফৈএ।

## ৪. য়ূম্ সাব থা :

য়ূম্ সাব থাদি সজিফোই, ইঙেন্, মেবা, হিয়াঙ্গৈ থা ৪ মদ ফৈএ। থৱান্, লাংবন্ ২ মদি মৈ চেল্এ ফৎতে। পোয়নু ফ ৎতে। কালেন্, ইঙা সাগুনো ফৎতে। ৱাক্চিং সা-ও। ফাইবেন্, লম্তা ফৎতে।

## ৫. য়ূম্ সাবগি পৱিং তৎপ :

য়ূম্ সাবগি পৱিং হুল্লিঙৈদ পৱিং তৎলবদি য়ূম্বু ওইববসুং, খেল্ তম্ব মহাক্ ওইববসুং চৈথেং ফংএ, সি খঙ্ও। ঈৱান্নব ঈসিং সোক্খিব মীগি মখূৎতগি ফূ কায়ববদি য়ূম্ মপু সিএ ফৎতে।

## ৬. য়ুম্‌ফম্‌গি অক ফত :

য়ুম্‌ফম্‌গি মখায়দি ক্ষিবাল্ য়ুম্‌ফম্‌দি নুংঙাইব খঙ্‌এ, মীন চাল্‌এ, চীঞ্জাক্ ৱাংতে, লন্ থুম্‌সুং খঙ্‌জেএ। মৈখু য়ুম্‌ফ মদি লায়চেল্‌এ, নুংসিব নংজেএ, মৈ হৌএ, লন্ তিংএ, অকোং অসি নংএ। নোংসা য়ুম্‌ফম্‌দি লিন্‌জেল্ ফৈএ, মতু খঙ্‌জেএ অকন্ অথৌ থোক্‌এ ফৈএ। লম্‌হুই য়ুম্‌ফম্‌দি লায়বৈএ, ফৎত্ব মসেল্‌নে লৈগুনো, মীতুমীচা লৈব ওঙ্গল্‌এ, মীবৈপাক্ চৎএ ৱাকোংগল্‌এ। তন্ব (সন্দম্ব) য়ুম্‌ফম্‌দি য়ুম্ মপু লৌসিং হাপ্‌এ, নিংথৌন, মীন চাল্‌এ চাক্ লন্ য়াম্ন লোইএ ফৈএ। লা য়ুম্‌ফম্‌দি অকম্ হৌএ, লিন্‌জেল্ ফৎতে, মৈ থানীংএ অসি অনা য়াম্‌এ ফৎতে। সামু য়ুম্‌ফম্‌দ লৈবদি হ্বিু ফম্বাল্ ওইনৈএ, ঈসিংদ ঈক্কবগুম্‌এ, লন্ খঙ্‌জেএ, মপুক্ তপ্‌এ, নীংব থুংএ। ক্বাক্ (লাংত্রা) য়ুম্‌ফম্‌দ লৈবদি অসি অনা য়াম্‌এ, ৱা হায়বাইদম্‌দ পুক্ নুংপঙ্গ নুংসিন হায়এ। য়ুম্‌দ লৈনীংদে, লম্বোইনীংএ। অফ ফৎত য়েংনও।

## ৭. য়ুম্‌ফম্‌দ করি লৈব যায়নব:

| | | |
|---|---|---|
| কো<br>৬ | ও<br>৯ | ৱো<br>৫ |
| চো<br>৭ | সো<br>৮ | মো<br>৪ |
| তো<br>১ | লো<br>২ | পো<br>৩ |

মীওইবসিংন য়ুম্‌ফম্ লৈগদবগি তীল্ লাই কবি লৈব হায়ন হংলবদি কা ৯ মদ লৈব মযেক্ত মান মান নীংব পাম্ব মযেক্ত থিল্‌হল্‌লো।

কো ৬ - অসিদ থিল্লবদি হে হংব মীও ! লাইজি থংবদ খোং অম লৈএ, নোংপোক্ থংবদ থেন্‌পুং অম লৈএ, মাঙ্‌সোক্‌কি লপ্‌য়ান্ কাদ সাইতিল্‌দ মী মকোক্ অনী লৈএ। খূনীং অম, খুবোম্ অম মতম্‌দ উগদনে। য়ুমিংগি লাংখৈ অৱাং থংবদ ঈবান্ তাব কোম্ অম লৈএ। ঈমিং লম্ অনীমগি মতম্‌দ ওক্ক সামুগ লৈমিন্নৈএ। লম্ মহাক্তি মখাবম্ থৈও। মী চঙ্গ নোংথৌ কাব অম লৈএ। মান ঙাক্‌লিএ ফৈএ লৈও।

চো ৭-অসিদ থিল্লবদি হে হংলব মীও ! ইমুংগি ময়ায় ফয়েঙ্ লম্গি মৈবম্ পাংন খোং সম্পৎ চৎপ অম লৈএ। মখোঙ্ মখূৎ লোম্ব ঈসিং লাইথুংব অমসুং লৈএ। নোংপোক্ থংব লম্দ লাইমৈথান্বী লৈএ। নোংচুপ্ লম্দ হঞ্জিল্ও। মখাবম্ সঙাইসেন্ তাইএ। লম্লৈমন ঙাক্এ। নোংচুপ্লম্ হঞ্জিল্ন লৈও।

তো ১-অসিদ থিল্লবদি হে হংলব মীও ! নঙ্গি য়ুম্ফম্ অসিদি মৈবী তাইএ, নোংলৈ লৈএ, মহাও কায়এ। মী থুম্ন সিগদনে। সবাবেল্গুম্ব মহাক্ন লৈববসুং মথৱায় মাঙ্গদনে, লৈব ঙম্লোই ফৎতে।

লো ২-অসিদ থিল্লবদি হে হংলিব মীও ! নঙ্গি য়ুম্ফম্ অসিদি মৈবম্ থংবদ নোংমৈ সীংজঙ্ তাইএ। সামুগ লৈমিন্নৈএ। মোইবাং থংবদ হৌদোঙ্ লম্হূইগুম্ব লৈএ। কিন খংনবিগদনে। নোংচুপ্ থংবদ পূং অম, খোং অম লৈমিন্নৈএ। অৱাং থংবদ হিগাবম্ লৈএ। খোং অকোয়ব হাকচব থুংব অম লৈএ। উথুম্গ তাইবেল্গ হৌমিন্নৈএ। অদুদ লাই পূম্ন মুব অম লৈএ। নঙ্ন লৈগে হাযব অদুন ফৈএ লৈও।

পো ৩ - অসিদ থিল্লবদি হে হংলব মীও! নঙ্গি য়ুম্ফম্ অসিদি খাবম্ পাৎ অম লৈএ। ফযেঙ্ থংবদ সাবন্গ পূংগ লৈমিন্নৈএ। নোংচুপ্ থংবদ চুমিথাঙ্ খান্ব মৈখুগি মসক্ লৈএ। নোংচুপ্ চিথেক্ থংবদ কোম্ অপিসা অম লৈএ। কোম্ অদুদ লাই ঈগুম্ ঙাঙ্ব অম লৈএ। অৱাংলম্ চৎখৎও। নোংচুপ্ লম্ নেম্এ, নোংপোক্ লম্ তোঙ্এ। চাক্ ফিগি মসক্নে লন্ খঙ্জেএ, ফৈএ।

মো ৪-দ থিল্লবদি হে হংলব মীও! নঙ্গি য়ুম্ফ ম্ অসিদি থাযনগি মীন তাবম্ব য়ুম্ফম্নে। নিংথৌন নসক নমিং খঙ্গদনে। মখাবম্ নেম্এ। পাৎ কোন্মাঙ্নব অম লৈএ। অৱাং থংব লম্ অনীগি মতম্দ লাইফম্ ওইব পূং অম লৈএ। লাইজিবম্ ঈসিং থোক্প অম লৈএ। লম্ মহাক্তি মপুদি লাই অঙৌব অম লৈএ। অকোযব চক্রগি মসক্নে, ফৈএ।

ৱো ৫ - অসিদ থিল্লবদি হে হংলব মীও! নঙ্গি য়ুম্ফম্ অসিদি নোংপোক্ লম্দি ঈসিংখোং ঈবান্ তাব অম লৈএ। লৈপাক্তি মখাদ উ অম ফু ম্ন লৈএ। লাই ঈগুম্ ঙাঙ্ব অমসুং লৈএ। নোংসিৎলম্দ চক্রগি মসক্ হাওতোঙ্গুম্ চোংব অম লৈএ। নোংচুপ্ লম্ হৈথোক্প লৈপাক্নে। মৈবম্ চিৎও ফৈএ।

ও ৯ - অসিদ থিল্লবদি হে হংলিব মীও! নঙ্গি য়ুম্ফ ম্ অসিদি নোংপোক্ থংবদ লম্হূইগুম্ব অম লৈএ। লাইজি থংবদ পাৎ কোন্মাঙ্নব অম লৈএ। কোম্

অদুদ লাই অমুব অম লৈএ। নোংসিংলম্দ চুমিথাঙ্ খান্ব অম লৈএ। লমগি ময়ায় তোঙ্এ। হে মীওং পৃং অদু মহাদেবগি কায়দোংফম্নে। লম্গি মপুবু ঈবাংতুন নোংচূপ্ লম্ হঞ্জিল্ন লৈও। নঙ্ন লৈগে হায়ব অদুদি ফংতে। অকোং অসি যাম্এ ফংতে।

সো ৮ - অসিদ থিল্লবদি হে হংলব মীওং নঙ্ন হংলব য়ুম্ফম্ অসিগি লম্গি ময়ায়দ খাগ অৱাংগ তৃপ্ন হিগাবম্ লৈএ। তাউবোইনাইগি হিগাবম্নে। মৈবম্ থংবদ লাইফদিবি লৈএ। নোংপোক্ লম্দ লম্লৈম থোক্এ। অৱাং থংবদ খোং লৈএ। খোং মপান্দ উয়াম্ হৌএ। লাই অঙৌবগি ফম্বিনে, লৈফবোইএ। মবৈগে নীংলবদি মোইবাংলম্ হম্বোক্তুন তাউবোইনাইবু ঈবাংতুন লৈও ফৈএ।

ৱাবম্ অসিবু সিবি মুনিন হায়ব য়াথংনে হায়ব খঙ্ও। কোদ সৈন্যাসিগ কাক্ক লৈএ। চোদ সামুগ সল্গ লৈএ। তোদ হাওতোঙ্গ ফিবাল্গ লৈএ। লোদ সন্দন্বগ নুবাগ লৈএ। পোদ লম্হূইগ ওক্ক লৈএ। মোদ লাগ ৱাযখুগ। ৱোদ নোংসাগ সগোল্গ লৈএ। ওদ মৈখুগ বসমিগ লৈএ। সোদ য়ুম্জাউলৈমগ লাইবেল্গ লৈমিন্নৈএ। য়ুম্ফম্ যেংবগি ৱাদি অসিনে।

## ৮. য়ুম্ সাবগি ৱা :

য়ুম্ সাবগি ৱা হাযগে। পবিং মযুং মফৈবু খুদুপ্ ওন্দন তিন্সিল্লো। ৮ ন হলিও। লংমাইজিং পোক্পদি ২ লেম্ব ফৈএ। নিংথৌকাব পোক্পদি ৩ লেম্ব ফৈএ। লৈপাক্পোক্পদি ৪ লেম্ব ফৈএ। য়ূম্সকৈস পোক্পদি ৫ লেম্ব ফৈএ। সগোল্সেন্ পোক্পদি ৬ লেম্ব ফৈএ। ঈবাই পোক্পদি ৭ লেম্ব ফৈএ। থাঙ্জ পোক্পদি সুইন্য ওইবদি ফৈএ। ৮, ৯ লেম্বদি তাক্ মাঙ্এ।

পবিং মযুংবু মফৈন পুবিও। ৪ ওইন থম্ও। অমদি নিপাল্ন পুবিও। ১২ ন হলিও। অবেম্বদি আইনে। অথম্বদ অনীন পুবিও। তবেংন হলিও। অলেম্বদি পেনে। অথম্ব অমদি ৭ ন পুবিও। লংমাইজিং ২৭ নি, নিংথৌকাবদ ৮, ৯, লৈপাক্পোক্প ১, ১৭, য়ূম্সকৈস ৬, ১৩, সগোল্সেন্ ১৯, ২৭, ঈবাই ৪, ১৫, থাঙ্জ ২২, ২৭ ফংতে। লোযনবদি লংমাইজিং ১৩, নিংথৌকাব ২২, লৈপাক্পোক্প ২৭, য়ূম্সকৈস ১৭, ঈবাই ২৫, থাঙজ ৪ লোয়নব অসিদ লৈব খৈবিক্ ফৈএ।

## ৯. য়ুম্ সাবগি ৱোকোল্ (ৱাষি) :

য়ূম্ সাবগি বোকোল্দি নোংসা (সিংহ), নুবা (কন্যা), তন্ব (বৃষ), ঈসিংপুন্ (কুম্ভ), সাফু (মিথুন), চীংলাই (মকব) তকক্মদি ফৈএ।

**১০. য়ূম্ সাবগি থৱানমিচাক্ :**

য়ূম্ সাবগি থৱান্মিচাক্তি অমদি কমাল্ কৌএ ফৈএ। নিনিদি মপা চোম্এ ফৎতে। ৩ নিদি মৈনে ফৎতে। ৪ নিদি কাল্নে ফৎতে। ৫ দি থানে ফৈএ। ৬ তি নোংপোক্নে। ৭ তি সবাবেল্নে ফৈএ। ৮ দি সগোল্, সল্নে ময়ায় ওইন ফৈএ। ৯ নি লিন্হাৎ লাইনে ফৎতে। ১০ নি অসি অমন্বনে ফৎতে। ১১ নি লাইবেন্মনে ময়ায় ওইন ফৈএ। ১২ নি সেল্লৈমনে ফৎতে। ১৩ নি চীংলাইনে ফৈএ। ১৪ নি কাল্নে ফৎতে। ১৫ নি নোংসিৎনে ফৎতে। ১৬ নি সবাবেল্নে ফৈএ। ১৭ নি মহেন্দ্রনে। ১৮ নি ফৈএ। ১৯ নি নোংলৈমনে ফৈএ। ২০ নি ঈসিংনে ফৈএ। ২১ নি প্রন্মনে ফৎতে। ২২ নি হৱিনে ফৈএ। ২৩ নি লৈপাক্পোক্পনে। ২৪ নি লন্ মপুনে ফৈএ। ২৫ নি আনন্তনে ফৈএ। ২ নি তাইবঙ্পান্বদ লৈন য়োক্প লাইনে ফৈএ।

**১১. য়ূম্ সাবগি অফ ফত্ত :**

য়ূম্ সাবগি অফ ফত্তব খঙনবদি য়ূম্ ময়ুং মফৈ খূৎতুপ্ থীদুন অম ওইন তিন্সিল্লো। মপু পোক্প থৱান্মিচাক্সুং তিন্সিল্লো। ৮ ন হলিও। অবেন্দবু য়েংন হায়ও। ১ লেম্বদি ফৎতে। ২ লেম্বদি মৈ হৌএ ফৎতে। ৩ লেম্বদি ফৈএ, নীংব থুংএ। ৪ লেম্বদি ফৎতে। ৫ লেম্বদি চীঙাক্ ৱাৎতে। ৬ লেম্বদি লায়চেল্এ। ৭ লেম্বদি নীংব পাঙ্এ। সুইন্য থোক্লবদি সিএ।

**১২. য়ূম্ সাব ফব থৱানমিচাক্ :**

য়ূম্ সাব ফব থৱান্মিচাক্তি ১, ৪, ৫, ৭, ৮, ১২, ১৩, ১৪, ১৫, ১৭, ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৭ অসি ফৈএ। ২২, ২৩, ২৪, ২৭, উত্রাসাবাগি মখৈ লেপ্তি তাল্ন খূৎ লেপ্ও। নুমিৎ মসীং য়েংন সা-ও।

**১৩. থৱানমিচাক্ য়ূম্দ লৈবগি ৱা :**

থৱান্মিচাক্ য়ূম্দ লৈবগি ৱাদি কৃত্তিকানচিংন থৱান্মিচাক্ অবেৎতি নোংপোক্ত সা-ও। মখানচিংন থৱান্মিচাক্তবেৎতি খাদ সা-ও। অনুরাধানচিংন থৱান্মিচাক্তবেৎতি নোংচুপ্ত সা-ও। ধনিষ্টনচিংন থৱান্মিচাক্তবেৎন অৱাংদ সা-ও।

**১৪. য়ূম্ সাবগি অফ ফত্ত :**

য়ীম্ সাগে হায়বগি মতম্দ য়ূম্ মপু পোক্প থৱান্মিচাক্ত অতিংঙাদগি ৩ তিন্সিল্লো, নিপাল্ন হলিও। ১ লেম্বদি সেক্নল্নে, নোংপোক্ত সা-ও লন্

খঙ্‌জৈএ। ২ লেম্বদি মৈখুনে মৈবম্‌দ সা-ও অনা অয়েক্‌ য়াম্‌এ। ৩ লেম্বদি নোংসানে খাদ সা-ও মমিং চাউএ। ৪ লেম্বদি লম্‌হূইনে নোংসিৎত সা-ও অচা অথক্‌ ব্রাৎতে। ৫ লেম্বদি তন্‌বনে নোংচুপ্‌ত সা-ও, অকল্‌ অথৌ থোক্‌এ। ৬ লেম্বদি লানে লীক্‌লম্‌ সা-ও লাযচেল্‌এ লন্‌ মাঙ্‌এ। ৭ লেম্বদি সামুনে অব্রাংদ সা-ও মপূক্‌ লূম্‌এ, লন্‌ লোইএ, মচা অফম্ব পোক্‌এ। ৮ লেম্বদি ক্বানে লাইজিদ সা-ও চাব ব্রাৎতে।

## ১৫. যুম্‌ফম্‌দ সক্ক ঙাক্ক লৈব খঙ্‌নব :

যুম্‌ফম্‌দগি সক্ক ঙাক লৌথোক্লবদি যুম্‌ফম্‌ অদুবু পবিং তম্‌দুন ফৈদোম্‌ মাপল্‌ ওইন থাযদোক্‌লো। অদুগ ময়েক্‌ মাপল্‌ম অসিবু ইও। ময়েক্‌ মাপল্‌ অসিবু যাওদ্রবদি সক্ক ঙাক্ক যাওদে হায়ব খঙ্‌গদবনে।

বামোন্‌ মচা ওইববদি লৈগি মমিং হাযহল্‌ও। লৈ অদুগি মমিং অহান্‌ব ময়েক্‌ খঙ্‌লৌও। সুদ্রগি সাগৈ ওইববদি হৈগি মমিং হায়হল্‌লো। অহান্‌ব মযেক্‌ লৌও। নুপি অপিসক্‌ ওইববদি ঈসিং, তুবেল্‌গি মমিং হাযহল্‌ও। মখোয় অদুন য়াথং থোক্‌লক্‌প হান্‌ব মযেক্‌তু খঙ্‌লগ নোংপোক্‌, নোংচুপ্‌, অব্রাং য়েংদুন সা মক্ক ঙা মক্ক লৈ হাযব খঙ্‌গদনে।

| | | |
|---|---|---|
| ব | প | ক |
| স | জ | চ |
| হ | য় | ত |

চগি মযেক্‌ থোক্লবদি লম্‌সাগি মক্কনে। খূদুপ্‌ অহূম্‌গি মখাদ যোংগি মক্ক লৈএ, যূম্‌ মপু সিএ।

ত গি ময়েক্‌ থোক্লবদি নোংসিৎলম্‌দ হূইগি মক্ক লৈএ। খূদুপ্‌ অনীগি মখাদ লৈএ, অকি অখং নংএ।

য়গি ময়েক্ থোক্লবদি নোংচূপ্ লম্দ অঙাংগি মক্ত খূদুপ্ মঙাগি মখাদ লৈএ। য়ূম্ মপু সিএ। য়ূম্গি মখাদ লৈনিংদে।

হ গি ময়েক্ থোক্লবদি নোংসিৎলম্দ মী মক্ত খূদুপ্ মবিগি মখাদ লৈএ। য়ূম্ মপু ব্রাথোক্ হক্এ।

সগি ময়েক্ থোক্লবদি অব্রাং লম্দ বামোন্ মক্ত ওইববসুং অসৈ অমাইগি মক্ত ওইববসুং লৈএ। খূদুপ্ অনীগি মখাদ লৈএ, লন্ মাঙ্এ।

পগি ময়েক্ থোক্লবদি নোংপোক্ লম্দ মী মক্ত লৈএ। খূদুপ্ অমগি মখাদ লৈএ। মচা মসূ লৌনদে। য়ূম্ মপু সিএ। অসিবু খোইক থাউমৈ অম, হৈরুক্ অম থাদুন হংজৌও অসিনে।

কগি ময়েক্ থোক্লবদি খূদুপ্ অহুম্গি মখাদ লম্সা মক্ত লৈএ। নিংথৌ লঙ্জ য়াম্এ। লন্দি চঙ্এ।

বগি ময়েক্ থোক্লবদি লাইজি লম্দ সওম্, কৈ ওইববসুং খূদুপ্ অমগি মখাদ লৈএ। মাগি সাগৈ সিএ।

জগি ময়েক্ থোক্লবদি মযাযদ মীগি মক্ত, য়োংগি মক্ত ওইববসুং যোৎ ওইববসুং খূদুপ্ অনীমখায়দ লৈএ। মচা মসূ লৌনদে য়ূম্ মপু সিএ।

**১৬. য়ূম্ফম্গি ব্রা :**

য়ূম্ফমগি ব্রাদি নোংপোক্ লম্দি ফিবাল্নে, মৈবম্দি মৈখূনে, মীৎলম্দি লম্হূইনে, নোংচূপ্ লম্দি সন্তন্বনে, নোংসিৎ লম্দি লানে, অব্রাং লম্দি সামুনে, লাইজি লম্দি লাংতিযানে।

**১৭. লেঙ্দ্রব য়ূম্ফম্ :**

লেঙ্দ্রব য়ূম্ফম্ হাযগে। চীংখৈদ লাইসঙ্ সাগনি। মৈবম্দ ব্রাল্হৌসঙ্ সাগনি। সঙ্খোঙ্দ অমাংসঙ্ সাগনি। নুংসিৎলম্দ কোৎ সাগনি। নোংপোক্ত সঙ্গোল্ সাগনি। থব্রান্মিচাক্তি ২৭, ২২, ২১, ২৬, ১২, ১৫, ১৯, ২৩ অসিন পান্বদ ফৈ। থাদি লংবন্, ব্রাক্চিং, কালেন্, থব্রান্ থাদ ফৈ। নুমিৎন নিংথৌকাব, য়ূম্সকৈস, সগোল্সেন্, ঈবাই অসিদ হৌগনি। য়ূম্সু অসিদ হৌগনি।

## ১৮. য়ূম্ সাই কক্প ফব থব্রান্মিচাক্ :

য়ূম্ সাই কক্প ফব থব্রান্মিচাক্ হায়গে। থব্রান্মিচাক ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৬, ২৭ অসিন পান্ব নুমিৎত য়ূম্ সাই কক্প ফৈ।

## ১৯. উসিন্গি ব্রারম্ :

উসিন্সি ব্রাদি লংমাইজিং সাবদি ইমাঙ্ লাংখৈগি খাঙ্লবু মখাদ ফমেন্দ কাপ্মবম্দ উমীৎ লৈএ। নোংপোক্থংব সাইতিল্গ সিন্নৌও পোৎ অফব খঙ্জৈএ। সিন্দ্রবদি মপু সিএ।

নিংথৌকাব নুমিৎ সাবদি নোংচূপ্থংব লাযজিগি সাইতিল্দ কাং য়ৈব মফম্দ উমীৎ লৈএ। মৈবম্ থংব সাইতিল্গ সিন্নৌও। মখোঙ্ মবি পান্ব খঙ্জৈএ। সিন্দ্রবদি মচা অহল্ সিএ।

লৈপাক্পোক্প নুমিৎত সাবদি নোংপোক্ চিথেক্ লাই থংব সাইতিল্দ উমীৎ লৈএ। লৈত্রবদি উ মখোঙ্দ অহোব লৈএ। ফম্মেন্গি সাইতিল্গ সিল্নৌও মখোঙ্ মবি পান্ব খঙ্জৈএ। সিন্দ্রবদি পোৎ মাঙ্এ।

য়ূম্সকৈস নুমিৎ সাবদি নোংপোক্ লাইজি থংবগি সাইতিল্দ ওক্ন নন্ব ফংবদ উমীৎ লৈএ। নোংচূপ্ সন্থোঙ্ থংব লাংখৈগ সিল্নৌও। পোৎ অফব খঙ্জৈএ। সিন্দ্রবদি মহাক্ সাগুম্ সিএ।

সগোল্সেন্ নুমিৎ সাবদি মৈবম্গি সাইতিল্ লাংখৈদ অহোব লৈএ। মাঙ্সোক্কি লপ্লেন্কা থংব উন সিল্নৌও। মচা মমৌ য়াম্এ। সিন্দ্রবদি অনা অয়েক্ ফংএ।

ঈরাই নুমিৎ সাবদি সেং ময়ায়গি কাপ্মবম্দ উমীৎ লৈএ। নোংচূপ্ চিথেক্ থংবন সিল্নৌও। পোৎ অফব ফংজৈএ। সিন্দ্রবদি অপূক্ মবি লৈএ।

থাঙ্জ নুমিৎত সাবদি নোংচূপ্ মীৎলম্ থংব সাইতিল্দ কাপ্মবম্দ উমীৎ লৈএ। নোংপোক্ চিথেক্ লাই থংব উন সিল্নৌও। মখোঙ্ মবি পান্ব খঙ্জৈএ। সিন্দ্রবদি মচা অহল্ সিএ।

**২০. ইংখোল্গি বা :**

ইংখোল্গি বাদি ইংখোল্ন নোংপোক্ত নেম্লবদি চাওখৎলি। অবাং নেম্বদি সেল্ চঙ্ই। মখা নেম্বদি অনা অয়েক্ নংই। নোংচুপ্ নেম্লবদি সেল্ চৎলি তুংব য়াদে।

**২১. সজোল্ সজাবগি বা :**

সা-সন্গি সঙ্গোল্ সঙ্গাব ফব থবান্মিচাকৃতি ২৫, ২০, ১১, ২৩, ২৭, ৫, ১৬, ৯, ১ হায়বিবা থবান্মিচাকসিংন পান্ব নুমিৎসিংদ মখোঙ্ মরি পান্ব সা-সন্নচিংবগি সঙ্গোল্ সঙ্গাব ফৈ।

**২২. যুম্লাইথোক্ :**

য়ূমলাইথোক্কি বাদি য়ূম অদুগী মরাক্ ময়ুং খুদুপ মসীং লৌবগ ৯ তিন্সিল্লু, ৭ ন য়েল্লু। ১ লেম্ব ফত্তে, বা থোক্ই। ২ লেম্ব ফৈ, নুঙাই য়াইফৈ। ৩ লেম্ব ফত্তে খৎনৈ, অবা অনা নংই। ৪ লেম্ব ফৈ, নুংঙাই যাইফৈ। ৫ লেম্বদি ফত্তে বায়, অবা অনা নংই। ৬ লেম্বদি ঈনাক খুল্লি, নুংঙাই য়াইফৈ। ০ লেম্বদি লাইসঙ্নি য়ূম্লাইথোক্ কৌই ফত্তে।

**২৩. পরিংগী বা :**

পরিংগী বাদি য়ূম অদুগী কাযাৎ লোইবগ ময়ুং মফৈগী অসাংব অনীমক তিন্সিল্লু। য়ূম্বুগী থবানমিচাক মসীং তিঙ্গিল্লগ ৮ ন য়েল্লু। ১ লেম্ব ফত্তে। ২ লেম্ব মৈ হৌই। ৩ লেম্ব নীংব থুংই। ৪ লেম্ব ফত্তে। ৫ লেম্ব ঈনাক খুল্লি। ৬ লেম্ব তীনচেল লাইচেল্লি, সোন্দম নাদম্ব, তুসোন্ মান্সোন্ব ওই। ৭ লেম্ব নীংব থুংই, ফৈ। ০ লেম্ব ফত্তে অনংবা ওই। ❑

# ২. লুহোংবগী ৱারম্

## ১. লুহোংবগি ৱারম্ :

লুহোংবগি ৱাদি থা অহন্নোংদি লাইন মকোক্ লাইনা পাংন লৈএ। মক্রোঙ্দ থিন্‌জিন্ন লৈএ। যাওঙ্ ইন্‌ব ফৎতে। নিপান হান্ন সিএ। ২ নিসুং ফৎতে। ৩নিদি মকোক্ মসেল্ সোক্লবৱদি নিপান হান্ন সিএ। ৪ নিদি মকোক্ মসেল্ সোক্লবৱদি নুপিন হান্ন সিএ। ৫ নিদি মকোক্ লাইনা পাংন লৈএ, নিপাসুং নুপিসুং কাল্ ফংএ, থা ৪ দ সিএ। সিদ্রবদি খাইনৈএ। ৬ নিদি মকোক্ মসেল্ সোক্লন লৈএ, নুপি মহাক্ খুবাল্লে। ৭ নিদি মকোক্ লাইনা পাংন লৈএ পুক্সিএ ফৈএ। ৮, ৯ নিদি ফৎতে। ১০ নিদি ফৈএ। ১১, ১২ ফৎতে, ১৩ ফৈএ। ১৪, ১৫, ১৬ ফৎতে। ১৭ ফৈএ। ১৮ নৌন সিএ। ১৯ ফৈএ। ২০, ২২ ফৎতে। ২৩ ফৈএ। ২৪, ২৫, ২৬ ফৎতে। ২৭ ফৈএ। ২৮ ফৎতে। ২৯ নি ফৈএ। ৩০ নি সিএ।

মাক্মৈদি থা অহন্নোংনে, ২, ৩, ৬, ৭, ১০, ১৩, ১৬, ১৭, ১৮, ২০, ২২, ২৫, ২৮ নি অসিদ ফৈএ।

নুমিৎতি লৈপাক্‌পোক্‌প, থাঙ্জ অনীমদি তৌহৈদে। থৱান্‌মিচাক্‌তি কহিনি ৪, মৃগসিবা ৫, মকা ১০, উত্রফাল্‌গুনি ১১, হোস্তা ১৩, অনুবাধা ১৭, মুলা ১৮, উত্রসাবা ২১, উত্রফত্র ২৬, বেবতি ২৭ মখোয় অসিন পান্‌বদ ফৈএ।

তৌহৈদবদি কালেন্, ফাইবেন্ অনীমদি ২ নি ১২ পান্‌বদি হোঙ্হৈদে। ইঙাথা ৮ নি, ২৩ নামুংনৈএ। হিয়াঙ্গৈ থা ১০, ২৫ হোঙ্হৈদে। ৱাক্চিং থা ১২, ২৭ হোঙ্হৈদে। সংক্রান্তি ২২ হোঙ্হৈদে। থা খুদিংগিসুং অসুম্ন যেংও।

যুক্তি ২, ৩. ৪, ৫, ৭, ৯, ১২, ১৪, ১৫, ১৬, ১৭, ২০, ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৬, ২৭ অসিদ ফৈএ। থাদি সজিফোই, কালেন্ অনীম হোঙ্বদি মতু মব্রা চান্নৈএ। ইঙা থা হোঙ্বদি মচা মসূ য়াম্ন পোক্এ। হিয়াঙ্গে হোঙ্বদি তীন্বু লাইবু নীংএ। ব্রাক্চিং থা হোঙ্বদি মীন ঈকাইনৈএ। ফাইবেন্ থা হোঙ্বদি মীন চাল্লে। থা ৬ অমদি লুহোঙ্হৈদে।

**২. য়াওঙ্ ইন্বগি ব্রারোল্ :**

য়াওঙ্ ইন্বগি মাক্মৈদি ১, ২, ৩, ৫, ৭, ৮, ৯, ১০, ১১, ১২, ১৩, ১৬, ১৭, ১৮, ২০, ২২, ২৩, ২৫, ২৭ অসিদি ফৈএ।

থব্রান্মিচাক্তি ১, ৪, ৫, ৭, ৮, ১২, ১৪, ১৫, ১৭, ১৯, ২১, ২২, ২৩, ২৬, ২৭ অসিনে। বোকোল্দি সাফূ, চীংলাই,ঙা, নুবা ৪ ম অসিদ ফৈএ। নুমিৎতি নিংথৌকাব, য়ূম্সকৈস, সগোল্সেন্, লংমাইজিং, ঈবাই মঙাম অসিদ ফৈএ। যুক্তি ২, ৩, ৪, ৫, ৭, ৮, ১১, ১২, ১৩, ১৮, ১৯, ২১, ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৬ অসিদ ফৈএ

**৩. চাথি মৌথিবগি পক্ল ব্রায়ন খঙ্নব ব্রা:**

চাথি মৌথিবগি পক্ল ব্রাযন খঙ্নব ব্রা হাযগে। থব্রান্মিচাক্ ২৭ মবু লেংন ইয়ো। ময়ি অহুম্ ওইন চিংদুন লিন্গি মকোক থোক্হল্লো। অসিনিন হৌও। মাবু পোক্প থব্রান্মিচাক্ত তাবব মখৈ যেংও। মতু মব্রাগি থব্রান্মিচাক্পু মযি অমদ তাববদি মতু মব্রা সিএ, পুন্সিনদে। মথক্ মযিদ নিপাগি থব্রান্মিচাক্ থোক্লব, মখাদ নুপিগি থোক্লব নিপান লাক্চৈএ।

**৪. য়েক্লব লোয়নবগি ব্রা :**

যেক্লব লোযনবগি ব্রাদি সল্, কৈ য়েক্নৈএ। সামুগ, নোংসাগ য়েক্নৈএ। ইবোই, সল্ য়েক্নৈএ। সাগ হূইগ যেক্নৈএ। লিন্, হঙোই য়েক্নৈএ। হৌদোং, উচি য়েক্নৈএ। হামেঙ্ যোং য়েক্নৈএ। চান নিংঙোল্ থিবদি অসি যেংন থিজৌও। ❑

# ৩. য়ুহারাবগী রারম্

## ১. য়ুহারাবগি অক ফত্ত :

য়ুহাবাবগি ৱাদি ৱায়খু, চীংলাই, ঙা অহুম্মক্ত হাববদি থিংগুন নীক্এ। ঈসিংপুন্, সাফূ, পাবোৎ চাং অহুম্মদি লিন্ন নীক্এ। হামেঙ্, তীল্লাইখোম্বি, তন্ব অহুম্মদি সামুন নীক্এ। নোংসা, নুবা, লীতেল্ অহুম্মদি ওক্ লাবন নীক্এ।

সামুন নীক্প কুম্দি ফৌ ফৈএ, হৈবা লৈব খৈবিক্ মহৈ পান্ব ফৈএ। লিন্ন নীক্প কুম্দি তাঙনম্এ। থিংগুন নীক্প কুম্দি লাইসঙ্ কল্এ। ওক্ল নীক্পগিদি ওক্ লাবন নীক্প কুম্দি চাক্ চাযএ, অসুম্ন খঙ্ও। মাগি মাগি থায়ন হায়গে। ওক্ অম সা-ও। মকোক্ত থৱান্মিচাক্ মঙা হাপ্ও। মচীন্দ তবেৎ হাপ্ও, মখোম্ অনীমদ অমমম্ হাপ্ও, মখোঙ্ খুদুং অনীমদ অহুম্ অহুম্ হাপ্ও, মনম্দ অনী হাপ্ও। অসুম্ন হাপ্লবগ থৱান্মিচাক্ ২৮ সুবনে। মকোক্তগি ৫ মন নীক্লবদি লাইসঙ্ কল্এ, মচীন্গি ৭ মন নীক্লবদি লন্ খঙ্জৈএ, মখোম্ অনীমন নীক্লবদি মী যাম্ন সিএ, মখোঙ্দগি ৪ মন নীক্লবদি ৱা থোক্এ ঈকাইব নংজৈএ, মনম্দগি অনীমন নীক্লবদি ৱা অখংব তায়এ, নিংথৌ মপূক্ সাউএ। ওক্ন নীক্পগি খেন্দি অসিনে।

লিন্গিদি লিন্ অম সা-ও। মকোক্ত থৱান্মিচাক্ ৮ হাপ্ও, মনম্দ ১২ হাপ্ও, মমৈদ ৪ হাপ্ও, মকোক্ ২ মন নীক্লবদি লৈপাক্তগি ফত্তব খৈবিক্ মাঙ্এ, মচীন্দগি ৩ মন নীক্লবদি লৈপাক্ ৱা থোক্এ, নিংথৌন নিংসা থীএ। মনম্দগি ১২ মন নীক্লবদি ফৌ ফৈএ, মমৈদগি ৪ মন নীক্লবদি তাঙনম্এ। লিন্গি ৱাদি অসিনে।

সামুগিদি সামু অম সা-ও। মনাতোন্দ থৱান্মিচাক্ ৭ হাপ্ও, মযাদ ৩ হাপ্ও, খূমাঙ্ ২ মদ ৮ হাপ্ও, খুদুং ২ মদ ৬ হাপ্ও, মমৈদ ১ হাপ্ও, মমীৎ ২ মদ অমমম্

হাপ্ও, মনম্দ অম হাপ্ও, মনাতোন্দগি ৭ মন নীক্লবদি লৈপাক্ ওইনদন য়াম্এ। ময়াদগি ৩ মন নীক্লবদি অকোং অসি য়াম্এ, সা লান্ কিনৈএ। খুমাঙ্ য়েৎক খুদুং য়েৎক ২ মন নীক্লবদি ফৌ ফৈএ। খুমাঙ্ ওয়গ খুদুং ওইগ অনীমন নীক্লবদি ঈসিং চাউএ। মমৈন নীক্লবদি তীন্ কাঙ্ য়াম্ন থোক্এ। মমীৎ য়েৎন নীক্লবদি নিংথৌবু লঙ্জৈএ, ওয়ন নীক্লবদি লৈপাক্ নুংঙাইএ। মনম্দগিন নীক্লবদি নিংথৌ সোক্এ, লৈপাক্ ব্রায়এ। সামুগি ব্রাদি অসিনে।

থিংগুগিদি থিংগু অম সা-ও। মমীৎ য়েৎত ৪ হাপ্ও, ওয়দ ৬ হাপ্ও, মথাদ ২ হাপ্ও, মখোঙ্ ৪ মদ ৮ হাপ্ও, মমীৎ য়েৎন নীক্লবদি লাইসঙ্ কল্এ, মমীৎ ওয়ন নীক্লবদি নুপিগি সাগৈ মপূক্ তপ্এ, খুদুং ওয়গ, খুমাঙ্ ওয়গ, মনম্গ, মথাগ ৪ মন নীক্লবদি নিংথৌ সোক্এ। খুমাঙ্ য়েৎক খুদুং য়েৎক, মমীৎক, মবিমন নীক্লবদি সল্নচিংন সাগি সাগৈ য়াম্ন সিএ। থিংগুগি ব্রাদি অসিনে।

**২. য়ুহাবাব নুমিৎকি অক বক্ত :**

য়ুহাবাব নুমিৎকি ব্রাদি লংমাইজিং নুমিৎত য়ুহা হাববদি বামোন্, কনোক্ অসৈ, অমাই, অবি, অসক্ সোক্এ। সগোল্ সামু মবাই তাইএ। নিংথৌকাব নুমিৎত হাবদি চাক্ লাম্এ। থাক্ককি সাগৈ সিএ। লৈপাক্পোক্প নুমিৎ হাবদি চাক্ লাম্এ। হাওগি সাগৈ সিএ। য়ূম্সকৈস হাবদি লৈবাক্ অমন য়ান্নবৈএ। সগোল্সেন্ নুমিৎত হাবদি নিংথৌবু মখুল্ মনাইন য়োক্পিএ। ঈবাই নুমিৎ হাবদি লাইসঙ্ কন্এ। থাঙ্জ নুমিৎ হাবদি নিংথৌ মপূক্ সাউএ। য়ুহাবাব নুমিৎকি ব্রাদি অসিনে।

**৩. য়ুহাবাবগি অথেঙ্ অঙনগি ব্রা :**

য়ুহাবাবগি অথেঙ্ অঙন্গি ব্রাদি অয়ুক্ অঙন্বদ হাবদি ফৈএ। নুমিৎ য়ুংব তান্বদ হাবদি নিংথৌসুং মনাইসুং নুংঙাইএ। মথং অমদ হাবদি নোংসিৎ কল্এ। নুমিৎ য়ুংব মতুং য়ুথক্ত হাবদি সাপাউ লান্পাউ তায়এ। নুমিদাং য়ুথক্ত হাবদি ফৈএ। নোংম হাবদি সঙাইসেল্ন সোক্এ।

**৪. য়ুহাবাবন নীক্পগি ব্রা :**

নীক্পগি ব্রা হায়গে। নোংচুপ্ নোংপোক্ চিংবদি লিন্নে, খা ব্রাং চিংবদি থিংগুনে, নোংসিৎ মীৎলম্ চিংবদি সামুনে, লীক্লম্ মীৎলম্ চিংবদি ওক্ লাবনে। চিংবগি ব্রাদি অসিনে।

### ৫. য়ুহারাবদ সাগৈগি ব়া :

লাংমাইজিংন লৈবদগি থব়ান্মিচাক্ অদুদগি হৌন থব়ান্মিচাক্ মমিং কবিদ তাবনো য়েংও। তাবব অদু য়েংন থিংগুনে, ওক্নে, লিন্নে, সামুনে, অসিদ থোক্লব য়েংন ব়া হায়ও। অবেপ্প খঙনব ব়ানে। সাগৈগি ব়া হায়গে। ৩, ১১, ২০, ২৫ অসিদ থোক্লবদি সগোন্গি সাগৈ সিএ। ৮, ১২, ২১, ২৬ খেত্রি সাগৈ সিএ। ১, ৭, ১৩, ১৪ লন্ওন্ব সাগৈ সিএ। ৪, ১০, ১৭, ২৭ লাইবিক্ য়েংব সাগৈ সিএ। ৫, ৪, ১৮, ২৩, হাওগি সাগৈ সিএ। ২, ৯, ১৬, ২২ খাচা লাইচাগি সাগৈ সিএ। ৬, ১৫, ১৯, ২৪ চন্দান্গি সাগৈ সিএ। সাগৈ অসিগি মবক্তগিন নিংথৌ ওইববদি থব়ান্মিচাক্ অসিগি অফ ফৎতব ৬ ম অসিদগি পোক্লব থব়ান্মিচাক্নে। অদুদগি হৌন থীদুন ১০, ১৬, ১৮, ২৩, ২৫ থব়ান্মিচাক্ ৬ ম অসুম্ মাগি সাগৈগি থব়ান্মিচাক্সুং থব়ান্মিচাক্ ৯ ম অসিবু চেৎন য়েংও। অফ ফৎতব খঙনব মবম্ হায়গে। মাগি মাগি থব়ান্মিচাক্ অসিসিংদ থোক্লবদি য়ুহাবাব, সানা ফংব পুম্নমবু কোক্লব মবম্ হাযগে। মন্দোল্গি লাই অদুবু উম্ তৌও। সন্ মপি মচা, সনা লুপা যাও-ও। লৈপাক্ন মহাদেব অম সা-ও। সল্ ১৮ গি মখোম্ সুম্ও। মহাদেব অদুগি মথক্ত হৈদুন উম্ তৌও। য়ুহাবাব, কবোন্ (গ্রহন্) তৌব ফৎতব পুম্নমক্ কোক্এ।

### ৬. য়ুহারাব থাগি ব়া :

য়ুহাবাব থাগি ব়াদি সজিফূ থাদ হাবদি য়েক্লব খৈবিক্ মাঙএ। কালেন্ থাদ হাবদি লৈপাক্ তাক্এ। ইঙা থাদ হাবদি নুপি কাফূ লৈবি ব়াব নংজেএ। ইঙেন্ থাদ হাবদি লৈপাক্ মপু ব়াযএ। থব়ান্ থাদ হাবদি সাচাউ লান্চাউ তাইএ, বামোন্ কোনোক্ মবী সোক্এ। মেবা থাদ হাবদি নিংথৌ মথংনব অঙম্ব সিএ। হিয়াঙ্গৈ থাদ হাবদি সাজাউ লান্জাউ ব়া থোক্এ। পোয়নু থাদ হাবদি লৈপাক্ অয়াম্ব অব়াব নংএ। ব়াক্চিং থাদ হাবদি ফবাইকোন্ (চেক্পল্) তাক্এ, লৈপাক্ অয়াম্বসুং ব়ায়এ। ফাইবেল্ থাদ হাবদি ফৈএ। লম্তা থাদ হাবদি লৈবম্ব অয়াম্ব মাঙএ। থা ১২ মদ হাবগি ব়াদি অসিনে।

### ৭. য়ুহারাব নুমিৎকি ব়া :

য়ুহাবাব নুমিৎকি ব়াদি লংমাইজিং হাবদি কুম্থী নোংকাং নীক্এ, য়ুবি কোল্ল উহৈ ব়াহৈ ফৎতে, অচা অথক্ ব়াৎএ। নিংথৌকাব হাবদি লৈপাক্ মহৌ মহৌ

কায়এ, মহৈ মবোংদি ফৈএ, অচা অথক্ থুংএ, কুম্ অদুদ মী পোক্পদি পুক্লিং লৌসিং চঙ্খোন্এ। লৈপাক্পোক্প হাবদি মীবৈবাক্তগি মী অম লাক্কুন নোংদম্ নোংখায়বৈএ, খুল্লবসুং হুক্এ, নিংথৌ মচা সিএ। সেনাপতিসুং সিএ। য়ুম্সকৈস হাবদি মীবৈবাক্ অমগি লৈম অম লাক্এ, মী অফব অমসুং লাক্এ, সামু অঙৌব অমসুং লাক্এ, লৈমসুং য়াওবক্এ। সগোল্সেন্ নুমিৎত হাবদি নিংথৌবু মনাইন পোক্খৎলে। ঈবাই নুমিৎ হাবদি ইচা ইনাও ইসৃ ইনাই অয়াম্ব থীনৈএ, মী অফব মাঙ্এ, লাইবু নীংব মাঙ্এ, মী ফৎতব ফবক্এ। থাঙ্জ হাবদি লম্বোইব, বামোন্, ঈনাক্খুন্ব সাগৈ মাঙ্এ। ❑

# ৪. মী পোক্পগী ৱারম্

**১. থৱান্মিচাক্ ২৭ ত মী পোক্প খঙ্নব :**

থৱান্মিচাক্ ২৭ মদ মী পোক্প খঙ্নব মবম্দি অশ্বিনিদি সজিক্নে সবাং লৈসাংথেম্ পোক্এ, মচুদি কোবীগুম্এ। মহৎত্তি হামেঙ্নে, সজিফু থা লোযনৈএ। নুমিৎতি সগোল্সেন্গ লোয়নৈএ। নিপানে অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ। মান পান্লিঙৈদ থৌ চৎপ লন্ যাম্ল খঙ্জৈএ, য়ূম্ সাবসুং ফৈএ। তৌব খৈবিক্ মহৈ পাল্এ। ভবনিদি থবানে খুমন্ পোক্এ। মচুদি হিগোক্নে নুপীনে মখোঙ্ তেক্এ, অচঙ্ অথোক্ যান্নৈএ। মান পান্লিঙৈদ থৌ চৎপ সাসি লান্সি য়াম্এ তৌব খৈবিক্ ফৎতে। কৃত্তিকাদি থাদোন্নে। মচুদি উহীগুম্এ, খোঙ্বি মবাই লোংএ, মখোঙ তেক্এ, অথোক্পনে। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপদি মমীৎ তাঙ্এ ফৎতে, পাখং নীংথিবনে। বোহিনিদি থাযাযনে, নুমিৎনে, মচুদি সনাগুম্এ। খূবক্ লন্এ, অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপদি ফ ৎতে, খোঙ্যু সৈনাই য়াম্এ। তৌব খৈবিক্ ফৎতে। মৃগসিলাদি সচূং তেল্হৈবনে, অর্জুন্নে। লাইদি সবাবেল্নে, মচুদি সবেংগুম্এ। নিপানে অচঙ্বনে মখোঙ্ তেক্এ। ইঙা থাগ সগোল্সেন্ নুমিৎক ৩ম লোয়নৈএ। মান পাল্লিঙৈ থৌ চৎপদি নীংব থুংদে, য়ূম্ সাব ফৎতে, থৌ খৈবিক্সুং ফৎতে।

আদ্রাদি লীক্থা সাফবনে, পাখং নীংথিবনে। মচুদি সিংখানে, অচঙ্বনে। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব লৈব খৈবিক্ ফৈএ। পুনর্ব্বসুদি চীংজবোইবিনে, দববতিনে। মচুদি লয়োন্নে, ৱাউএ। অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব তৌবিব খৈবিক্ মহৈ পাল্এ। পুস্যাদি চূংসেল্নুবিনে,

কালিকানে। মমীৎ সোযএ, নুপিনে, অথোক্পনে, পাখং নীংথিবনে। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব তৌবিব খৈবিক্ ফৎতে। অশ্লেসাদি নোংথৌনাকানে। নৈপাক্ লাইন য়াওন্বনে মচু নুপাগুম্এ, পাখং নীংথিবনে। লাংবন্ থাগ য়ূম্সকৈসগ ৩ ম লোযনৈএ। মখোঙ্ তেক্এ, অথোক্পনে। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ যূম্ সাব ফৎতে।

মঘাদি নিংথৌ তুবেল্নে, লৈম উকম্ খৌজোন্বিনে, লৈনুং ফাইবিতেবানে। মচুদি হামুক্কুম্এ, পাংগল্এ, অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ, নুপি নিপা মবক্ ওইএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ য়ূম্ সাব ফৈএ। পুর্ব্বফাল্গুনিদি নোংথৌ সামুনে। লাই ওইবনে, কংলৈ অসীবনে। মখু ফৈএ, সম্দোল্ ঙাঙ্এ, লসিংগুম্এ, অহল্ অবিবনে। লিন্চেল্ পাবোৎ চাং, মেবা থাগ ঈবাইগ ৩ ম লোযনৈএ। অচঙ্বনে মখোঙ্ তেক্এ। মান পাল্লিঙৈ থৌ চৎপ, যূম্ সাব তৌবিব খৈবিক্ ফৎতে। উত্তব ফাল্গুনিদি সামু অপিসানে, নোংথৌ লাইনে। মচু উহিগুম্এ, উ অরাংবগুম্এ, অচঙ্বনে, পাখং নীংথিবগুম্এ। মান পাল্লিঙৈদি থৌ চৎপ, যূম্ সাব লৈব খৈবিক্ ফৎতে।

হস্তাদি উফোঙ্ঙারাযনে, ঈখৈবেল্ নামুংবনে। মচুদি খাবিসাগুম্এ। পান্গন্এ মমীৎ তাঙ্এ, অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, যূম্ সাব লৈবিব খৈবিক্ ফৎতে। চিত্রাদি মোইবাং সল্কোল্নে হেপু কঙ্জিক্পনে মমীৎ তাঙ্এ। মান পান্লিঙৈ থৌ চৎপ ফৎতে, তৌব খৈবিক্ ফৎতে। স্বাতিদি লুরাং সংগোল্নে, ঙাবা পূংদোংবনে, মখোঙ্ তেক্এ। মচুদি সল্খোম্গুম্এ, অথোক্পনে। থৌ চৎপ, যূম্ সাব লৈব খৈবিক্ ফৎতে। বিসাখাদি নাম্বম্ সল্কোল্নে, অবাযলৈমগি মসক্নে, অঙোম্ পোক্এ, তীল্লাইখোম্বীনে। নিপানে, হিযাঙ্গৈ থাগ নৈপাক্পোকপগ ৩ ম লোযনৈএ, অচঙ্ অথোক্ যাল্নৈএ। মান পাল্লিঙৈদি থৌ চৎপ য়ূম্ সাব লৈব খৈবিক্ ফৈএ।

অনুবাধাদি ওক্পুবোয়নে, নিংথেম্ পোক্এ। মচুদি মুরাইবিগুম্এ। মখোঙ্ তেক্এ, মহক্ লীকংগুম্এ। পোয়নু থানে সগোল্সেন্নে ৩ ম লোয়নৈএ, অচঙ্বনে। থৌ চৎপ লান্ ফাইএ। লন্ অযাম্বসুং খঙ্জেএ। য়ূম্ সাব তৌব খৈবিক্ ফৈএ। জ্যেস্থা তাউহুইবেংনে, ঙান্ব পোক্এ। মচু উৎকুম্এ। মহক্ লাইগুম্এ, মচিন থীএ, ঈসিং পুল্ অথন্বগুম্এ, নিপানে, অচঙ্বনে। রাক্চিং থানে

নিংথৌকাবনে ৩ ম লোয়নৈএ, পাখং নীংথিবনে। মান পাল্লিঙৈদ য়ূম্ সাব, থৌ চৎপ তৌবিব খৈবিক্ ফৈএ। মুলাদি তোংজেংনুবিনে, সনচীংনে। লাইদি কৌবকনে, মচুদি হামুক্নে, ময়া পৈএ, লাক্লেন্নে। ফাইবেন থাগ লংমাইজিংগ লোয়নৈএ, মমীৎ তাঙ্এ। নুপি নিপা মবক্ ওইএ, অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব তৌবিব খৈবিক্ ফৈএ। পুর্ব্বসাবাদি তোংজেংনুবিগি মনাক্ত লাংযেন্ন পক্ন লৈএ। সিদব লাইনে, মচুদি হামুক্কুম্এ, ময়েক্ নাইএ, মখূৎ পাংম তেক্এ। লম্তাগ থাঙ্জ নুমিংক ৩ ম লোয়নৈএ। পাখং নীংথিবনে, অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ। নুপি নিপা মসক্ ওইএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব থৌ খৈবিক্ ফৈএ।

উত্তবসাবাদি খোংজোম্নুবিনে, লুৱাং চনুনে। মচুদি উয়িন্গুমএ। নুপি নিপা মবক্ ওইএ, অহিং নুংথিল্ পাল্এ, অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ, মখোঙ্ তেক্এ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব থৌ খৈবিক্ ফৈএ। শ্রবনাদি কোবৌনুবিনে, লুৱাং চনুনে। মচুদি সেল্ অপাল্বগুম্এ। কুম্লক্ত পাল্এ, অচঙ্ অথোক্ য়াল্নৈএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব তৌবিব খৈবিক্ ফৎতে।

ধনিষ্ঠদি মনি মমৌ সিন্তাক্নবিনে, মচুদি ঈসিংগুন্ অথন্বগুম্এ। লন্গি মপুনে। লন্গ মতাও সান্নৈএ, মখোঙ্ তেক্এ। নুপিনে অথোক্পনে। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব, থৌ খৈবিক ফৈএ। সতভিসাদি হা ওবৈম ঈযোংথাংনে, মচু লসিং অঙাঙ্বগুম্এ। সগোল্গি লমচৎনে, মসক্নে। লিংজেল্ লম্মৈ চাক্পগুম্এ, অথোক্ অচঙ্ য়ান্নৈএ, পাখং নীংথিবনে। মান পান্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব, থৌ লৈব খৈবিক্ ফ ত্তে। পুর্ব্বভাদ্রপদদি খাব লৈতাঙ্নে, সল্লু যাংকোক্নে, ২ মদি লংব নূংথোংঙাইনে, লুৱাংচানে। মচুদি তম্ফানে, নিপানে, মমীৎ তাঙ্এ। অচঙ্ অথোক্ য়ান্নৈএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপদি মাঙ্হেন্নবন ফৈ এ। উত্তবভাদ্রপদদি সিল্পি লৈনিংনে, কক্সু তোম্লোংবনে। মচু য়াউগুম্এ, নুশ্রা পাশ্রানে। নুপি নিপা মবক্ ওইবনে। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ য়ূম্ সাব থৌ খৈবিক্ ফৈএ। বেবতিদি যাৱা খুবোল্নে, খুমুক্চম্ পোক্এ, লুৱাংচানে। নুশ্রা পাশ্রা ওইএ। মান পাল্লিঙৈদ থৌ চৎপ, য়ূম্ সাব, থৌ লৈব খৈবিক্ ফৈএ। অসি যেংন তৌও।

## ২. থা ১২ দ মী পোক্পগি ৱারোল্ :

থা ১২ মদ মী পোক্পগি ৱাদি সজিফু থাদ মী পোক্পদি মচু অমদি থম্বাল্গুম্এ। থৱান্মিচাক্তি অশ্বিনিনে। মথং অমদি ভবনিনে। মচুদি উয়িন্গুম্এ।

মথং অমদি কৃত্তিকান পাল্এ। মচুদি কুসুম্লৈগুম্এ। খোঙ্বি মবাই লোংএ। অশ্বিনিদি মচেৎ নাইন পাল্এ। থব্রান্মিচাক্ অহুম্মগি মঙন্দি হামেঙ্ লাবগি মসক্নে। মচুদি নাউতুনে। সাগৈ অদুদ মী পোক্পদি অহুম্মগি খোয়জেন্ লিংজেন্ ইন্বনে। অহুম্মগি লমচৎ ইন্ন খন্বিও সোয়দবনে। সগোল্সেন্ন উবৌএ। অথোইব খেল্নে। মমায় নোংপোক্ পাংন তাইএ, হৈ সিংএ, মপূক্ লূম্এ, কবাম্এ। মী অবিবন পোক্লৈএ। হৈমন্ সিংমন্বগি মীয়াম্ন য়েক্নৈএ অদুগি মীবৈবাক্ অম যৌএ, লন্ খঙ্জবক্এ। নিংথৌন খঙ্এ, মীগি মপান্ তাংদে। মমীৎ লাওএ, ঈনাক্ খুল্এ, মতু অহানব চানদে। লাংফম্দি চহী ৪, ৬, ৩ নাইএ, ১৬, ৩ মচি পান্বন সোক্এ, ২৫ নাইএ, কোক্চৌও। ৩১ ফৈএ, ৩৫ দ ঈবাৎও, ৫৫ দ অয়োন্ব লৈএ কোক্চৌও। ৫৭ নাইএ, ৭৪ নাইএ, ৮০ দ খোয়বেন্নে। মেবা ১২ নি পান্ব লংমাইজিং নুমিৎ থব্রান্মিচাক্ ভবনিন পান্ব নোংথিন্ পূং ৭ তাবদ মমা খোয়বেনগি ব্রাইওংএ।

কালেন্ থা অযুক্ যৌদবিঙৈদ পোক্প মীদি থব্রান্মিচাক্তি কৃত্তিকান পান্এ, মহক্তি সল্ অবাংবগুম্এ। মথং অমদি বোহিনিন পাল্এ, মচুদি সনাগুম্এ। মথং অমদি মৃগসিবানে, লীক্লাই পবেংগুম্এ। থব্রান্মিচাক্ অহুম্মগি মঙন্দি তন্বনে। অহুম্মগি মচু মমেন্ য়েংন খন্বিও। অদুদ পোক্প মী অদুদি মমায মোইবাং পাংএ, ঈবাইন উবৌএ, যূম্ মপু ওইএ, লৌসিং সিংএ। মায়থোঙ্দ সবব্রু অম নাইএ, মী অফবনে। লাংফম্দি চহী ৪ দ মৈন চাক্এ, কঞ্জাউগল্এ, মমীৎ ঙাঙ্এ, ঈশিংদ মিপাইব নংজৈএ। ১০, ১১ দ অনাব, মচি মযা পান্বন সোক্এ। ১৬ নাইএ, ২৬ থাঙ্ তান সোক্এ, ৩৮ দ নাইএ কোক্চৌও। ৫৭ ত লাংফম্নে, মচি মযা পানবন সোক্এ। ১৬ নাইএ, ২৬ থাঙ-তান সোক্এ। কোক্চৌও, লন্ খঙ্জৈএ। ৬৮ দ লন্ তিংএ। ৮৮ ব্রাক্চিং থা ৮ পান্ব ঈবাই নুমিৎ বোহিনিন পান্বদ মমা খোয়বেন্গি ব্রাইওংএ।

ইঙা থাদ অযুক্ য়ুথক্ যৌমন্দবিঙৈ মী পোক্পদি থব্রান্মিচাক্ মৃগসিবানে, মচুদি সংঙাইনে। মথং অমদি আদ্রানে, মচুদি নোংগুম্এ। ১ দি পুনর্ব্বসুনে, মচুদি লযোন্গুম্এ। ৩ মগি মঙন্দি সাফুনে। অদুদ মী পোক্পদি ৩ মগি মতৌ মওং ইন্ন হায়বিও। মমায নোংপোক্ পাংন তাইএ। মীবু কিদে, মীনম্ব ললওন্ব হৈনৈএ। ফিন খুম্বদ সমব্রু অম নাইএ। হৌথোক্-চাল্এ। সূবদি হৈএ লীক্এ। মতু হান্নগি

চান্নদে। লাংফম্‌দি পোক্‌প কুম্‌দ চহী ২ দ ৪ দ লাইপোম্‌ তীন্‌পোম্‌, মৈ ঈসিংন, মচি মযা পান্‌বনসুং সোক্‌এ। ১৪ দ ঈ উইএ, ২৬ ত , ৩৪ দ কবি কবি খঙ্‌জেএ, ৪০ দ নাইএ কোক্‌চৌও। ৬৮ দ ফৈএ, ৮৭ পোযনু থা ১১ পান্‌ব য়ূম্‌সকৈস নুমিৎ থৱান্‌মিচাক্‌ মৃগসিবান পান্‌বদ মমা খোয়বেন্‌গি ৱাইওংগদনে।

ইঙেন্‌ থাদ মী পোক্‌পদি অয়ুক্তি ৱাইখুগি বোকোল্‌নে। থৱান্‌মিচাক্তি পুনর্ব্বসুনে। ইঙা থা মচেৎ কোঙ্‌গায় চঙ্‌ন পাল্‌এ। মচুদি লযোনগুম্‌এ। মমীৎ সেপ্‌এ। মথং অমদি বিসাখানে, সাগি মসক্‌নে। ২ মগি খোয়জেন্‌ লিংজেন্‌ ইন্‌বনে। অদুদ মী পোক্‌পদি নিংথৌকাবন উবৌএ। মমায নোংপোক্‌ পাংন তাইএ, লৌসিং সিংএ, লাইবু নীংএ। নীংদ্রবদি ফৎতে, মাগি মপাল্‌ তাংএ। লাংফম্‌দি চহী ৩ দ পাংএ , ১০ দ ৱা থোক্‌এ। ২১ দ ৱাবৈ চেল্‌এ, ৩০ দ লন্‌ খঙ্‌জৈএ, ৩৭ ত নিংথৌ লঙ্‌জৈএ। ৫৭ ত মীবৈবাক্‌ চঙ্‌এ নাইএ, যূম্‌দ সিবৈএ। সিদ্রবদি ১০৫ মেবা থা ১১ সগোল্‌সেন্‌ নুমিৎত থৱান্‌মিচাক্‌ পুর্ব্বসাবান পান্‌ব নুমিদাংদ মমা খোয়বেন্‌গি ৱাইওংএ।

থৱান্‌ থাদ মী পোক্‌পদি অযুক্তি বোকোল্‌ নোংসানে। থৱান্‌মিচাক্তি মঘানে, মচুদি মৈখুনে। মথং অমদি উত্তব ফাল্‌গুনিনে, মচুদি উইন্‌গুম্‌এ। মথং অমদি উত্তবভাদ্রপদনে, মচুদি ঈগুম্‌এ। অহুম্মদি নোংসানে। সাগৈ অদুদ মী পোক্‌পদি লংমাইজিংন উবৌএ। মমায চীংখৈ পাংএ। নহাঙৈদি মমা মপান চাল্‌এ, অহল্‌ ওইবগ মমা মপা লৌএ। মথক্কি অহল্‌ লৈফদে। মীন যেক্‌নৈএ, পূক্‌ লাযচেল্‌নে। খোযজেন্‌ লিংজেন্‌ মবোল্‌ যাম্‌এ, মীন খঙ্‌ব ঙম্‌দে। মহাক্‌ মীজাউ মীসাংনে। নিপাসুং নুপিসুং মতু মৱা অহুম্‌দ চানৈএ। লাংফম্‌দি অপোক্‌প কুম্‌দ নাইএ। চহী অহুম্‌দ ঈ উন নাইএ। মখূৎত সূবন যেংথিএ। মচি ময়া পান্‌বন সোক্‌এ, ৩০ দ ফৈএ, ৩৫ দ মীনসুং লাইনসুং চাল্‌এ। ৪০ দ লাই ফত্তব লাক্‌এ, থৌনি হৈও। ৪৭ নাইএ, ৫০ দ লন্‌ খঙ্‌জৈএ, খোযবেন যৌন পুন্সিএ। ৭৮ ফাইবেন্‌ থা ১৪ পান্‌ব লংমাইজিং থৱান্‌মিচাক্‌ পুর্ব্বফাল্‌গুনিন পান্‌ব নুংথিল্‌দ মমা খোয়বেন্‌গি ৱাইওংগদনে।

লাংবন্‌ থা অযুক্‌ অঙন্‌ব যুথক্‌ যৌমন্দবিঙৈ মী পোক্‌পগি বোকোল্‌দি নুবানে। থৱান্‌মিচাক্তি উত্তবফাল্‌গুনিনে থৱান্‌ থা মচেৎ কোঙ্‌গায চঙ্‌ন পাল্‌এ, মহক্তি নুপিনে, মচু ঈগুম্‌এ। মথং অমদি হস্তানে, মচু খবিসাগুম্‌এ। মথং অমদি চিত্রানে, অৱাংবনে। মমীৎ অম পাঙ্‌ অম তাঙ্‌এ। সাগৈ অহুম্মদ মী পোক্‌পদি

অহুম্মগি খোয়জেন্ লিংজেন্ ইন্‌বনে। বোকোল্‌দি নুবা পাখংনে। যূম্‌সকৈসন উবৌএ, মমায় নোংপোক্ পাংএ। মবেপ্‌তি লেপ্‌য়ায়নে। মহাক্তি মীসিং মীহৈনে, মীন চাল্‌এ, ৱা হায়ব হৈএ, লিংজেন্ য়াংএ, মীৎয়েং নীংথিএ, মসক্ উববগ মীন চাল্‌এ। মহাক্ লন্‌গি মপু ওইএ। নহাক্‌ন হাঙৈগি মখৈ লৌসিং সিংএ। থবক্ থনা সূব হৈএ, মহাক চঙ্‌এ। মকোক্ মক পাৎন নাইএ। লাংফম্‌দি চহী ৪ দ মচি ময়া পান্‌বন সোক্‌এ, ১০ দ সোক্‌ন নাইএ, লায়চেল্‌এ। নুপিসুং নিপাসুং মতু মৱা হান্নগি চান্নদে। নহাঙৈদ মৈ ঈসিংন য়েংথিএ। ১৩ দ অনা অয়েক্ নংজৈএ, থাঙ্ তেন্‌ন সোক্‌এ। ২০ দ, ২৩ দ অনা অয়েক্ নংজৈএ, ৱা চাউন থোক্‌এ, লাংফম অচেৎপনে। ৩০ দ কন্‌এ, ৪৫ দ ৱাথোক্‌এ, কোক্‌চৌও। অদু হেল্লবদি লন্ অযাম্ব ফংজৈএ, নাববসুং কদৌদে। চহী ৮৫ লম্‌তা থা যূম্‌সকৈস নুমিৎ থৱান্‌মিচাক্ হৃন্তান পান্‌ব অহিংদ ৱাইওংগদনে।

মেবা থা অয়ুক্ যুথক্ যৌদবিঙৈদ মী পোক্‌পগি মঙন্‌দি পাবোৎ চাংনে। থৱান্‌মিচাক্ চিত্রান পাল্‌এ। মমীৎ পাংম তাঙ্‌এ, মহক্ অবাংবনে। লাংবন্ থা মচেৎ চঙ্‌ন পাল্‌এ। মথং অমদি সতবিসানে। মচু সল্‌খোম্ অহিংবগুম্‌এ মথং অমদি পুর্ব্বভাদ্রপদনে। মচু সনাগুম্‌এ, মহক্ নিপানে। বোকোল্‌দি পাবোৎ চাংনে, অদুদ পোক্‌প মীদো থৱান্‌মিচাক্ অহুম্মগি খোয়জেন্ লিংজেন্ ইন্‌বনে, অদু ইন্ন খন্‌বিও। মপূক লূম্‌এ, সিং হৈএ। মপূক্ ৱাবক্‌প ঙম্‌জৈএ মমায অৱাং পাংন তাইএ। ঈবাইন উবৌএ। লাইবু নীংলবদি ফৈএ, নীংদ্রবদি ফংতে। নুপিসুং নিপাসুং তুবোল্ ৱাবোল্ অহুম্‌দ চানৈএ। কাবাম্‌এ, নহাঙৈ হৌন সিং হৈএ। লাংফম্‌দি চহী ৪ দ লাযচেল্‌এ, মৈ ঈসিংন যেংথিএ, মচি মযা পান্‌বন সোক্‌এ। : ১ ফৈএ, ২০ দ নাইএ, ২৩ দ ৱা থোক্‌এ। নাববসুং লূম্‌এ। ৩০ দ অযৈ অপুন্ নংজৈএ। সা ঙান, মৈ ঈসিংন য়েংথিএ। লাই ফত্তবনসুং উবৌএ কোক্‌চৌও। ৪৫ দ লাংফম্‌নে, ৫২ দ নিংথৌন চাল্‌এ, যূম্‌নাক্ খুল্‌এ। ৭৫ সজিফু থা ১২ পান্‌ব থৱান্‌মিচাক্ সতবিসান পান্‌ব সগোল্‌সেন্ নুমিৎ অয়ুক্‌ত খোযবেন্‌গি ৱাইওংএ।

হিয়াঙ্গৈ থা অয়ুক্ অঙন্‌বদ পোক্‌পগি থৱান্‌মিচাক্ বিসাখানে। মেবা থা মচেৎ কোঙ্গায চঙ্‌ন পাল্‌এ। মথং অমদি অনুবাধানে, মুৱাইবিগি মচুনে। মখোঙ্ তেক্‌এ, লীকংগুম্‌এ। মথং অমদি চিত্রান পাল্‌এ, নিপানে। মহক্ ঙৌএ, চীংলাইগুম্‌এ। অহুম্মগি মঙন্‌দি তীল্লাইখোম্‌বিনে। অদুদ মী পোক্‌পদি থৱান্‌মিচাক্

অহুম্মগি খোয়জেন্ লিংজেন্ ইন্বনে, অদু যেংন খন্বিও। মমায নোংপোক্ পাংন তাইএ, নিংথৌকাবন উবৌএ। নহাঙৈ মমা মপান চাল্এ, মীবু কিদে, মপূক্ লাযচেল্এ, মীন হাযনবা য়াম্এ। নৈপাক্কি থৌ তৌএ। নিপাসুং নুপিসুং হাল্নগি চানদে। মবল্ তৃংদে, মপূক্ চেংএ। লৌসিং সিংএ। চহী ৬ ত মচি ময়া পান্বন সোক্এ ১১ দ নাইএ, ঈসিংদ মিপাইব নংজৈএ। ১৬ ত সোক্এ, ২০ দ নাইএ, ২৬ ত ফৈএ, ৩০ দ মীবৈপাক্ চঙ্এ নাইএ। ৪০ দ ব্রা থোক্এ। ৪৪ দ নাইএ। ব্রাসুং থোক্এ। ৫০ দ লন্ খঙ্জৈএ। ৫৬ ত অব্রাব নংএ। ৬৫ দ কদৌদ্রবদি ৮০ দ কালেন্ থা ৫ নি পান্ব অনুবাধান পান্ব নিংথৌকাব নুমিৎত খোয়বেন্গি ব্রাইওংএ।

পোযনু থা অযুক্ত পোক্পগি বোকোল্দি লীতেল্নে, থব্রান্মিচাক্তি মুলানে, মচুদি খাবিসানে। মথং অমদি পুর্ব্বসাবানে, মচূদি সামুক্কুম্এ। মথং অমদি উত্তবসাবানে, নুপি নিপা মবক্ ওইএ, মচুদি উইন্গুম্এ, অহিং নুংথিল্ পাল্এ। অদুদ মী পোক্পদি থব্রান্মিচাক্ অহুম্মগি খোযজেন্ ইন্বনে। অদু যেংন খন্বিও। মমায় মোইবাং পাংএ, মনম্ হুল্ হুন্এ, থাঙ্জন উবৌএ, মহৈ থাপ্এ, লাযচেন্দে, মীসিং মীহৈ ওইএ, মীবৈবাক্ অম চৎএ, লঙ্জৈএ। লাংফম্দি চহী ২ দ নাইএ, ৪ দ নাইএ, ৭ত সোক্এ, কোক্চৌও। ১৪ দ মীগি খুল্ অম চৎলুবদ অনা অযেক্ নংজবক্এ। মৈ ঈসিংদ মিপাইব নংজৈএ। ২০, ২৫ দ ফৈএ, কবি কবি খঙ্জৈএ। ৩০ দ ফৎতে, কোক্চৌও। ৪৫ দি চেংলো। অদু হেল্লবদি ঈনাক্ খুল্লক্এ। ৭৫ হেল্লবদি ১০০ দ ইঙেন্ থা নিন্দুং ২৫ পান্ব থব্রান্মিচাক্ মুলান পান্ব থাঙ্জ নুমিৎযুংবদ মমা খোযবেন্গি ব্রাইওংগদনে।

ব্রাক্চিং থা অযুক্ত পোক্পগি বোকোল্দি চীংলাইনে, থব্রান্মিচাক্তি উত্তবসাবানে, মচু উইন্গুম্এ, নুপি নিপা মবক্ ওইএ, অহিং নুংথিল্ পাল্এ। পোযনু থা মচেৎ কোঙ্গায চঙ্ন পাল্এ। মথং অমদি শ্রবনানে, মচু সেন্গুম্এ। মথং অমদি ধনিস্থন পাল্এ, লন্গি মপু ওইএ, ঈসিংপুন্ অথন্বগুম্এ। অদুদ মী পোক্পদি থব্রান্মিচাক্ অহুম্মগি খোযজেন্ লিংজেন্ ইন্বনে, অদু যেংন খন্বিও। মমায নোংপোক্ পাংন তাইএ, কঞ্জাউগল্এ। মঙক্ সাংএ, মীসিং মীহৈ ওইএ, অফব মীনে। মচু ঙাঙ্এ, মীযাম্ন চাল্এ, মচা অফব পোক্এ। লাংফম্দি চহী ২ দ, ৪ দ নাইএ। ৭ত মৈ ঈসিংন ফংএ, ১৪, ২০, ২৪ নাইএ, ৩০ দ ফৎতে,

নিংথৌ লঙ্‌জেএ। ৩৫ দ লন্ খঙ্‌জেএ, ৪৫, ৪৬ ত লঙ্‌জেএ, কোক্‌চৌও, লন্ ফংজেএ। ৬০ দ ফৈএ, ৬৬, ৬৮ দ লন্ তিংএ। অনা অয়েক্ নংজেএ। ৮৯ ইঙেন্ থা ১২ পান্‌ব স্রবনান পান্‌ব সগোল্‌সেন্ নুমিৎ নুংথিল্‌দ মমা খোয়বেন্‌গি ৱাইওংগদনে।

ফাইবেল্ থা অয়ুক্ অঙনব্‌দ পোক্‌পগি বোকোল্‌দি ঈসিংপুন্ অথনব্‌গুম্‌এ। থৱান্‌মিচাক্ স্রবনান পাল্‌এ, ৱাক্‌চিং থা মচেৎ কোঙ্গায় চঙ্‌ন পাল্‌এ। খাবিসাগি মচুনে। মথং অমদি সতবিসানে, মচু লসিংগুম্‌এ। অমদি ধনিস্থনে, মচুদি ঈসিংনে। অদুদ পোক্‌প মীদো থৱান্‌মিচাক্ অহুম্মগি খোয়জেন্ লিংজেন্ ইন্‌বনে, অদু খনন হায়বিও। মমায় লাইহিজি পাংন তাইএ। সগোল্‌সেন্‌ন উবৌএ, মী অফবনে, লন্‌গি মপু ওইএ। ফিন খুন্নদ সমব্রু অম নাইএ। হক্‌চাংদ চা অম লৈএ। মতু অফব খঙ্‌জেএ। মচা অফব পোক্‌এ। অফবগি সাগৈন চাল্‌এ, ফম্ নাইএ, মঙক্ সাংএ, মওঙ্ ফৈএ। লাংফম্‌দি চহী ২ দ মৈ ঈশিংন ফংএ, পোক্‌প কুম্‌দ নাইএ। ৬ ত মচি ময়া পান্‌বন সোক্‌এ। ১২ দ ঈ উইএ, কোক্‌চৌও, লন্ খঙ্‌জেএ। ৩০ দ লন্ তিংএ, ৪৮ দ ফৈএ, ৫৬ ত লন্ অয়াম্ব ফংজৈএ, ৬৫ দ নাইএ, ৭০ দ ফৎতে, কোক্‌চৌও। ৮৫ থৱান্ থা ২৫ পান্‌ব থৱান্‌মিচাক্ স্রবনান পান্‌ব লংমাইজিং নুমিৎত মমা খোয়বেন্‌গি ৱাইওংএ।

লম্‌তা থা অয়ুক্ য়ুথক্ য়ৌদবিঙেদ পোক্‌পগি বোকোল্‌দি ঙা পবেংনে। থৱান্‌মিচাক্তি পুর্ব্বসাবান পাল্‌এ। ফাইবেন্ মচেৎ অম চঙ্‌ন পাল্‌এ। মচুদি তম্বগুম্‌এ। অমদি উত্তরভাদ্রপদনে, ঙাগি মচুনে, অমদি অশ্লেসানে। অদুদ মী পোক্‌পদি থৱান্‌মিচাক্ অহুম্মগি মচু মমেল্ ইন্‌বনে অদু য়েংন খন্‌খিও। মমায় নোংচুপ্ পাংন তাইএ সগোল্‌সেন্‌ন উবৌএ। মী অফবনে, লিংজেল্ চুম্‌এ , হাল্‌নগি মতু চানদে। ফিন খুন্নদ সমব্রু অম লৈএ, মঙক্ সাংএ, লাইবিক্ লাইসু হৈএ, মমায়দ সমব্রু নাইএ। লাংফম্‌দি চহী ২ দ, ৩ দ নাইএ, লাইথুংসুং থুংএ। ৫ দ ফৈএ, ৭ ত নাইএ, মচি ময়া পান্‌বনসুং সোক্‌এ। মীযাম্‌ন খঙ্‌এ, ঈনাক্ খুল্‌এ, লেপ্‌য়াযনে। ১০ দ নাইএ, মৈ ঈসিংদ মিপাইব নংজৈএ। ১৬ ত নাইএ, ১৭ ত নিংথৌ লঙ্‌জেএ কোক্‌চৌও। ২০ দ ফব হৌবে, ২৩ দ লন্ য়াম্‌ন ফংএ। ৩০ দ নাইএ। ৩৮ চেৎলো, কোক্‌চৌও। ৫৯ ফৎতে, ৭৫ দ থৱান্‌মিচাক্ বেবতিন পান্‌ব সগোল্‌সেন্ নুমিৎত ৱাইওংএ।

---

**সুর্বিকা**

### ৩. নুমিৎ চয়োন্ তরেৎত পোক্পগী ৱারম্ :

নুমিৎ চয়োন্ ৭ মদ পোক্পগি ৱাদি লংমাইজিং নুমিৎত পোক্পদি মচু ঙাঙ্‌এ, মঙক্ সাংএ, মমীৎ লাওএ, মওঙ্ ফৈএ। সিনুংদ সম্ব্রু নাইএ, মমায়দসুং সম্ব্রু নাইএ, ৱাহায় তোযএ। মতু হান্নগি খাইনৈএ। মবূক্ হন্দোক্ হঞ্জিন্ নাইএ। তুমন্ লৌএ, মচা হান্নগি খাইনৈএ। মচিঞ্জাক্তি ৱাৎতে। মীবৈবাক্ অম য়ৌক্ইএ, অসি অনা নংজবক্এ, লাইবু নীংও ফৈএ। মখোঙ্ মখূৎ পান্বদ ঈ উব য়াম্এ, য়োৎ থাঙ্নসুং যেংথিএ। লাংফম্‌দি পোক্প কুম্দ নাইএ। ৬ নাইএ, ৭ ত, ১০ দ, ১২ দ নাইএ। ১৫ দ মীখুল্ চৎলুবদ নাইএ, ২১ নাইএ, কোক্চৌও। ৩১, ৩৫ দ ৱা থোক্এ। ৩৮, ৪২, ৪৩ দসুং নাইএ। ৪৫, ৪৬ লন্ তিংএ। ৮৪ চেৎও। ৮৬ নাইএ। ৯৪, ৯৮ দ খোয়বেন্‌গি ৱাইওংগদনে।

নিংথৌকাব নুমিৎত পোক্প মীদি মচু অঙৌবনে, ঙাঙ্সুং ঙাঙ্এ। লেপ্য়ায়নে। মচিঞ্জাক্তি ৱাৎতে, লন্‌দি তুংদে। ৱা হায়ব মীবু লাক্চৈএ। মচা যাম্এ। ৱাথৈ লান্থৈজিন্ব যাম্এ। নাববদি লূম্ব হৌনৈএ। মতু হান্নগি চান্নদে। মচা অফব পোক্এ। ফিন খুম্বদ সম্ব্রু নাইএ। নুপিসুং অসিনে। লাংফম্‌দি ১৩, ১৫দ কোক্চৌও। ১৬, ২০ দ নাইএ। ২২, ২৩, ২৭, ২৮ দ নাইএ, ৩০, ৩২, ৪০, ৪১, ৪৪, ৪৮, ৫০, ৫১, ৫৫, ৫৮ দ নাইএ কদৌদে। ৬০ দ লূম্এ। ৬২, ৬৮ দ কোক্চৌও। ৬৯, ৭২ দ চেৎও। ৭৫,৭৮ সিদে। ৮১ দ খোয়বেন্‌নে। ৭৮ অপাইবনে। ৮২ হেল্লবদি ৮৭ খোযবেন্‌নে।

লৈপাক্পোক্প নুমিৎ পোক্পদি মচু ঙাঙ্এ। মচানিপা হান্ন পোক্এ। নুংঙাইব ফংজৈএ। নহাঙৈদ ঙাওএ। মচি ময়া পান্বন সোক্এ। ঈ উব য়াম্এ। পোক্প কুম্দ সোন্এ। লাযচেল্এ। নিংথৌন খঙ্এ। লান্দ থৌএ। খোঙ্বী মবাই লোংএ। মপূক্ত সম্ব্রু নাইএ। লাংফম্‌দি চহী ৫ দ, ৬ ত অপাইব ৮ দ চেৎও। ১৯, ১৫, ১৮ সুং অপাইবনে। ২৫ দ চেৎও। ২৮ নাইএ। ২৬,৩০, ৩৬, ৩৭, ৪০, ৪৭ নাইএ। ৬১,৬৪ অপাইবনে। ৬৬ লাংফমলেল্‌নে চেৎও। ৬৮ ৱা থোক্এ। নাইএ। ৭১,৭৫ সুং ফৎতে। কোক্চৌও। ৭৮ অপাইবনে। ৮২ হেল্লবদি ৮৭ খোয়বেল্‌নে।

যূম্সকৈস নুমিৎত পোক্পদি মচু ৱাউন ঙৌএ, মীৎয়েং খাযএ। লান্দ ফৈএ, মীযাম্ন খঙ্এ, মৈ ঈসিংদ সোক্এ, লান্‌ফম্‌দ মিপাইব নংজৈএ। মীন ৱা থৈজিন্ব

য়াম্এ। ফিন খুম্বদ সম্ব্রু নাইএ, মপূক্ চুম্এ, লাংফম্দি ৩ দ ৭ত অপাইবনে। ১১ ব্রা থোক্এ, ১৩ দ ১৭ত লাংফম্নে কোক্চৌও। ১৮, ২১, ২৪ সুং ব্রা থোক্এ, নাইএ। ২৭ লাংফম্নে কোক্চৌও। ৩৭, ৩৫ সুং ব্রা থোক্এ, নাইএ। ৪২, ৪৭ লাংফম্নে। ৪৮, ৫০, ৫৩ ব্রা থোক্এ, নাইএ। ৫৬, ৫৮, ৬০ লাংফম্নে। ৬৩, ৬৭ অপাইবনে। ৭০, ৭৪, ৭৮ অপাইবনে। ৮১, ৮৪ লাংফম্নে। ৮৬ খোয়বেন্নে।

সগোল্সেন্ নুমিৎত পোক্পদি মচু ঙাঙ্ন মুইএ। মতু অহান্ব চানদে। ব্রাদন পাল্এ। পোক্প কুম্দ নাইএ। ৪ দ সোক্এ, মৈদ মিপাইব নংএ। সিনুংদ সম্ব্রু নাইএ। মীন চাল্এ। ২, ৩, ৬, ১৩, ১৭ অপাইবনে। ১৮ লাংফম্নে। ২০, ২৪, ৩১, ৩৪, অপাইবনে। ৩৮ ব্রা থোক্এ। ৪১, ৪৫ অপাইবনে। ৫২, ৬২, ৬৮, ৬৯ সোক্এ কোক্চৌও। ৭২, ৭৩ ব্রা থোক্এ, নাইএ। ৭৭, ৭৯ দ খোয়বেন্নে।

ঈবাই নুমিৎ পোক্পদি মচু ঙাঙ্এ, মহৈ হৈএ। লৌ হৈব মী ওইএ। মীন হাযনব য়াম্এ। মচি ময়া পান্বন সোক্এ। অব্রাংবদগি হুম্থৈএ। অহল্ ওইববগ মিপাইব নংজৈএ। মতু অহান্বগি খাইনৈএ। লাংফম্দি ২, ৫, চেৎও। ৯, ১২, ১৮ অপাইবনে। ২৭ নাইএ, ৩০, ৩৩, ৩৭ ব্র' থোক্এ। ৪২, ৪৩, ৪৭ অপাইবনে। ৫০ লাংফম্নে, ৫১, ৫২, ৫৫ অপাইবনে। ৫৮ ব্রা থোক্এ। ৬১, ৬৫ অপাইবনে, ৬০ লাংফম্নে, ৭২ ব্রা থোক্এ। ৭৫, ৭৭, ৭৮ লাংফম্নে। ৮৩ খোয়বেন্নে।

থাঙ্জ নুমিৎ পোক্পদি মচু ঙাঙ্এ, মবেপ্ সাংএ, মহক্ পুম্এ, মনা তুম্এ, লান্দ কিদে। মখূৎত সম্ব্রু নাইএ। কুম্মৈ কুম্জিন্ ঈবাৎলো, ফৎতে। লাংফম্দি পোক্প কুম্দ নাইএ। চহী ২, ৮ দ মচি ময়া পান্বন সোক্এ। ১০ দ লাংফম্নে, নাইএ। ১১ ফৈএ। ১৫, ১৮ লাংফম্নে। ২১, ২৭ ফৈএ। ৫৪, ৭৮ দ মমাগি খোযবেন্গি ব্রাইওংঙৈনে।

**৪. থা ১২ দ পোক্পদি মচৎ :**

থা ১২ মদ পোক্প মী অসিবু লম্চৎ মতৌ অমমম্নে মান্নদে। সজিফু পোক্পদি লাইবিক্ হৈএ, মবম্ ওক্এ। কালেন্ থাদ পোক্পদি কঞ্জাউগন্এ, নাপল্ ব্রাংএ, লন্ যাম্ন লোইএ, মহৈ হৈএ। ইঙা থাদ পোক্পদি মপূক্ থৌএ, লন্ কবাম্এ, লৌসিংএ। ইঙেন থা পোক্পদি লাইবিক্ লাইসু মহৈ মসিং সুইএ। থব্রান্

থা পোক্পদি লাইবু নীংএ, মফম্ মফাল্ ফংজৈএ, লাংবন্ থা পোক্পদি নুংঙাইব ফংজৈএ। নিংথৌগুম্‌ন পাল্এ। মেবা থা পোক্পদি মহাক্ নীংথিএ, লাইগি থৌ অযাম্‌ব খঙ্‌এ, লৌসিং চঙ্খোল্এ। হিয়াঙ্গৈ থা পোক্পদি সাউবসুং ফব্বসুং থুইএ, মীবু সেম্বি সাবিবসুং হৈএ, লৌসিং চাউএ, পোযনু থা পোক্পদি লৌসিং য়াম্এ, খুবাল্ চীন্থিবনচিংন হৈএ, মবম্ য়াম্ন খঙ্এ। ৱাক্চিং থা পোক্পদি মহক্ সেংএ, লম্চৎ ফৈএ, মবম্ খঙ্এ। ফাইবেন্ থা পোক্পদি খোয়জেন্ লিংজেন্ ফৈএ, মহক্ পাংগল্এ, মীয়াম্গি ৱা তাব হৈ, অফব মীনে। লম্তা থা পোক্পদি মৈন যাম্‌ন সোক্এ, লিন্ কাঙ্‌ন য়েংথিএ, থাগি ৱাদি অসিনে।

### ৫. থাগি নিন্‌মাঙ্ নিন্দুংদ মী পোক্পগি ৱায়েন্ :

থাগি নিন্‌মাঙ্ নিন্দুংদ মী পোক্পগি ৱায়েন্‌দি নিন্‌মাঙ্ পোক্পদি লাইবিক্ লাইসু হৈএ, মথক্ মখা খঙ্এ, লৌসিং অয়াম্ব সিংএ। নিন্দুং পোক্পদি মপূক্ চুম্‌দে, ৱাপৈ হায়এ, মীগি লন্ পাম্এ। নিন্‌মাঙ্ নিন্দুংগি ৱাদি অসিনে।

### ৬. নুমিৎ চয়োন্ ৭ মন চঙ্‌দন পোক্পগি ৱায়েন্ :

নোংম নুমিৎত চযোন্ ৭ মন চঙ্‌দন পোক্পগি ৱাযেন্‌দি লংমাইজিংগী খেন্দ পোক্পদি মহক্ ঙৌএ, পুম্এ, কোক্ ঙাইবংব হৌনৈএ, মমীৎ সংএ। ঈবাইগি খেন্দ পোক্পদি মমীৎ সেপ্এ, মযাঙ্ কংএ, নোক্প হৈনৈএ, মচু ঙাঙ্এ। যুম্‌সকৈসগি খেন্দ পোক্পদি মীৎয়েং লৈন যেংএ, অখাব চাব হৈনৈএ, কোক্ ঙাইবংগন্এ, মমীৎ সংএ। নিংথৌকাবগি খেন্দ পোক্পদি মীৎযেং চুম্এ, অথুম্ব পাম্এ, নোংসিৎ লাইন হৈএ, ৱাহায হৈএ। থাঙ্জগি খেন্দ পোক্পদি মহক্ চাউএ, মীৎযেং সোযএ, অখাব চাব হৈনৈএ, মহাক্ তন্এ, ময়া চৌএ। সগোল্‌সেন্‌গি খেন্দ পোক্পদি লৌসিং সিংএ, অথুম্ব চাব হৈনৈএ, মচু ঙৌএ, নোক্ন ৱা হায়ব হৌনৈএ। লৈপাক্‌পোক্পগি খেন্দ পোক্পদি মযাঙ্ কংএ, মীৎযেং ৱাংএ, অচোই অপা চাব হৈনৈএ, কোক্ ঙাইবংব হৌনৈএ, নোক্লব হবাউ তয়াম্ব পাম্এ। খেন্‌গি ৱাদি অসিনে।

### ৭. মী পোক্পগি পূংকম্ :

পূংগি ৱাদি ঈসিংগি পূংদ পোক্পদি লন্ য়াম্ন লোইএ, নুংঙাইব ফংজৈএ পুক্সিএ। মহেন্দ্রদ পোক্পদি নিংথৌগি খেন্‌নে। মবল্ মথুম্ চঙ্খোল্এ। নোংসিৎকি

পূংদ পোক্‌পদি কঞ্জাউএ, মসা নোয়দে, মীরা তাবিদে, লন্‌ তূংদে। চোম্‌গি পূংদ পোক্‌পদি নাগন্‌ যেক্কল্‌এ, পোক্‌পদগি চহী ২ ফাওন নাইএ, পুন্সি রাংএ। পূংগি রাদি অসিনে।

**৮. চয়োন্‌ ৭ ত পোক্‌পগি হৌনব :**

চায়োন্‌ ৭ মদ পোক্‌পগি রাদি লংমাইজিং পোক্‌পগি হৌনবদি অথুম্ব চাব হৈনৈএ, সাউগন্‌এ, সূব তন্‌দে, কোক্‌ ঙাইবংব হৌনৈএ। নিংথৌকাব পোক্‌পদি অচা অথক্‌ রাংতে, নুংঙাইব ফংজৈএ। লাইবিক্‌ লাইসু হৈএ। লৈপাক্‌পোক্‌প পোক্‌পদি মী অপঙ্ববু চাল্‌এ। মহৈ মসিং মচাক্‌ মবল্‌ চঙ্‌খোল্‌এ, মবৌ মবাং হৈএ। য়ূম্‌সকৈস পোক্‌পদি লন্‌ লোইএ, লৌবিএ, মহাক্‌ লুইএ, মীবু চাল্‌এ, রা য়াম্ন হায়এ। সগোল্‌সেন্‌ পোক্‌পদি লৌসিং মহৈ য়াম্‌এ, রাবী সীংবুল্‌ হৈএ, মচা মসূ য়াম্‌এ। ঈবাই পোক্‌পদি নুংঙাইব য়াম্ন ফংজৈএ, কন্‌ থৌএ, মীবু চান্‌ব হৈএ, লাইবু নীংএ। থাঙ্জ পোকপদি মপূক্‌ কন্‌এ। মীবু থৌওইদে মসিং মহৈন পাল্‌এ। চযোন্‌ ৭ মগি রাদি অসিনে।

**৯. মী পোক্‌পদ রোকোল্‌গি (রাবি) রা :**

বোকোল্‌গি রাদি হামেঙ্, নোংসা, লীতেল্‌ অহুম্মদ পোক্‌পদি মকোক্‌ নোংপোক্‌ পাংএ, নৎত্রবদি নোংচুপ্‌ পাংএ। নাউকন্‌বি অহুম্‌নে। কোন্ন অনী লাক্‌এ, মঙা সুইএ। তন্‌ব, নুবা, চীংলাই অহুম্মদি মকোক্‌ মৈবম্‌ পাংএ। নৎত্রবদি কৌবক পাংএ। নাউকন্‌বি মবিনে। ঈসিংপুন্‌, সাফূ, পোৎচাং অহুম্‌দি মকোক্‌ নোংপোক্‌ পাংএ, নৎত্রবদি নোংচুপ্‌ পাংএ। নাউকন্‌বি অহুম্‌নে, কোন্ন মবি লাক্‌এ তবেৎনে। ঙা পবেং, রাযখু, তীল্লাইখোম্বি অহুম্মদ পোক্‌পদি মকোক্‌ অরাং পাংএ নৎত্রবদি খা পাংএ। নাউকনবি অহুম্‌নে, সূপ্‌ন মাপল্‌নে।*

**১০. থাবান্‌দ পোক্‌পগি রা :**

রাবম্‌ অমদি থা অহন্নোংদ পোক্‌পদি পঙ্এ। ২ পান্‌বদ পোক্‌পদি রায়এ। ৩ নি পান্‌বদ পোক্‌পদি ঈনাক্‌ খুল্‌এ। ৪ নিদ পোক্‌পদি কঞ্জাউএ। ৫ নিদ পোক্‌পদি

* (১) হামেঙ-মেষ, (২) নোংশা-সিংহ, (৩) লীতেল-ধনু, (৪) তন্‌ব-বৃষ, (৫) নুবা-কন্যা, (৬) চীংলাই-মকর, (৭) ঈসিং পুন-ধনু, (৮) সাফূ-মিথুন, (৯) পোৎচাং-তুলা, (১০) ঙা পবেং-মিন, (১১) রায়খু-কর্কট, (১২) তীল্লাইখোম্বী-বৃশ্চিক।

অয়াঙ্ অথৌ থোক্এ। ৬ নিদ পোকপদি মিপাইএ। ৭ নিদ পোক্পদি লাইনা যাম্এ। ৮ নিদ পোক্পদি পঙ্এ। ৯ নিদ পোক্পদি হৈ-সিংএ। ১০ নিদ পোক্পদি মপু অনী সুইএ। ১১ নিদ পোক্পদি ফৎতে। ১২ নিদ পোক্পদি ফৎতে। ১৩ নিদ পোক্পদি লন্ মযেং তাইএ। ১৪ নিদ পোক্পদি ফৈএ। ১৫ নি পোক্পদি অকন্ অথৌ পোক্এ। ১৬ নিদ পোক্পদি সিং হৈএ। ১৭ নি পোকপদি খুবাল্এ। ১৮ নিদ পোক্পদি ফৎতে। ১৯ নিদ পোক্পদি চীন্ থি, হৈ-সিংএ। ২০ নিদ পোক্পদি মতু অহান্ব খাইনৈএ। ২১ নিদ পোক্পদি পুক্সিএ। ২২ নিদ পোক্পদি হৈ-সিংএ। ২৩ নিদ পোক্পদি ফৎতে। ২৪ নিদ পোক্পদি লন্ ফংজৈএ। ২৫ নিদ পোক্পদি ফৎতে। ২৬ নিদ পোক্পদি মিপাইব নংএ। ২৭ নিদ পোক্পদি মৈদ নংজৈএ। ২৮ নিদ পোক্পদি ফৎতে। ২৯ নিদ পোক্পদি ব্রাযএ। ৩০ নিদ পোক্পদি ফৎতে। মাঙ্খেগি ব্রাদি অসিনে। ❑

## ৫. থৌ চৎপগী অক্ষ-ক্ষত

### ১. নিংথৌন খোঙ্সান্নবগি :

নিংথৌন খোঙ্সাল্লবদ উহৈদব মবম্দি লসিং, ফৌ, অমুবগি সাগৈ, ফৈদা, মী মবৈবোম্ব, মখোঙ্ মখূৎ তেক্প, মনম্ পোন্ব, নোং চুব, লশ্বীদ লৈখোম্ লৈঙম্ব, লিন্, সউন্, মী মসি, যোৎ সাদব, মী লাযচেন্ব, অসোন্ব, অনাব, অঙাওব, সীং পূব, ই পুব, চাক্ লাম্দুন তুদুন লৈঙম্ব, যেক্লব মী, মী মসম্ ফাব, মসম্ থাউ তৈব, মীন হুন্জেক্প মী, মীবক্ অতাব মী, ফিলৈ সেংদব মী, অসি খৈবিক্পু হান্ন তান্থোক্ও।

নিংথৌন যাত্রা খোঙ্সান্বদ সামু যাত্রান কবি লৈতন হাৎপ, মান চোংব, নিংসা মপি হোন্ব, মনাতোন্ন লৈপাক্ লৌদুন হুন্খৎপ, মপি তাব, মমীৎ উইব, চৎকদব লশ্বী চৎপিদব, মথী মযুং চীৎপ অসুম্ তৌববদি ফৎতে খুল্ ঙম্দে।

যাত্রা সান্বদ অফব থোক্পগি মবম্দি খোঙ্সান্ঙৈদ সামুন লৈসৌবুং থিন্গাইব, লৈপাক্ অব্রাংববু থিন্গাইব, উ মসা চিংথেক্প, মহাক্ খেন হবাউব, মমায লোংন চৎখিব, মনাতোন্ন মযাদগি ঈসিং লৌদুন মীবু চাইব, মনাতোল্ন মযেৎ লশ্বীবু কোৎন চৎপ অসুম্ তৌববদি খুল্ ঙম্এ

### ২. চিথেক্ ৮ মদ চৎপগি ব্রা :

নোংপোক্লম্ চৎপদি কবি কবা মেৎন চা-ও। খাগ মীৎলম্গদি চখোম্ অহান্বদ থোয়দিং অঙৌবগ মেৎন চা-ও। নোংচূপ্ক নোংসিৎলম্গদি ঙাগ মেৎতুন চা-ও। অব্রাংগ মৈবম্গদি সল্খোম্গ মেৎতুন চা-ও।

**৩. খোঙ্সান্লাইদবুদ নীংননব লাই :**

নোংপোক্লম্ চৎপদি লংমাইজিংগ সবাবেল্গ নীংও। মৈবম্দি ঈবাইগ মৈগ নীংও। খাদি নৈপাক্পোক্পগ থোঙ্ঙাবেল্গ নীংও। মীৎলম্দি বাহুগ সল্থোঙ্গ নীংও। নোংচুপ্লম্দি থাঙ্জগ ঈখেবেল্গ নীংও। নোংসিৎলম্দি নোংসিৎক নিংথৌকাবগ নীংও। অৱাংদি য়ুম্সকৈসগ কৈকংবগ নীংও। লাইজিদি নোংপোক্ক সগোল্সেন্গ নীংও। ফি অহন্ব সেৎন চৎও। লৈ অঙৌব চিল্লো। ৱাবক্ ৱাতেম্ও। যাথং অফব থোক্ও। পৃক্ত লাইবু নীংও। অসুম্ হাযদুন খোঙ্ যেৎন থাংও। খোঙ্কাপ্ ১২ হান্ন চৎও। নোংপোক্লম্ চৎপদি সামু তোংও। খাদি বোৎ তোংও। নোংচুপ্তি সগোল্ তোংও। অৱাংদি দুলাই তোংও অসিনে।

**৪. থৌ চৎপগি ৱা :**

লংমাইজিং নুমিৎত নোংপোক্লম্ চৎপদি পৃক্ত নীংব পাঙ্এ। মৈবম্দি ওইজৈএ। খাদি কবি কবি মখঙ্জৈএ। লীক্লম্দি যাথং অখাব তাযএ। নোংচুপ্তি অনা অযেক্ নংজৈএ। নোংসিৎতি ফৈএ। অৱাংদি ৱা অফব তাযএ। লাইজিদি নুংসিব নংজৈএ।

নিংথৌকাবদি নোংপোক্ ফৎতে সিএ। মৈবম্দি নুংসিব নংজৈএ। খাদি মীবৈবাক্ত চৎলবসুং মীগি নিংথৌন চান্ঙম্এ। হল্লক্লবসুং ঐগি নিংথৌন লন্ পীঙম্এ। লীক্লম্দি অনা অযেক্ নংএ। নোংচুপ্সুং অনাব নংএ। নোংসিৎতি অযৈ অপুন্ নংজৈএ। অৱাংদি ওইজৈএ। চীংখৈদি কবি কবি খঙ্জৈএ।

নৈপাক্পোক্প নুমিৎত নোংপোক্ চৎপদি ২ চৎলবদি ১ সিবৌএ ১ হল্লক্এ। মৈবম্দি থাযনগি লাইমন্ হৌএ। খাদি পৃক্ত নীংব পাঙ্এ। লীক্লম্দি য়ুম্দগি মী অফব অম সিবম্এ। লন্মী লম্থাঙ্দসুং মীগ ওইনৈএ। নোংচুপ্তি ওইজৈএ। নোংসিৎতি সা লান্ ওক্নৈএ। অৱাংদি সিএ, মীবম্দসুং মী অম সিঙম্এ।

য়ুম্সকৈস নুমিৎত নোংপোক্ চৎপদি ওইজৈএ। মৈবম্দি হুন্ন হুন্ন ওইনৈএ। খাদি অসি অনা নংজৈএ। লীক্লম্দি কবি কবি খঙ্জৈএ। নোংচুপ্তি মীন অফব খঙ্খিএ। নোংসিৎলম্দি নুংসিব নংজৈএ। অৱাংদি ফন্মী অনীবক্ হোংএ ফৎতে। লাইজিদি মসক্ মসা ফবক্এ, হল্লক্লবগ নিংথৌন মসক্ মমিং অফব থোন্বিঙম্এ।

সগোল্সেন্ নুমিৎত নোংপোক্ চৎপদি ফৎতে। মৈবম্দি ওইজৈএ। খাদি অকিব নংজৈএ। লীক্লম্দি মীন অফব খঙ্জখিএ। নোংচুপ্তি পৃক্ত নীংব পাঙ্এ।

নোংসিৎলম্‌দি মীগি লৈপাক্‌সুং হোংঙম্‌এ। ঐখোয়গি লৈপাক্‌সুং হোংঙম্‌এ। অৱাংদি পোৎ মাঙ্‌এ। লাইহিজিদি অফব খঙ্‌জেএ।

ঈবাই নুমিৎত নোংপোক্‌ চৎপদি পূক্ত নীংব পাঙ্‌এ। মৈবম্‌দি ওইজেএ। খাদি ওইজেএ নুংঙাইএ। লীক্‌লম্‌দি অফব খঙ্‌জেএ। নোংচূপ্‌তি নুংসিব নংজেএ। লাইহিজিদি অকপ্‌ অবাউ নংজেএ।

থাঙ্‌জ নুমিৎত নোংপোক্‌ চৎপদি অনী চৎপ অম সিবৌএ অম হল্লক্‌এ। মৈবম্‌দি মিপাইব নংজেএ। খাদি তোংজেএ। মোইবাংদি ঈকাই খুম্নঙম্‌এ। নোংচূপ্‌তি ফৈ এ। নুংসিৎতি ঈকাই খুম্নঙম্‌এ। অৱাংদি তোংজেএ। লাইহিজিদি সিএ।

## ৫. থৌচৎ খোঙ্‌কাপ্‌ :

থৌচৎ খোঙ্‌কাপ্‌তি লংমাইহিজিং নুমিৎ চৎপদি সনা লুপা য়েংন চৎলো চীংলাইন নোংসাবু ঙস্ব খেল্‌নে। নিংথৌকাব চৎপদি খব হীপ্‌ন চৎলো, লৈ মনম্‌ নুংসিব চিল্লো, খোঙ্‌কাপ্‌ ৯ নে, সঙাইন কৈবু ঙম্‌ব খেল্‌নে। লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত চৎপদি পূক্‌নিং লৌসিং থোক্‌ন চৎও, খোঙ্‌কাপ্‌ ৮ নে, বাহুবু থান ঙম্‌বগি খেল্‌নে। য়ূম্‌সকৈসদি কাঙ্‌ক্রু নম্‌সা নম্‌ন চৎও, খোঙ্‌কাপ্‌ ৩ নে, থান বাহুবু ঙম্‌ব খেল্‌নে, খান পাংব যূম্‌ অমদ থুংলুও। সগোল্‌সেন্‌দি অহাও অথুম্‌ চান চৎও, পূক্‌ তপ্‌ন চৎলো, খোঙ্‌পাক ১৫ নে, উচিন হৌদোঙ্‌বু ঙম্‌ব খেল্‌নে। ঈবাই নুমিৎতি হৱোক্‌ হঞ্জিন্‌ন চৎও, খোঙ্‌কাপ্‌ ২১ নে যেন্নাউন কাক্‌লেন্‌বু ঙস্ব খেল্‌নে। থাঙ্‌জ নুমিৎত চৎপদি খোঙ্‌কাপ্‌ ১০ নে, হঙোইন লিন্‌বু ঙম্‌ব খেল্‌নে।

লংমাইহিজিং ঈবাই অনীমদি নোংচূপ্‌ চৎকুনো ফৎতে। নিংথৌকাবগ থাঙ্‌জগ অনীমদি নোংপোক্‌লম্‌ চৎকুনো। লৈপাক্‌পোক্‌পগ য়ূম্‌সকৈসগ অনীমদি অৱাংলম্‌ চৎকুনো ফৎতে। সগোল্‌সেন্‌দি খা চৎপ যাম্ন ফৎতে।

## ৬. ইন্দ্রন খোঙ্‌সান্‌বগি ৱা :

ইন্দ্রন খোঙ্‌সান্‌বগি ৱাদি লংমাইহিজিং নুমিৎতি নুমিৎ য়ুংব মমাঙ্‌ পূং ৪ দ সান্‌ও। নিংথৌকাব, লৈপাক্‌পোক্‌প অনীদি য়ুংব মতুং পূং ৩ দ সান্‌ও। য়ূম্‌সকৈসদি অয়ুক্‌ য়ুংব মতুং পূং ৪ দ সান্‌ও। সগোলসেন্‌দি য়ুংব মমাঙ্‌ পূং ৪ দ সান্‌ও। থাঙ্‌জদি নুমিৎ মচেৎ ১ থোক্‌পসুং তাখিবগি মচেৎ ১ত থিবসুং অনীম অসিদ সান্‌ও। ফৎতব নুমিৎ মহাক্‌ ওইববসুং লখা অম লৈববসুং মাঙ্‌খিএ।

### ৭. যাত্রা তৌব ফংতবগি খুদম্ :

যাত্রা তৌবদ সামুন কবি লৈতন হোবৎপ, মনা চূক্‌প, নিংসা মপী হোন্‌ব, লৈপাক্ লৌদুন মথক্ত হুন্‌গৎপ, মপি তাব, উইব, চৎকদব লম্‌বী লম্ চৎতব, মথী ময়ুং চীৎপ, খুৎতম্ অসি খৈবিক্ তৌববদি ঐখোয়গি জয ওইদবে।

খোঙ্‌সাল্ ফংতব অমদি চাক্ চাবিঙৈ হযিং সিবব, সম্ লৈঙম্ব, চাক্ চেঙ্ লৈব, লৈঙোই লৈঙম্ব, চাক্ য়াম্ন কাব, মনম্ নম্‌থিব, নোংচাবেল্‌গি চাক্‌চা ব্রাৎপ মতৌ অসি তৌববসুং ফংতে।

### ৮. যাত্রা তৌবগি ফত্তব কোক্লব :

নুমিৎ চযোল্ ৭ মক্ত যাত্রা তৌবগি ফত্তব কোক্লবদি নোংমাইজিং নুমিৎত যাত্রা তৌবদি কোক্ সোক্‌উ। সনা লুপা য়েংউ অমসুং সোক্‌উ। খোঙ্‌কাপ্ ৮ থাংউ। লাইবেন্ন-গকডবু ঙম্বনে।

নিংথৌকাব নুমিৎত যাত্রা তৌবদি চীন্ সোক্‌উ। লৈ মনম্ নুংসিব নম্‌উ। খোঙ্‌কাপ্ ৬ থাংউ। সঙাইন কৈবু ঙম্বনে।

লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত যাত্রা তৌবদি খৌবি সোক্‌উ। খূৎ মৈ য়াইয়ু। খোঙ্‌কাপ্ ৮ থাংউ। সামুন নোংস্যাবু ঙম্বনে।

যূম্‌সকৈস নুমিৎত যাত্রা তৌবদি পূক্ সোক্‌উ। চন্দন্ অঙাঙ্‌ব থিল্লু। খোঙ্‌কাপ্ ৩ থাংউ। থান বাহুবু ঙম্বনে।

সগোল্‌সেন্ নুমিৎত যাত্রা তৌবদি হক্‌চাং নাক্ য়েৎ ওয সোক্‌উ। অথুম্ অহাও চাও। খোঙ্‌কাপ্ ৬ থাংউ। য়েন্ন-উচেক্ল কাক্‌যেন্‌বু ঙম্বনে।

ঈবাই নুমিৎত যাত্রা তৌবদি পূক্ সোক্‌উ। চন্দন্ অঙৌব থিল্লু। খোঙ্‌কাপ্ ১২ থাংউ। উচিন হৌদোংবু ঙম্বনে।

থাঙ্‌জ নুমিৎত যাত্রা তৌবদি নঙ্গন্ সোক্‌উ। চন্দন্ অমুব থিল্লু। খোঙ্‌কাপ্ ২২ থাংউ। হক্কোক্ন লিন্‌বু ঙম্বনে।

### ৯. থাবান্‌সিংদ যাত্রা তৌবগি ব্রা :

থাবান্‌সিং্দ যাত্রা তৌবগি ব্রাদি নীনি পান্‌বদ যাত্রা তৌববদি লম্‌থুংফম্‌দ খূৎলৌ পল্লৌদন থুংব ঙম্‌ই। থবক্‌সু পাঙ্‌থোক্‌ই। ৩ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌবদি

ফৈ। ৪ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌববদি অফা অপুন্ অমসুং অৱাব নংই। ৫ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌববদি থবক্ পাঙ্ই। ৬ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌববদি ফৎতে। ৭ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌববদি ফৈ, লন্ থুম্ ফংই। ৮ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌববদি কবিগুম্বদসু যাত্রা তৌফদে। ৯ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌববদি সিগনি। ১০ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌবদি লম্ ফংই। ১১ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌববদি অনা লাইকোক্‌ই। ১২ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌব ফৎতে। ১৩ নি পান্‌বদ যাত্রা তৌবদি য়াম্ন ফৈ। ১৪ নি পান্‌বদি যাত্রা তৌব য়াদে। ১৫ নি পান্‌বদি যাত্রা তৌব ফৎতে। থাসি নুমিৎত যাত্রা তৌববদি সি। নোংম পান্‌বদি ২ থোক্লি। সিথবক্‌পগি নোংম পান্‌বদি ফৈ। পান্‌খৎলক্‌পগি নোংম পান্‌বদি ফৎতে।

## ১০. থৌ চৎপগি ৱারম্ :

থৌ চৎপগি ৱাদি থা অহন্নোংদি কবি কবি খঙ্‌জেএ, লাই অচৌবন নোংপোক্ত সামু ওইন ফম্‌এ। ২ দি নুংসিব নংজেএ, লাই অচৌবন খাদ ব্রম্‌হাগি মসক্ ওইন ফম্‌এ। ৩ নিদি নাই, সল্, থবক্-থনা খঙ্‌জেএ নোংচুপ্‌ত লাই অচৌবন সৈনাসিগি মসক্ ওইন ফম্‌এ। ৪ নিদি ফমন নুংঙাইব ফংএ , কোবোল্‌গি মসক্ ওইন লাই অচৌবন অৱাংদ ফম্‌এ। ৫ নিদি অফব খঙ্‌জেএ, লাই অচৌবন নোংথৌদ থর্মগি মসক্ ওইন ফম্‌এ। ৬ নিদি অনা অযেক্ নংজেএ। ৭ নিদি অচা অথক্ খঙ্‌জেএ। ৮ নিদি অনা অযেক্ নংজেএ। ৯ নিদি মীন অফব খঙ্‌জখিএ। ১০ মঙাই মসেল্ ওক্লেএ। ১১ নিদি ফিবোল্ খঙ্‌জেএ। ১২ নিদি ওইজেএ। ১৩ নিদি পোৎ অফব খঙ্‌জেএ। ১৪ নিদি অসি অকোং নংজেএ। ১৫ নিদি ফৎতে। ১৬ নিদি অফব খঙ্‌এ। ১৭, ১৮ কবি কবি খঙ্‌জেএ। ১৯ নিদি অফব খঙ্‌জেএ। ২১ নিদি ফৎতে। ২২ নিদি অচা অথক্ খঙ্‌জেএ। ২৩ নিদি সনা লুপা খঙ্‌জেএ। ২৪ নিদি লন্ থুম্ খঙ্‌জেএ। ২৫ নিদি সনা লুপা খঙ্‌জেএ। ২৬ নিদি নুংঙাইব ফংজেএ। ২৭ নিদি ফৎতে। ২৮ নিদি ফৈএ। ২৯ নিদি অকোং অসি নংজেএ। ৩০ নিদি ফৎতে।

## ১১. স্বৱ লৈবগি অফ-ফত্ত :

স্বৱ লৈবগি অফ-ফৎতদি নিংথৌকাব, য়ুম্‌সকৈস, ঈবাই নুমিৎ অহুম্ অসিদ ওযদ স্বৱ লৈব মতম্‌দ যাত্রা তৌব চৎথোক্‌প ফৈ। নোংমাইজিং, লৈপাক্‌পোক্‌প, সগোল্‌সেন্, থাঙ্‌জ নুমিৎ অহুম্ অসিদ যেৎত স্বৱ লৈববদি নুমিৎ থোক্‌প মতম্‌দ

লন্-থুম্ ওইজ ওইথক্ ফংই, নীংব থুংই। ওয়দ লৈব মতম্দ স্বব য়েৎ ওয় কায়ন লৈববদি স্বব লৈব অহোন্ব স্বব অফব থবক্নচিংব তৌব ফৎতে। যাত্রা তৌব মতম্দ স্বব যেৎ ওয় কায়ন লৈববদি স্বব লৈব অহোনব্ স্বব লৈব য়েৎ নক্ত্রগ ওয়বোম্দ অহান্ব খোঙ্থাং ওইব ফৈ। স্বব হোন্ব চপ্ মান্নব নক্ত্রগ ফুন্ব মতম্দ যাত্রানচিংব থবক্ পূম্নমক্ তৌব ফৎতে। পাউ লাক্প, ৱা হাযবসু ফত্তব মবম্ ওইগনি।

**১২. যোগিনিগি চাক্চা :**

যোগিনিগি চাক্চাদি লংমাইজিংদ য়াম্নে লৈনে, নিংথৌকাবসুং যাম্নে লৈনে, কোন্য়াইনে, লৈপাক্পোক্পদ য়াম্, কোন্য়াই, যূম্সকৈসদ য়াম্, কোন্য়াই, ঈগি উৎ তৈব, সগোল্সেন্দ য়াম্ কোন্যাই, ঈবাইদ য়াম্ কোন্য়াই, থাঙ্জদ যাম্ কোন্য়াই, থৌ চৎপদি অসি থাদন চৎও, ফবনে।

লংমাইজিং কোক্, নিংথৌকাব চীন্বান্, লৈপাক্পোক্প চাযকং, যূম্সকৈস থমোয, সগোল্সেন্ নাক্ফং, ঈবাই নম্গন্, থাঙ্জ না থৌ চৎপদ খূৎপায়নে।

**১৩. লাইজাউ মায়োক্লবগি ৱা :**

লাইজাউ মায়োক্লবগি ৱাদি ১, ৬, ১১, ১৬, ২১, ২৬ নি পান্ব থাবান্দি লাইজাউন নোংপোক্ত লৈ। ২, ৭, ১২, ১৭, ২২, ২৭ নি পান্ব থাবান্দি লাইজাউন মখাদ লৈ। ৩, ৮, ১৩, ১৮, ২৩, ২৮ নি পান্ব থাবান্দি লাইজাউন নোংচুপ্ত লৈ। ৪, ৯, ১৪, ১৯, ২৪, ২৯ নি পান্ব থাবান্দি লাইজাউন অৱাংদ লৈ। ৫, ১০, ১৫, ২০, ২৫, ৩০ নি পান্ব থাবান্দি লাইজাউন থক্ খাদ লৈ।

(লাইজাউন লৈব মায়কৈদ থৌ চৎহৈদে অৱাব নংই ফৎতে)

**১৪. যোগিনি মায়োক্লবগি ৱা :**

যোগিনি মাযোক্লবগি ৱাদি ১,৯,১৬,২৪ নি পান্ব থাবান্দ যোগিনিন নোংপোক্ত লৈ। ৩, ১১, ১৮, ২৬ নি পান্ব থাবান্দ যোগিনিন মৈবম্দ লৈ। ৫,১৩,২০,২৮ নি পানব্ থাবান্দি যোগিনিন মৈবম্দ লৈ। ৫,১৩, ২০, ২৮ নি পান্ব থাবান্দি যোগিনিন মখাদ লৈ। ৪, ১২, ১৭, ১৯ নি পান্ব থাবান্দ যোগিনিন মোইবাং লাইজিদ লৈ। ৬,১৪,২১,২৯ নি পানব থাবান্দ যোগিনিন নোংচূপ্ত

লৈ। ৭, ১৫, ২২ নি পান্ব থাবান্দ যোগিনিন কৌব্রুদ লৈ। ২, ১০, ১৭, ২৫ নি পান্ব থাবান্দ যোগিনিন লাইজি পাংবদ লৈ। ৮, ৩০ নি পান্ব থাবান্দ যোগিনিন চীংখৈদ লৈ।

(যোগিনিন লৈব মায়কৈদ থৌ চৎপ ফৎতে। যাত্রা তৌদুন খোঙ্সান্ব মতম্দ যোগিনি মায়োক্লববদি অফা অপুন্, অকি অখং নংই ফৎতে। যোগিনি তুংওইনববদি ফৈ, থবক্ পাঙ্ই। ওয়ওইনববসু ফৈ । যেৎওইনববদি সি) ❑

## ৬. খেল চাংগি ৱারম্

**১. ৱাহু চক্রগি ৱা :**

বাহু চক্রগি ৱাদি ময়ুংন ৭ ইও। মফৈন ৭ ইও। লাইজিবম্‌দগি তিকান হৌন ইও। অদুগ থৱান্‌মিচাক্ ২৭ মবু মথং মথং ইও। অদুগ বাহু চক্রগি মসক্ ওইএ। বাহুন লৈবগি থৱান্‌মিচাক্‌তগি হৌন থৱান্‌মিচাক্ ১৪ দি অচঙ্‌বনে। মথংগি ১৪ দি অসিবনে। ৱাহায়দি থৌচৎ নুমিৎকি থৱান্‌মিচাক্‌তি অচঙ্‌বদ লৈবে। নুমিৎন লৈবগি থৱান্‌মিচাক্তি অসিবদ লৈববদি অদু নুমিৎ চৎপদি যেক্লববু ওম্‌এ। অসিবগি থৱাল্‌মিচাক্ত চৎপ থোক্লবদি নুমিৎন লৈবগি থৱান্‌মিচাক্‌ন অচঙ্‌বদ থোক্লবদি অদু নুমিৎত চৎপন চেল্‌এ। নুমিৎসুং থাসুং অচঙ্‌বদ থোক্লবদি চৎখিবন ওম্‌জৈএ। অসিবগি থৱান্‌মিচাক্ত অনীম মান্নন থোক্লবদি চৎখিবন চেল্‌লক্‌এ, লৈঙম্বন ওম্‌জৈএ। বাহু অনী ওইন খায়থোকপগি ৱাদি অসিনে।

**২. খেল্ মরিগী মরম্ :**

খেল্ মবিমগি মবম্‌দি মেহন্দ্রিদি নিংথৌগি খেল্‌নে। অমৃতদি অথুম্বনে নীংব খৈবিক্ পাঙ্‌এ অফবনে। বনিদি অথিন্‌বনে ওইজব লৈতে কযা নুংঙাইতে কোন্নত হীল্‌ন ফবক্‌এ। সুন্যদি অতিংঙানে অনা অযেক্ নংএ ফৎতে। খেল্ মবিমগি মচৎতি অসিনে। খেল্ মবিম অসিদ অফ ফৎত খন্নও। লাইয়িংথৌ মহাদেবগী সনা য়াথংনে য়োন্‌ফদবনে।

**৩. খেল্‌গি মন্‌দোল্ :**

খেল্‌গি মন্‌দোল্‌দি য়ুথক্ অহান্‌বদি নোংসিৎকি মন্‌দোল্‌নে। মথং য়ুথক্ অমদি মৈগি মন্‌দোল্‌নে। য়ুথক্ অমদি মহেন্দ্রগি মন্‌দোল্‌নে। মথং অমদি ঈসিংগি

মন্‌দোল্‌নে। খেল্‌গি মন্‌দোল্‌ অসিগ থব্রান্‌মিচাক্কি মন্‌দোল্‌গ অনীম তিন্নদুন অফ ফত্ত য়েংও। অফ ফৎত খঙনবদি থব্রান্‌মিচাক্‌তি নোংসিৎ ওইব, খেল্‌ন মৈ ওইববদি ফৎতে। থব্রান্‌মিচাক্‌তি মৈ, খেন্ন নোংসিৎ ওইববসুং ফৎতে। থব্রান্‌মিচাক্‌তি মহেন্দ্র খেল্‌দি ঈসিং ওইববদি যাম্‌ন ফৈএ। ঈসিংগ নোংসিৎক অনীমদি মযায় ওইন ফৈএ। মৈ মসেল্‌ ওইববদি থোইন ফৎতে। নোংসিৎ মসেল্‌ ওইববদি ফৈএ। ঈসিং মসেল্‌ ফৈএ। মহেন্দ্র মসেল্‌ ওইববদি থোইন ফৈএ। খেল্‌গি মন্‌দোল্‌গি ব্রাদি অসিনে।

## ৪. খেন্‌ তোং ৭ কি ব্রায়ম্‌ :

১ লংমাইজিংগি খেন্দ অনাব হংবদি লূম্‌ন নাইএ। চাক্‌ উববগ ওনীংএ। ঈন পাইখৎএ। হঙ্গোক্‌ হঞ্জিন নাইন লৌহৈএ। নাবসুং সিদে। মতু থিগে হংবদি খাইনৈএ। থাপ্‌ন য়েংবদি পাম্‌এ। নক্‌লবদি পাম্‌দে। নুপি মহাক্‌ লৌগনচাউএ, মচীন্‌ থীএ, ব্রাহায় মপান্‌ নাইদে, মীৎয়েং থৌএ, মমা মপাগি তাংজদে, মথন্‌ন মফিজেৎ ঙম্‌এ। নাপল্‌ ব্রাংএ। থা অমদ চহী অমদ খাইনৈএ। যূম্‌ফ ম্‌ লৈগে হংবদি অব্রাং নোংপোক্‌ নোংচূপ্‌ খাবম্‌ অসিদ ইন্থন লৈগুনো। নোংচূপ্‌লম্‌ লম্‌খল্‌ লৈএ। খাবম্‌ ঈবান্‌ তাব লৈএ। নোংপোক্‌ লাইজিদ খোং মবীল্‌ ওইব লৈএ। লাইফম্‌ ওইবসুং লৈএ। অব্রাংগ নোংপোক্‌ক লৈও ফৈএ। নাই চেন্‌ব হংবদি ফন্থী নাইদে। ৩ নিদ খঙ্‌দবদি থা অমদ খঙ্‌এ। সগোল্‌, সল্‌, ইবোই মাঙ্‌ব হংলবদি নোংচূপ্‌ক মীৎলম্‌গ থিও। থিব যৌদে। মহাক্‌ লাবনে। অঙাঙ্‌ অমু য়ান্‌নৈএ। অমোম্‌দি সিবে। মচু অফক্‌পনে। ফি মাঙ্‌ব হংবদি অঙাঙ্‌ অমু অঙৌ যান্‌নৈএ। নঙ্‌গি ইমাঙ্‌দ লৈব মীন হুইএ। থিব কল্‌ও হুন্‌থোক্‌লৈএ। হুন্‌থোক্‌তবদি মীন পাউ হোন্‌জবক্‌এ। থীন্‌ন খঙ্‌এ।

কোল্‌লীক্‌ হৈগে হংবদি অবিক্‌ অচাম্‌ যাম্‌এ, ফৎতে। য়েন্‌সাং থাগে হংবদি মনা ফৈএ মহৈ ফৎতে। হি যান্‌গে হংবদি অবিক্‌ অচাম্‌ য়াম্‌এ। তীন্‌খুন্‌ হক্‌এ। নথক্কি অহল্‌ লৈফদব হিনে। ব্রা সোক্লগে হংবদি ৩ লক্‌ হাযনন ঙম্‌জৈএ। হি যান্‌গে হংবদি চীংলাই লোক্‌ লুখুম্‌দ হৌএ। মসা অব্রাংলম্‌, নোংপোক্‌লম্‌ পূংএ। লাইগি উনে। মতু খাইনব হিবাইনে। খাইনবসুং ফৈএ। লান্‌ চৎকে হংবদি মহৌ ৩ লক্‌ তক্‌সিন্ন ঙম্‌এ। মীবৈপাক্‌ লাক্কবব হংবদি মপান্‌ নাইদে, কিগুনো। নিপা পোক্কবব নুপিব হংবদি নিপানে কযা পান্‌গন্‌দে। অহিং সোন্‌এ, নোংথিন্‌ কন্‌এ। পূক্‌নুংদ লৈঙৈ মমা ব্রাযএ। সোন্দ্রবদি মচা নাইএ।

কোল্লীক্ মাঙব হংবদি মী অহুম্ন হূইএ। য়েন্ন মবক্ ওইদুন হুন্জেক্লৈএ খঙ্এ। ঐবু কাসা লাইপক্ চাউএ, ইচা ইৱা খাইনৈএ হংবদি, মীপানা কাসা চাউএ, ইতু ইচা লৌনদে হংবদি নফম্ অহুম্দ নাইজদুন চানদ্রবদি ৫ দ ৭ ত ওইববসুং অফব চানৈএ। নচা অফব পোক্এ। ঐন যূম্ সাববু অসি অনা য়াম্এ হংবদি লাইজি থংব ইমুং ওইববসুং মৈবম্ থংব ইমুং ওইববসুং ঈসিং থোক্এ। যূম্ন নল্লিএ। ওন ফায়ন সিএ। নোংচূপ্লম্ লম্খল্ লৈএ। যূম্ মহাক্ নঙন হংবগি মখৈ চহৈ ৪ সুববগ হক্ন ফবক্এ।

২. নিংথৌকাবগি খেন্দ অনাব হংবদি নুপিন নাবদি খব বৌহৈ, নিপাদি সিদে। নোংথৌ লাই অপাইবন তৌএ। নহাদি খব খংফেৎন নাইএ। ঙক হায়ন নাইএ, খোযদৌ যাফম্ তূংদে, নাবসুং সিদে। পাৎন নোম্ন নাবদি মপোক্কি লাযথুংনে। হীদাক্ন তুক্ ঙম্দে। ঙৌদোং ওইববসুং ঙম্দে। লুতুং চীক্ন নাইএ, ঈসিংদগি নাবক্এ, লাযকন্ হৈও। ৱা সোক্রগে হংবদি নুপিদ ৱা থংও। ৱা মেঙন হাযব মীন্ ঙম্জৈএ। মচু ঙৌব মৱা ওইববসুং মঙাই ওইববসুং মৈবম্ লৈব মীন থিন্খাযএ। থিংবসুং ঙম্জৈএ। মতু থিজগে হংবদি মসম্ ঙাঙ্এ, মবাই লোংন চৎএ, ৱা হাযদন থোযএ। লাইবক্ত, খৌবি ওইববসুং চা সম্বু লৈএ, সম্জি কৌএ, মমীৎ যাম্এ খেবপ্এ। মফম্ অমদ চানদবদি ৩ দ মীপাগি সাগৈন যাম্ন হাযনৈএ। লেম্ন মাঙ্দব মীনে। মচানুপি অফব পোক্তুন যূম্গি মবেন্ম ওইএ থিজৌও ফৈএ।

থৌ চৎপবু লাক্কবব হংবদি অনক্পদি অসি থুংএ, অথাপ্পদি ৫ নিসুং অদু হেল্লবদি ১৩ দ থুংএ। মপোৎ ওইজৈএ। অনা অযেক্ লৈতে। সাপাউ লান্পাউ লাক্এ হংবদি মপূক লূম্ন নীংএ, নীংবসুং যৌদে। ৫ নিদ ৱা তাযএ। সগোল্, সল্ মাঙবদি মচু ঙৌএ। মৈবম্গ অৱাংগ থিও খঙ্এ। থিব যৌদে। পাৎ মপাল্ ওইবদ লৈএ। মমায অৱাং পাংন লৈএ খঙ্এ। নাই চেন্ব হংবদি ইপি কৌবি ইপু কৌবদ থুংএ। মান মবম্ ওক্প ৱা হাযক্দে। মেঙন হাযনৌও, থীন্লবদি মচেৎএ। মীপাদি মথন্ন হন্জিল্লক্এ। কৌক্বসুং ঙম্এ।

হি লৈগে হংবদি তেংমাযদ উমীৎ লৈএ। লৈত্রবদি মবাই তেংমায় ফাওএ। চোঙ্ খান্ব হিনে, তম্যাদ হৌএ। হি য়ান্গে হংবদি মসা মৈবম্গ নোংপোক্ক পাংএ, নফম্ থোল্এ ফৈএ। কোন্ হৈগে হংবদি সেন্বান্দ মমীৎ লৈএ। লৈতবদি

কোন্লুদ চেঙ্বুম্ম তোঙ্এ। ফি মাঙ্ব হংবদি মচু অঙাঙ অঙৌ য়ান্নৈএ। নুপি অম নিপা অম, অনীন হূইএ। মফম্ লেঙ্দবিএ। তপ্ন খঙ্এ। থবক্ থানা সেন্ তেংকোৎ মাঙ্বদি ঈসিংদ লৈএ। খোংনুং অৱাংবদ লৈএ। অদু লৈত্রবদি মৈবম্গি খোংনুং ওইবদ লৈএ। লন্ মমিং নাইব য়াওএ।

লান্ চৎকে হংবদি হাওন তক্থোক্ঙম্এ। কন্নববদি মরু ওইব খব সিএ। মহাক্রুদি ঙম্জেএ। য়ূম্ফম্ অহন্ব তাগে হংবদি য়ূম্ সাগে লৌকগে হংবদি হক্ন ফৈএ। লৈপাক্ন য়োক্ঙম্এ। অৱাংলম্ নুং ওইব লাইফম্ লৈএ, মৈবম্ কৃৎএ, মথি নাই। মীৎলম্ ঈবান্ তাব লৈএ। অৱাংলম্ থৈন সা-ও ফৈএ। য়েনসাং থাগে হংবদি মনা ফৈএ, মহৈ ফৎতে। নাই লৈগে হংবদি অথোইব মপু কিদব মীনে। নুপিদি ফৈএ। ঐবু কুম্ থা সুবে নিপাব নুপিব হংবদি নুপিনে ফৈএ, নিপাদি ফৎতে। নচা অদুগি মপাল্ তাংজেএ ফৈএ। ফৌ থাগে হংবদি মনা ফৈএ মহৈ ফৎতে।

৩. লৈপাক্পোক্পগি খেন্দ অনাব হংবদি লৈপাক্কি মবী সোক্ল নাইএ। মী মনুগুম্ কুইন নাইএ। লৌহৈন অম ফায়এ। অমবক্ হূইসি থম্সিন্ নাইএ। নুপিদি লূম্এ, লায়পু খঙ্দে, থৱায় পাইএ। মাগি য়ূম্ অৱাং থংব য়ূম্নুংদ অহোব লৈসৌপৃং ওইব য়ূম্ন নল্লিএ। লিন্ তাখৎন কূম্ন কান নাইএ। কন্ব হৈও লন্ তিংএ। মান হায়জববু মমা মপান তানীংদে। নুংসিন নাইএ। য়ুতুংগি মখৈ অহিং লাইহৌ ওইন নাইএ। য়ুমাঙ্দ খব ফৈএ। হৈত্রবদি লন্ তিংন সিএ। নিপাদি ফৈএ। থৌ চৎপবু লাক্লবব হংবদি মপোৎ ওইজদে, নুংবঙ্নব খোংন লাউনব খব লৈএ। অনক্পদি অসি হযেং থুংএ। অথাপ্পদি ৩ নি, ৮ নিদ থুংএ।

সাপাউ লান্পাউ লাক্এ হংবদি মপূকৃতি মৈ চাক্পগুম্এ। লাক্তে কিগুনো। ৱা সোক্লগে হংবদি নিপাগি সাগৈন মঙোম্দ চঙ্জেএ। নুপিগি মবীন য়েক্লেএ। মহৌ অনীবক্ ফাংনন ঙম্জেএ। ৱা মমৈ নাইন তোক্এ। মতু থিগে হংবদি মচু ঙাঙ্ঙবাইএ। মহৌঙৈগি হৌন নুংসিএ। মহাক্ হৈ সিংএ। মফম্ ১, ৩, ৫ দ চানৈএ। মথি নাইন কঞ্জাউব কন্এ। য়ূম্ লিংব ঙম্এ ফৈএ। লৌক লৈগে, য়ূম্ফম্ হোংগে হংবদি লম্ অৱাংলম্ তোঙ্এ। মথি নাই। নোংচূপ্ক খাগ ফৈএ। মীৎলম্দ খোং মবীল্ লৈএ। নোংপোক্লম্ ঈগুম্ থোক্প ঈবান্ তাব লৈএ। নোংচূপ্লম্ চীৎন লৈও।

হি যান্গে হংবদি অৱাং থংব চীংলাইদ হৌএ। নোংপোক্ থংব মসা হোই। মবাই যাম্এ, থিন্গাই লৌখায হক্এ। কাই পুবদু লাই তোংব হিনে। অবাম্গি

ওইবদি লৈয়েং নোংয়েংব হি কৌএ। থুংলবগ মতু মচা মনাই সিএ। সল্ সগোল্ মাঙ্ব হংবদি মচু অবাংব অঙাঙ্ব অমুবগুম্এ। অৱাংলম্ পাৎ মপান্দ লৈএ। অদুদ লৈতববদি মীৎলম্দ পাৎ কোন্জিন্দ লৈএ। অমোম্দি সিবে লাবদি খঙ্এ। নাই চেন্ব হংবদি কন্জাউব লৌহৈব মীনে। থেম্ হৈও। ইপি কৌবি ইপু কৌবদ থুংএ খঙ্এ কিগুনো। কোল্লীক্ হৈগে হংবদি ফ ৎতে। মহৌ ৩ লক্ত চান্নৈএ। ফৌ য়েন্সাং থাগে হংবদি মহৈ ফৈএ, ঈসিংন মহৌ ৩ লক্ হাৎএ। ফি মাঙ্ব হংবদি মী ৩, ৫ ন হূইএ। অঙাঙ্ অমুব য়ান্নৈএ কন্ন থিও হুন্জেক্লৈএ। হুন্জেক্রবদি মীন পাউহোল্জবক্এ, থীন্ন খঙ্এ। কোল্লীক্ মাঙ্ব হংবদি লৈপাক্ত লৈএ। অৱাংগ মীৎলম্গ থিও। হি মাঙ্ব হংবদি খাবম্ মীখূৎত লৈএ, খঙ্এ। নুপি নিপা পোক্লবব হংবদি মীপাদি নুংঙাইতে। পূক্ পোম্ন যূম্ থুংজবক্এ। মমান মাবু পোক্লবগ ফৈএ।

৪ যূম্সকৈসগি খেন্দ অনাব হংবদি ১বক্ চীক্এ, ১বক্ সৌএ, লৌহৈন নাইএ। অফা অপূন্বগুম্এ, চানীং থক্নীংদন নুংশিন নুংবঙ্ন নাইএ। নিপাদি সযাঙ্ কোঙ্গায নাইএ সিদে। নুপিদি লূম্এ চেৎএ । লায়পুদি লিন্ চঙ্ব তুংপুল্ নাউপুল্ চঙ্ব লৈএ। ব্রা সোক্লগে হংবদি ওয়বম্ ফম্ন ঙম্জৈএ। যূম্দ লোয়সঙ্দ হাযনবসুং মী অফব অচৌবন ব্রাযেল চুম্বিএ। লম্খাঙ্দ ব্রা যৈখাযএ। সাপাউ লান্পাউ লাক্এ হংবদি মপূক্তি নীংএ, লাক্তে কিগুনো।

মতু থিগে হংবদি মমায় চাম্এ মবী নাইন চৎপগুম্ব লৈএ ফৈএ। সম্দোল্ ঙাঙ্এ। লম্চৎ কোন্লম্ চৎএ, মপূক্ লূম্এ। নহাঙৈ লন্ যাওন্নৈএ। মযায়দ খব ব্রাযএ, তোল্লোই ফৈএ। লাইবক্ পূক্ খূৎবাক্ত ওইববসুং চা, সম্বু লৈএ। য়াথং মেঙ্এ ফৈএ লৌও। লৌক লৈগে, যূম্ফম্ হোংগে হংবদি অৱাংলম্ নেম্এ, মৈবম্ তোঙ্এ। লাইফম্ লৈএ, খাবম্ ঈফূৎ থোক্প লৈএ, লম্খন্সুং লৈএ। লাইজিবম্ ফৈএ। লৈহৌঙৈ ফৈএ, য়াম্পূৎ ফৎতে, তোল্লোই ফৈএ, লৈও। নোংপোক্লম্ লম্খল্ লৈএ।

হি লৈগে, হি য়ান্ব হংবদি খোঙ্সোম্ পান্বৈ নাইব হিবাইনে। লোক্তোন্দ হৌএ। মসা মীৎলম্ থংব হোইএ। উয়োক্ কযা লৈতে মফম্ নাইব হিবাইনে। হি মাঙ্ব হংবদি মীৎলম্ পাংব ঈসিংদ লৈএ, থিব যৌদে। সগোল্ সল্ ইবোই মাঙ্ব

হংবদি মীৎলম্‌দ লৈএ। অদু লৈতবদি লাইজিবম্‌ লৈএ। মচু অফক্‌পনে। অমোম্‌দি মচা লৈএ। লৈতবদি নাউ য়াল্‌লে। লাইজিবম্‌ মীখূৎত লৈএ। নঙাইন তাক্‌লৈএ।

ফি মাঙ্গব হংবদি মী অনীন হূইএ। য়েন্নব মবক্‌ ওইদন হুন্‌জেক্‌লৈএ খঙ্‌এ। ফৌ, য়েন্‌সাং থাগে হংবদি মনা মহৈ ফৈএ। কোল্‌লীক্‌ হৈগে হংবদি কূপ্‌ন চাম্‌এ। কুম্‌ থা সুবে নুপিব নিপাব হংবদি নিপা পোক্‌পদি লায়না য়াম্‌এ, নুপিদি নচা অদুগি মপাল্‌ তাংজৈএ। মাবু পোক্‌ঙৈগি মখৈ লন্‌ ফি অফব খঙ্‌জৈএ। ঐবু সিগবব চঙ্‌গবব হংবদি ওযবম্‌ ফম্‌ন হংবদি সিদে, য়েৎলম্‌ ফম্বদি সিএ। সয়াঙ্‌ কোঙ্গায় চপ্‌সিন্ন নাইএ চেৎও।

৫. সগোল্‌সেন্‌গি খেন্‌দ অনাব হংবদি মীপাদি মপূক্‌ত মবী নাইন পাইখৎএ। নুপিদি খোঙ্‌গি খুজিন্‌খাদগি হৌন নাইএ। তোং সুম্‌ন, য়াঙ্‌ কংন নাইএ। নিপাদি সিদে, নুপিদি সি ফৎতে। মী সংবান্নববু কন্নও। থব্রাযবু ওক্‌ত লৈএ চেৎও। পাৎন নোমন নাবদি মবী নাইন পাৎএ, তুক্‌ ওইদে। ঈবান্‌ তাব লাযথুংনে। ব্রা সোক্রগে হংবদি ব্রামল্‌নে। তুক্‌ লোইদে। যৌন হাযনদুন মমৈ নাইন তোক্‌এ। যূম্‌ অহন্‌ লোযসঙ্‌ অহন্‌ ওইববসুং মচু সংবান্নবন ব্রাযেন্‌ চুম্পিএ। যেৎলম্‌ ফম্‌ন হাযনৌও। ৫ নি, ৯ নিদ ব্রা লোইএ।

মতু থিগে হংবদি মচু সংবান্নেএ। মসম্‌ ফৈএ, মবেপ্‌ সাংএ। মচীন্‌ মেঙ্গুন হায়ব হৈনৈএ, হৈ-সিংএ, য়ূম্‌ ঙাক্‌প ঙম্‌এ। লেংজুম্‌ যেৎ ওয খোঙ্‌ যেৎ ওইববসুং চা সম্ব্রু লৈএ, মসম্‌ যাম্‌দে। খাবম্‌ লৈব মীন যৈখাযগে তৌএ, তৌব ঙমদেএ। যূম্‌ অহন্‌ব লৈগে, লৌক লৈগে হংবদি নোংপোক্‌ নেম্‌এ, লাইফম্‌সুং লৈএ, ঈবান্‌ তাবসুং লৈএ। নোংচুপ্‌ক লাইজিগ ফৈএ। মীৎলম্‌দ লম্‌খল্‌ লৈএ। অব্রাংলম্‌ খোং মবীল্‌ লৈএ, খাবম্‌ পূং লৈএ। মৈবম্‌ নোংথাঙ্‌ কূপ্‌প লৈএ। নোংচুপ্‌ক লাইজিগ ফৈএ। তাহৌঙৈ কয়া নুংঙাইতে কোন্ন নুংঙাই, ফৈএ লৈও। সগোল্‌ সল্‌ ইবোই মাঙ্গব হংবদি নোংপোক্কি পাৎত লৈএ। লাবদি খাবম্‌ লৈএ। মচু অসংব অঙাঙ্গব যান্নৈএ।

কোল্‌লীক্‌ ফি মাঙ্গব হংবদি মী ৩, ৫ ন হূইএ। মচু সংথাংনবন হূইএ। ব্রাদি তায় খঙ্‌হিবোইএ। ৫ নি খঙ্‌দবদি থা ৫ দ খঙ্‌এ। খব যেন্নবে, খব লৈবন লম্‌জিংএ। হি মাঙ্গব হংবদি নোংপোক্‌লম্‌ থিও। ঐবু কুম্‌সি নুংঙাইতে সিগবব হংবদি নিপাদি

পূক্ লাইগুম্ নাইএ, সোন্ন নাইএ। পূক্ পোম্ন পাইখৎন নাইএ, কন্দ্রবদি সিএ। ঐবু কুম্ থা সুবে নুপি নিপা পোক্কবব হংবদি নিপাদি ফৈএ, নুপিদি মচা অদুন চাউববগ মমা সিএ। মমা সিদ্রবদি মচা সিএ। সিদ্রবদি লায়না য়াম্এ, চেৎন কোক্থোক্ও।

কোন্ হৈগে হংবদি নাকন্দ হোইএ। ফৌ, য়েন্সাং থাগে হংবদি মনা ফৈএ, মহৈ ফৎতে। হি য়ান্গে হংবদি পূৎথ হোথ য়াম্ব হিবাইনে। চাক্ লন্ তুংদে। নাউদ উমীৎ লৈএ ফৎতে। থৌ চৎপবু থুংলগবব হংলবদি অনক্পদি নুমিৎ নেম্লবদ থুংএ। অথাপ্পদি ৩ নি, মঙানি, ১৯ নিদ থুংএ।

৬. ঈবাইগি খেন্দ অনাব হংবদি মনুগুম্ ঈন লাই সান কোক্ পুব ঙম্দন নাইএ। নিপাদি সিদে নুপিদি ফৎতে। মাগি থব্রায়বু ঈসিংদ লৈএ। ঈসিং মাবা ঈ হৌব ওক্ন নাইএ। যূম্দ লিন্ চঙ্ব তুংপুন্ নাউপুন্ চঙ্ব লৈএ, চাক্ চঙ্দে। কাল্গি মসক্ উন তু চুংন নাইএ। মসক্ উদ্রবসুং মনিল্দ নাচুংএ। নহাদি ঙাওন ফৈন সোল্ন নাইএ, কন্ব হৈও। মতু থিগে হংবদি মচু ঙৌএ, মকোক্ চাউএ, খুবোম্ সুইএ। মথন্ন মী ওইজব মীনে। মচীন্ মেঙ্এ, নহাঙৈ ব্রায়এ। হল্লবগ নুংঙাইএ। মচা হান্নগি সিএ। মব্রা হান্নগি তোল্লোইদে। চায়কং কল্এ। লাইবক্ পাক্এ। লম্চৎ কন্এ মথি নাই ফৈএ থিও।

সাপাউ ঙ্গান্পাউ লাক্এ হংবদি পাউবল্নে লেঙ্লক্তবিএ, লাক্তে। থৌ চৎপবু লাক্কবব হংবদি নুপি অমগ লোযনন লৈএ। অদু নত্তবদি পী ওইব ওইনব লৈএ। অসি থুংদবদি ৮ নি, ১৪ নিদ থুংএ। অনা অযেক্ লৈএ। সগোল্ সল্ মাঙ্ব হংবদি মচু অঙৌব অফক্প যান্নৈএ। মীৎলম্গ নোংচুপ্ক থিও. থিব যৌদে। অমোম্দি মীখুৎ চৎলে। লাইজিগ মীৎলম্গ থিও খঙ্এ। হি মাঙ্এ হংবদি খাবম্ মীখূৎত চল্লন লৈএ। খঙ্এ, ফি মাঙ্ব হংবদি নুপি মমায় পাক্পিনচিংন লৌএ। অবাউ অখোং কন্ও। সাবম্ তিংখং মবক্ত হুন্জেক্লৈএ। অদু নত্তবদি কোন্ন হুন্জেক্লৈএ।

কোল্লীক্ মাঙ্ব হংবদি লৈপাক্ত লৈএ, মীন তাক্লৈএ। মহাক্তুম্ খব চাইশাইবে, খঙ্এ। কোন্ হৈগে হংবদি অবীক্ অচম্ য়াম্এ। লৌক লৈগে, যূম্ফম্ হোংগে হংবদি নোংচুপ্লম্ লম্খল্ লৈএ। মীৎলম্ ঈবান্ তাব লৈএ। লাইজিবম্

খোং মবীল্ লৈএ। নোংপোক্ক খাগ পৃংমায তিংবগুম্এ, ফৈএ লৈও। ফৌ যেন্সাং থাগে হংবদি মনা ফৈএ, মহৈ ফৎতে। লান্ লাক্কবব হংবদি মপৃক্তি নীংএ লাক্তে কিগুনো। লাক্পদি ফাবৌএ। ঐবু কুম্ থা সুবে নিপাব নুপিব হংবদি নুপিদি ফৈএ, নিপাদি নুপি মবম্ ৱা কৃপ্এ। মহাক্সুং কয়া নুংঙাইতে। ঐবু কুম্সি নুংসি হংবদি নঙ্গি ইমুং মী সিএ অদুগ নুংঙাইবক্এ।

৭. থাঙ্জগি খেন্দ অনাব হংবদি মৈ চাক্পগুম্ সাউএ। মৈবম্লম্ মীগ ওইনব অদু নৎতবদি নোংসিৎ ঈসিং অঙৌব ওক্নৈএ। নিপাদি ১০ নি হেল্লবগ ফৈএ, নুপিদি অপোম্ব পাইখৎপ মীৱা তানীংদন সাউন নাইএ। নুপিদি ফৈএ, নিপাদি চেৎও। মতম্ ফ ৎতববদি খেন্ তোংন নাইএ। সাপাউ লান্পাউ লাক্এ হংবদি থুন লাক্এ লৈপাক্ অনীমগি মী য়াম্ন সিনৈএ। অবাক্পন য়াম্ন সিএ। লৈঙম্বন ঙম্জেএ। মৈ চাক্পগুম্ সোক্নৈএ। ৱা সোক্লগে হংবদি যাথং কন্এ। যেৎলম্ ফম্ন হায়নব ঙম্জেএ। ৱাদি যাংএ, মীবু হাল্হন্ও। মীন মীচঙ্ ওইবি। মতু থিগে হংবদি মসক্ ফৈএ, মখূৎ খব সাংএ, মপূক্ লোনদে। মতৎ অম সাউব মমাঙ্ খাঙ্ফদে। মীবল্ লৌনীংএ। কয়া হৈতে, হৈববসুং তল্এ। মৱা হান্নগি খাইনৈএ। মফ ম্ ৩, ৫ দ চানৈএ।

থৌ চৎপবু লাক্কবব হংবদি অসি থুংদবদি ৩ নিদ পোৎতুম্ কয়া ওইজদে। মীগ ওইনবক্এ। সগোল্ সল্ ইবোই মাঙ্ব হংবদি খাবম্ লৈএ। মচু অমুব, অসংব মতক্ মতক্এ। অমোম্ ওইববদি নোংচুপ্লম্ লৈএ, খঙ্এ। কোল্লীক্ মাঙ্ব হংবদি য়ীমিঙ্লম্ লৈব মী যাওন হূইএ। মী ৩ ন হূইএ। ১৩ নি, থা ৬ দ খঙ্এ। ঐবু থা সুবে নিপা পোক্কবব নুপিব হংবদি নুপিদি সোন্এ, লাযনা যাম্এ, চাউববগ ফৈএ। যাযপূৎত ৱাযএ, তোল্লোই ফৈএ। যুম্ফম্ তাগে লৌক লৈগে হংবদি নোংথাঙ্ কৃপ্প লৈএ। নোংসিৎলম্ খোং মবীল্ লৈএ। খাগ মীৎলম্গ ফৈএ লৈও। ফৌ য়েন্সাং থাগে হংবদি মনাসুং মহৈসুং কয়া নুংঙাইতে। কোন্নসুং ফবক্এ।

### ৫. খেন্ মবিগি ৱা :

খেন্ মবিগি ৱাদি মহেন্দ্রগি খেন্ ওইববদি সেক্পি, সেন্বাং ঙানু, কাক্লেন্ মহেন্দ্রনে। নোংসিৎকি খেন্দি কুবাক্, চবাং নোংসিৎকি খেন্নে। উবোক্, উমু ঈসিংগি খেন্নে। ক্বাক্, চোংখূ জোম্গি খেন্নে।

পাইবক্পগি ব্রা হাযগে। মৈবম্, খা, মীৎলম্ নোংচুপ্ অসিদ পাইব ফৎতে। নোংসিৎলম্, অব্রাং, লাইজি, নোংপোক্ পাইব খৈবিক্তি অফব মসেল্নে।

উচেক্ন পাইব মাযকৈ অফ ফৎত হাযগে। নোংসিৎলম্গি উচেক্ন মখাবম্ পাইবদি নোংসিৎকি খেন্নে। লাইজিবম্গি উচেক্ন মীৎলম্ পাইববদি ঈসিংগি খেন্নে। নোংচুপ্কি উচেক্ন নোংপোক্লম্ পাইববদি জোম্গি খেন্নে। মৈবম্গি উচেক্ন নোংসিৎলম্ পাইবদি মহেন্দ্রগি খেন্নে। অব্রাংগি উচেক্ন মৈবম্ পাইবদি নোংথৌগি খেন্নে। খাবম্গি উচেক্ন অব্রাংলম্ পাইবদি লৈপাক্কি খেন্নে। নোংসিৎলম্গি উচেক্ন মৈবম্ পাইবদি মৈগি খেন্নে।

লংমাইজিং পোক্প মীদি উচেক্ন অব্রাং নোংপোক্ মৈবম্ খা অসি খৈবিক্ত পাইবক্পদি ফৈএ, অফব মসেল্নে। লাইজি, মীৎলম্ নোংচুপ্ ৩ মদি পাইবসুং হঞ্জিন্বসুং ফৎতে। নিংথৌকাব পোক্পদি অব্রাংগি উচেক্ন খাবম্ পাইবক্প, খাগি উচেক্নসুং অব্রাংলম্ পাইবক্পদি ফৈএ। লৈপাক্-পোক্প পোক্লবদি নোংচুপ্কি উচেক্ন খাবম্ পাইবব, খাগিন নোংচুপ্লম্ পাইববদি ফৈএ। যুম্সকৈস পোকলবদি খাগি উচেক্ন অব্রাংলম্ পাইবব যুম্ মপু সিএ ফৎতে। অব্রাংগি উচেক্ন খাবম্ পাইব ফৈএ যুম্সকৈস পোক্পদি উচেক্ন নোংপোক্সুং খাসুং মীৎলম্সুং পাইব ফৈএ। অতৈদি ফৎতে। সগোল্সেন্ পোক্পদি উচেক্ন লাইজিসুং, নোংসিৎলম্সুং, মৈবম্সুং পাইব ফৈএ অতৈ ফৎতে। ঈবাইদ পোক্লবদি উচেক্ন নোংপোক্, মীৎলম্, মৈবম্, খাবম্ পাইবক্প ফৈএ, অতৈদি ফৎতে। থাঙ্জ পোক্লবদি উচেক্ন খাবম্, নোংচুপ্লম্ পাইবকপসুং ফৈএ অতৈ ফৎতে।

খেন্চৎ অমদি হ দি লৈপাক্নে, হাদি ঈসিংনে, হাক্থিদি মৈনে, হকাম্দি নুংসিৎনে, থগোক্পদি যম্গি খেম্নে। যাত্রা তৌব খিবিক্ তৌহৈদে। তাম্থোঙ্, লেম্থোঙ্ অনীমক্ত খেল্ লৈবনে।

**৬. কালন লৈব খেন্ :**

কাল্ন লৈব খেন্দি লংমাইজিংদ যুংব ৪, অচাইব পূং ৩, যুতুংগি যুথক্ তান্ব মতুং পূং ৩, খেল্ ৩ ম অসিদ কাল্ লৈএ। নিংথৌকাবদ অযুক্কি যুথক্ তান্ব পূং ৩, যুতুংগি যুথক্ তান্ব পূং ৩, যুথক্ মতুং পূং ৩, খেন্ ৩ ম অসিদ কাল্ লৈএ। লৈপাক্পোক্পদ যুথক্ তান্ব পূং ৩, নুমিৎ যুংব মতুং যুথক্ যৌন পূং

৮ ম লৈএ। য়ুম্‌সকৈসদ য়ুথক্ মতুং পূং ৩, য়ুংব মতুং পূং ৩, নুমিৎ চূপ্‌ন লৈএ। সগোল্‌সেন্দ য়ুথক্ মতুং পূং ৪, চূপ্‌নখিব পূং ৮ লৈএ। ঈবাইদ পূং ৪ গি য়ুংব য়ৌন পূং ১২ ম লৈএ। থাঙ্‌জদ অঙান্‌ব পূং ৪ সুং যুতুংগি য়ুথক্ য়ৌন পূং ৪, চূপ্‌নব পূং ৪ কাল্ লৈএ।

**৭. মন্‌দোল্‌গি ব্না :**

মন্‌দোল্‌গি থব্নান্‌মিচাক্‌তি ১, ৫, ৭, ১২, ১৩, ১৪, ১৫ নোংসিৎকি মন্‌দোল্‌নে। য়ুথক্ ৮০০০০ নীক্‌এ, নোংসিৎ কল্‌এ, উ-ব্না তেক্‌এ, নোং কাংএ, চাক্ লাম্‌এ। নিংথৌ মপূক্ সাউএ, লৈপাক্ ব্নায, ১৫ নামুংনৈএ, নোংসিৎকি ব্নানে। ২, ৩, ৮, ১০, ১১, ১৫, ১৬ অসিদি মৈগি মন্‌দোল্‌নে। য়ুথক্ ১০০০০ নীক্‌এ, লাইসঙ্ কল্‌এ, চাক্ লাম্‌এ, নোং কাংএ, ৩০ নি নামুংনৈএ, মৈগি ব্নানে। ৪, ১৭, ১৮, ২১, ২২, ২৩, মহেন্দ্রগি মন্‌দোল্‌নে। য়ুথক্ ৮৬০০০ নীক্‌এ, লৈপাক্ চাক্ লাম্‌এ, হৈবা মহৈ পান্‌বদি ফৈএ, খুল্ নাই নুংঙাইএ, ৭ নি নামুংনৈএ। মহেন্দ্রগি ব্নাদি অসিনে খঙ্‌ও। ৬, ৯, ১৯, ২০, ২৪, ২৬, ২৭ ঈসিংগি মন্‌দোল্‌নে। যুথক্ ৮৪০০০ নীক্‌এ, নোং যাম্‌ন চুইএ, চাক্ চাযএ, সল্‌খোম্ যাম্‌ন থোক্‌এ, হৈ-বা য়াম্ন পাল্‌এ, ফৈএ। নীক্‌প নুমিৎ নামুংনৈএ।

**৮. ব্নোকোল্‌গি ব্না :**

হামেঙ্ ১, তন্‌ব ২, সাফূ ৩, ব্নাযখু ৪, নোংসা ৫, নুবা ৬, পাবোৎ চাং ৭, তীন্‌লাই ৮, লীতেল্ ৯ চীংলাই ১০, ঈসিংপুন্ ১১, ঙা পবেং ১২। থা ১২ মগি বোকোল্ অসিদ মান মান নীংব, পাম্‌ব য়েংন থিল্‌হল্‌ও। বোকোল্‌গি ব্নাহাযনে।

| | | | |
|---|---|---|---|
| সাফূ<br>৩ ক | তন্‌ব<br>২ ত | হামেঙ<br>১ অ | হামেঙ<br>১২ দ |
| ব্নায়খু<br>৪ হ | | | ঈসিংপুন্<br>১১ ক |
| নোংসা<br>৫ ম | | | চীংলাই<br>১০ খ |
| নুবা<br>৬ প | পাবোৎ চাং<br>৭ র | তীন্‌লাইখোম্বী<br>৮ ন | লীতেন্<br>৯ ভ |

১. হামেঙ্গি বোকোল্দ অনাব হংলবদি তূম্ন নাইএ। নাবসুং সিদে। নুং য়া সুগৎন, লিন্ তাখৎন, কোক্ ঙৈবাংন, চাক্ চানীং চাম তৌএ। য়ুমাঙ্ ফৈএ, অহিং অহিং নাইএ। নাব খাঙ্জ হৈতে। নহা ওইববদি থক্ন ফেন্ন নাইএ।

মতু থিগে হংবদি মচু মাঙ্ন সংএ। নাপন্ ৱাংএ, লমচৎ মবাই থোয়ন চৎএ, মমীৎ থক্এ। মচীং মোলি হাউবি তৌসিন্নৈএ, মচীন্ থীন্এ। মসম্ ঙাঙ্এ, মৱা হান্নগি তোক্নৈএ। মচা হান্নগি লৌনদে, লৌগন্চাউএ। ৱা মপান্ নাইদে। মীৎয়েং ফৈএ। নীংথিএ নিপা মঙক্ সাংব, মমীৎ লাওব অমন পাউথীন্গে ঙাইবিএ। সিনুংদ সম্বু লৈএ। মহক্ পায়এ, য়ূম্গি কোইনব কযা লৈতে। থীন্ন থুংনৈএ, মৱা মঙাদ চান্নৈএ।

সাপাউ লান্পাউ তাগে হংলবদি মপূক্ কঞ্জাউন নীংএ। লাক্লোই কিগুনো। ৱা সোক্লগে হংলবদি ৩ লক্ হাযনন য়াংন তোক্এ। ৱা মপান্ নাইদে ৱাফংনবদি যেৎলম্ ফম্ও ঙম্জেএ। নুমিৎ হুম্নি ৬ নিদ ৱাবোইএ। লৌ য়ূম্ফম্ লৈগে হংলবদি নোংচূপ্ কূম্এ, লম্খল্ লৈএ, মোইবাং লম্ ঈবান্ তাব লৈএ। নোংপোক্ত লৈসৌপূং লৈএ, লাইজিদ খোং মবিল্ লৈএ, অৱাংলম্ তোঙ্এ, নোংপোক্ক খাবম্গ লৈও, নমিং চাউএ ফৈএ।

সগোল্ সল্ ইবোই মাঙ্ব হংবদি মচু মুঙাঙ্নৈএ, মচি ওযবম্ তেন্এ। অমোম্দি মুন মপূক্ত লাংএ, নোংচূপ্লম্ পাৎ কোন্চিন্দ লৈএ। কোল্লীক্ হৈগে হংলবদি সেৎখায় হৈব ফৎতে। হি য়ান্গে হংলবদি তেংমাযদ উমীৎ লৈএ, মযায যেৎলম্ কাযএ, ফম্থোন্ব মথক্কি অহল্ লৈফদব কৌএ। নাউ যেৎলম্ কায ফৈএ, মসা নোংচূপ্ পাংব তেক্এ, মযেক্ থোক্প উনে, ফৈএ যাল্ও।

নাখাক্কে হংলবদি ওয়বম্ নাই থোংএ। লান্ চৎকে হংলবদি মহৌ ৩ লক্ তক্সিন্ন ঙম্এ, খব সৈনাইএ, কিগুনো হাও চীক্এ। কোল্লীক্, ফি মাঙ্ব হংলবদি নিপা নোংচূপ্লম্ লৈবন কুইন তান তান হূইএ। যেন্নব মবক্ ওইএ হাযদুন হুম্বোক্লৈএ। নহাদ হংও, খঙ্দ্রবদি থা অমদ, ৩ দ খঙ্এ। হি মাঙ্ব হংলবদি মীখুৎত লৈএ, খাবম্ থিও খঙ্এ। মী পোক্প হংলবদি হক্ন ফৈএ। নুপিদি মায মতুম্ ঈহুল্ঙৈগি মখৈ ননিংন তৌএ।

২ তন্বগি বোকোল্দ অনাব হংলবদি তীং যাঙ্ পোপ্ন যাঙ্লম্ কান অহিং লাইহৌ ওইনৈএ। নিপাদি নোংসাংন নাইএ, নুপিদি সিদে। নোংসিৎ নোংলৈ ওক্ন

নাইএ, পাইখৎন নাইএ, মনূগুম্এ। যূম্ অৱাং থংবদ লাইফম্ ওইব লৈএ। যূম্ন অসিব মৰূ নল্লিএ। নুমিৎ তাববগ ইম্নুং চঙ্ব মসোং কাঙ্এ, অনা অযেক্ নংজৈএ, চৎথোক্ও ফৎতে। মতু থিজগে হংবদি মুঙাঙ্নৈএ, মচীন্ থীএ, নেম্ন ৱাংন চৎএ, লৌগন্ন সিংএ। কঞ্জাউগল্এ। মীন ফৎতব হায়ব য়াম্এ। নাপল্ ৱাংএ ফৎতে।

হি য়ান্গে হংলবদি উজাউ অনীনে। অৱাং থংব মসা তেক্এ। অদু নৎত্রবদি মোইবাং থংব তেক্এ ফৈএ। মবাই ওযবম্ কাযএ। হি অদু যাল্লবগ মপুবু মীন চাল্এ। নুপিন য়েক্লব হিবাইনে। মথি নাইব হিনে ফৈএ। মী পোক্প হংলবদি নুপিনে ফৈএ। নিপাদি লায়না য়াম্এ সোল্এ। ঐবু কুম্সি নুংসি হংলবদি অনাব ওইববসুং ওইদ্রবসুং ৱা অৰূম্ব অসাব তাযএ। অদু হেল্লবদি অফব যংজৈএ তোল্লোই ফৈএ। ফৌ, যেন্সাং থাগে হংবদি মনা মহৈ ফৈএ। নাখাক্কে হংলবদি মচীন্ঙৈদদি ফৈএ,তুংদ লাযনা য়াম্এ। কোল্লীক্ হৈগে হংলবদি অবীক্ অচাম্ যাম্এ।

৩. সাফুগি বোকোল্দ অনাব হংবদি মবী নাইন পাইখৎএ, নোংসাংএ। মনূগুম্ তৌএ। নুপিদি লাযকল্ হৈও। সল্ ইবোই, সগোল্ মাঙ্ব হংবদি মচু মতক্ তক্এ, থৱান্মিচাক্ থোক্পগুম্এ। অমোম্দি মচা চেল্এ। চেন্দ্রবদি নাউ লৈএ। মীৎলম্ পাৎ মপান্দ লৈএ। অদু নত্তবসুং নোংপোক্ লম্ সাযাম্ চান লৈএ, থিব যৌদে, মমৈ মযা খৃৎত লৈএ। লৈত্রবদি মীন ফাযএ। মতু থিগে হংলবদি মমায চাম্এ, চাম্দ্রবদি পাৎএ। অদু নত্তবদি মপূক্ লাযচেল্এ। নহাঙৈগি মখৈ নুংঙাইএ, যায়পূৎত নুংসিএ। মবৌ হৈএ, মচু ফোল্হৌনৈএ, সম্দোন্ ঙাঙ্এ, মহূপ্ পৌএ। মপূক্ হম্বোক্ হঞ্জিন্নৈএ থীন্ন থুংনৈ ফৈএ। লৌ যূম্ফম্ হোংগে হংলবদি মীৎলম্দ লম্ মথি নাইব লৈএ। খাবম্ ঈবান্ তাব লৈএ। লাইজিগ মৈবম্গ থিও ফৈএ।

থৌ চৎপ হংলবদি মঙাই মসেল্ মচল্ মচাদ পূক্ তপ্ন লৈএ। মপোৎতি ওইজৈএ, খব নুংসাংএ। নুমিৎ তবেৎনি থা অমদ থুংএ। নক্লবদি অনীদ থুংলৈএ। কোল্লীক্ ফি মাঙ্ব হংলবদি মচু অফক্পনচিংন অসীন হূইএ। কোঙ্গাযদি লৈপাক্ত ফূম্ন লৈএ। মীৎলম্দ লৈএ। খব যেন্নবে খঙ্ও। ফৌ, যেন্সাং থাগে হংবদি মনা মহৈ ফৈএ। কোল্লীক্ হৈগে হংবদি লীক্ চাম্এ। হি মাঙ্ব হংবদি মী অনীন হূইএ। য়োন্ব মবক্ ওইএ হাযন যোন্ব সীৎতন লম্লক্ মীৎলম্দ হুন্জেক্লৈএ। থিব য়ৌদে।

হি য়ান্‌গে হংলবদি উ মচু ৱাউন ফক্‌এ। মমীৎ য়াম্‌এ। মবাই হঞ্জিন্‌ব হিনে। মচা মমৌ য়াম্‌ব নুপি য়োক্‌প হিনে, ফৈএ। নুপি পোক্কবব নিপা পোক্কবব হংলবদি নুপিদি ফৈএ নিপাদি লায়না য়াম্‌এ সোন্‌এ। ঐবু নুংসি হংবদি নহাওৈদি নুংঙাইএ, যায়পৃৎত নুংসিএ, তোল্‌লোই ফৈএ।

৪. ৱায়খুগি বোকোল্‌দ অনাব হংলবদি পূক্‌ লায়না নাইএ। ওব হৈনৈএ, পাইখৎএ। নুপিদি নহাওৈগি ঈন লাই সাইএ। হক্‌চাং পান্‌গন্‌দে। নিপাদি চেৎন কন্‌ও। ঙৌথোং ওইববসুং ঈসিং অকাপ্‌পনে। ঙাওন ফৈন্ন নাবদি নোংসিৎলম্‌ ওকন্ন নাইএ, নাবসুং সিদে। সোক্লব হংবদি মবৌ হৈএ, সাফূ লাংহৈগুম্‌এ। অহুম্‌লক্‌ ফাংনন ঙম্‌জৈএ। কোন্‌ন খুম্বন ঙম্‌জৈএ। মমায় চাম্ব মীন ৱায়েন্‌ চুম্বিঙম্‌এ। মতু থিগে হংবদি মচু ঙৌন সংএ, লিন্‌জেন্‌ য়াংএ, মচীন্‌ মেঙ্‌এ, মবৌ হৈএ, মৱা হান্নগি তোক্নৈএ। লম্‌ চৎকন্‌ন চৎএ, মখূৎ হৈএ, মসম্‌ য়াম্‌এ, খূৎ য়াওএ, মীৎয়েং নীংথিএ, থক্‌লপ্‌এ। নাপল্‌ ৱাংএ। মীৱা ইন্‌দে, মীন ফৎতব হায়নৈএ। নুপি অদুবু থিজগে হায়বদি য়েখায়ব যাম্‌এ। কন্ন হায ও থুংএ। থা অহুম্‌দ চহৈ অহুম্‌দ খাইনগে তৌএ। তোক্লদ্রবদি মচানিপা পোক্‌এ। মীৎক সিনুংগদ সমৱু লৈএ লৌও।

সাপাউ লান্‌পাউ লাক্‌এ হংবদি মপূক্‌তি নীংএ। লাক্কে তৌববু মথন য়েখায়ন তোক্‌এ। থৌ চৎপবু লাক্কবব হংবদি মপোৎ কোঙ্গায তোল্‌লিএ। অনা অয়েক্‌ লৈতে। অনক্‌পদি পূং অহুম্‌দ থুংএ। অথাপ্পদি ৫ নি, ১৫ নিদ থুংএ। লৌ য়ূম্‌ফম্‌ লৈগে হংবদি নঙ্গন হোংলবগ নতু হাল্‌নগি তোক্নৈএ, অদুগ য়ূম্‌নাক্‌ খুল্‌এ। মৈবম্‌দ মৈখুগুম্ব কাযএ। নোংচূপ্‌লম্‌ অখাক্‌ অবাউব লৈএ। খাবম্‌ কূৎএ। নোংসিৎলম্‌ তোঙ্‌এ। পূং ওইবসুং লৈএ। অৱাংগ মীৎলম্‌গ ফৈএ। সগোল্‌ সল্‌ ইবোই মাঙ্‌ব হংবদি মচু অঙৌব খূজিন্‌ লাংএ। মৈবম্‌ নোংসিৎলম্‌ থিও খঙ্‌এ। সফম্‌ নাইদন চৎলিএ। অমোম্‌ ওইববদি মচু ঙৌন ফক্‌এ। মবাইবক্‌ তাঙ্‌এ থিও খঙ্‌এ।

কোল্‌লীক্‌ ফি মাঙ্‌ব হংবদি অঙাঙ্‌ অঙৌবনে। নুপি অম নিপা অম অনীমন মান্‌নন হূইএ। মঙাইদ থম্‌লিএ। য়েন্নগে তৌববু মবক্‌ ওইন নুংবঙ্গন লৈএ। কোঙ্গায য়োল্‌লে। নিপান পাউহোন্‌জদুন খঙ্‌এ। হি মাঙ্‌ব হংবদি মৈবম্‌ থংব পাৎত লৈএ খঙ্‌ও। হি যান্‌গে হংবদি মচু ঙৌএ। লম্‌ খব কূৎপদ হৌএ। মবাই ফৈ খাক্‌এ

মবাই অমন তেংমায় ফাওন কায়এ হি অদু য়াল্লবগ মতু মচা খাইনৈএ। কোন্‌ন ফবক্‌এ। নুপি পোক্কবব নিপা পোক্কবব হৎলবদি নুপিদি ফৈএ য়ুম্‌গি মবেন্ম ওইএ। নিপাদি তুংদ ফবক্‌এ খঙ্‌ও। ফৌ য়েন্‌সাং থাগে হংবদি মনা মহৈ ফৈএ। কোল্‌লীক্ হৈগে হংবদি হক্‌ন ফৈএ।

৫. নোংসাগি বোকোল্‌দ অনাব হংবদি নোংসিৎ, মনু, অও অচৎ ওই নাইএ। থক্‌ন ফেল্‌ন নাইএ খংএ। অদু নত্তুবদি কোক্ ঙৈবঙ্‌ন নাইএ। চাক্ চানীংদন নাইএ। নহাদি পূক্ থিন্‌খৎন নাইএ, সিদে ফৈএ। সাপাউ লানপাউ তায়এ লাক্‌এ, হংলবদি মপান্ নাইদে লাক্‌লোইএ। ব্রা সোক্লগে হংলবদি লূম্‌ন হায়নদুন যাংন তোক্‌এ। ব্রাদুম্ খব থীল্‌এ, মী অফবন ব্রাযেন্ চুম্‌এ, মমৈ সম্বিএ। মীন হায়নব যাম্‌এ, মমা কিদে, মচা অহুম্, মঙাদ চানৈএ। অব্রাংগ নোংপোক্‌ক লৌব ফৈএ। মীগি মকম্ থূপ্‌তে। নুংসিন কপ্‌প নংজবক্‌এ, মথি নাইএ। থবক্ সূব মপান্ নাইদে, মসম্ ঙাঙ্‌এ, মীন য়ৈখায়ব যাম্‌এ, চেৎন হাযও।

লৌ য়ুম্‌ফম্ লৈগে হংবদি নোংচুপ্‌লম্ লাইফম্ ওইব লৈএ। মৈবম্ ঈবান্ তাব লৈএ, অব্রাং লম্ কূৎএ, নোংপোক্‌ক খাগ পূংমায় তিংবগুম্‌এ। লম্ মহাক্ থৌএ, অদুদ ফৈএ। সগোল, সল্, ইবোই মাঙ্‌ব হংবদি মচু ঙাঙ্‌এ, নোংচুপ্ লম্ লৈএ, অমোমদি সিবে। থিব য়ৌদে খঙ্‌এ। হি য়ান্‌গে হংবদি মসা নোংচুপ্ থংব হোএ, মচু ঙাঙ্‌এ, লাইগি উনে। মবাই তোন্ ফাওএ, ফম্ থোন্‌ব হিবাইনে। হান্ন চৈ থাবদি নাইএ। ফে এ য়ান্‌ও। কোল্‌লীক্ হৈগে হংবদি কোন্‌লু ফে এ। ফৌ য়েন্‌সাং থাগে হংবদি মনা ফৈএ, মহৈ ফৎতে। মী পোক্‌প হংবদি নুপিদি ফৈএ, নিপাদি লায়না য়াম্‌এ। কুম্ থা সুববদি অহিংদি নাইএ, নোংথিন্‌দি কল্‌এ, তুংদ ফৈএ। থৌ চৎপ লাক্কবব হংবদি অসি থুংএ। অথাপ্পদি মঙানি তকক্‌নিদ থুংএ। পোৎ ওইজদে অনা অয়েক্‌তি লৈতে, নুংঙাইন লৈএ।

৬. নুবাগি বোকোল্‌দ অনাব হংবদি নহাদি চীন্‌বান্ কংন ঙাওন নাইএ। নুপিদি ইমন্ন পাখৎন নাইএ। লাইবু তীনবু লঙ্‌জব লৈএ। লায়পু থিব খঙ্‌দন নাইএ নুপিদি কুইন নাদুন সিএ, কন্‌ব হৈও। সাপাউ লান্‌পাউ লাক্‌এ হংবদি মপূক্‌তি নীংএ, য়ৌবদে। মপূক্ খায়চেল্ খায়পুংনৈএ, লাক্‌তে। ব্রা সোক্লগে হংবদি হন্‌থোক্ হন্‌জিন্ নাইনৈএ। খৎনবদি মী অফবন ব্রায়েল্ চুম্‌বিঙম্‌এ। ব্রা মহাক্‌তুম্ তূক্ লোইদে। মতু থিগে হংবদি মচু ঙৌন ফক্‌এ, মমায় চাম্‌এ। চাম্‌দ্রবদি উবিং নাইএ,

মীৎয়েং ফৈএ, খুদোল্ সুইএ, মহক্ লায়চেল্এ। নহাঙৈগি মখৈ লন্ লোইএ। মচীন্ মেঙ্ওএ, ব্রাহায় খল্হায়নৈএ, মব্রাগি থৌ খল্এ। মব্রা অনীদ চান্নৈএ। মীৎলম্দ থুংব ফৈএ।

লৌ যুম্ফম্ লৈগে হংবদি নোংচুপ্ কৃৎএ। মীৎলম্দ লম্খল্ লৈএ। খাবম্ খোং লৈএ। নোংপোক্ লম্দ ফৈএ। সগোল্, সল্, ইবোই মাঙ্ব হংবদি মচু যোল্ব্রাউনৈএ, ফক্এ। মবিক্ মবিক্ চাম্এ। মীৎলম্ থংবদ লৈএ। অমোম্দি নাউ লৈএ। নোংচুপ্লম্ থিও খঙ্এ। কোল্লীক্ ফি মাঙ্ব হংবদি নুপি অম, নিপা অম, অনীমন হূইএ। মীৎলম্গ নোংপোক্ক থিও। খবদি য়োল্লে। অয়োন্বদগি নঙাইন খঙ্এ। হি যান্গে হংবদি তম্য়াদ হৌএ। মচু ঙাঙ্ন ফক্এ। মমীৎ মতাং যাম্এ। মীৎলম্ পাংব মসা তেক্এ। মবাই লু ফাওএ। নুপিন য়োক্প হিবাইনে। হিপৃক্ত হিবান্দ তীন্খুল্ লৈএ। চেৎন চিংও। লম্খাঙ্দ কায়এ। কাযদ্রবদি যুম্নাক্ খুল্এ, ফৈএ। হি মাঙ্ব হংবদি হিপৃক্ কায়এ। মীৎলম্ লোৎলিএ। তুবেল্দ মাঙ্বদি মীন হিবান্নবিএ, কাযবে। থিব য়ৌদে। থৌ চৎকে হংবদি খুন্য়ায় য়ৌদে। লম্খাঙ্দ খব সৈনাইএ। নুংসিন লাক্এ।

৭. পাপোৎ চাংগি বোকোল্দ অনাব হংবদি মহাক্ অহিং লাইহৌ ওইনৈএ। লন্ মযেং তান পৃক্নিং নুংসি নুংবঙ্ন নাইএ। লন্ থুম্ মাঙ্এ। ময়েং তাইএ। মীন য়েক্নৈএ। মপৃক্ত মনৃগুম্ পাইখৎপ লৈএ। নিপাদি লূম্এ। নুপিদি মচা পোক্ঙৈগি লাইমল্ন নাইএ। নহাদি ঈসিং মনুনে। খব নুংসাংএ সিদে। ব্রা সোক্রব হংবদি লমখাঙ্দ ব্রা য়ৈখায়এ। যেক্লবন খোঙ্লৌএ। যূম্দ ওইববসুং ওইদ্রবসুং ব্রা চুম্ন যেন্বিঙম্এ ফৈ এ। মহৌ মহৌ অনীম্ক্ হায়নৈএ ফৈএ কিগুনো। সাপাউ লান্পাউ লাক্এ হংলবদি হন্দোক্ হঞ্জিন্নীংএ কিগুনো লাক্তে। মতু থিগে হংলবদি মচু ঙাঙ্ঙবাইএ। মসিং মহৈগি মীন য়েক্নৈএ। নহাঙৈ নুংসিন হৌব্রক্এ। তোল্লোই ফৈএ। মহক্ সল্ অব্রাংবগুম্এ। মীন খঙ্বীএ। নিপা ওইবম্ইগিদি লান্দ থৌএ। থৌবগি মীন য়োক্চৈএ। নুপিদি মথি নাই। মমঙ্ চুম্এ। মব্রাদি অমদ মঙাদ চানৈএ। পাউথিল্ব যাম্এ। অনম্ কন্ন ওম্জৈএ। থিজ অফৈএ।

সগোল্, সল্, ইবোই মাঙ্ব হংবদি মচু ঙাঙ্ন লাংএ। অব্রাং থংবদ লৈএ। অমোম্দি মীৎলম্ লৈএ। লাব ওইববদি মীন ফাদুন তোংনবিএ। খৃৎতম্ লৈএ।

অমোম্ নাউ লৈএ খঙ্ও। হি য়ান্গে হংবদি নাপোম্ খা থংবদ হৌএ। মসা অৱাংলম্ তেক্এ। মবাই ফৈএ। মচু ময়েক্ নাইএ। লাইফম্নে ফৈএ। কোল্লীক্, ফি মাঙ্ব হংবদি মচু মুব ঙাঙ্ব য়ান্নৈএ। নিপা অনীন হূইএ। পোংলী চেংলে। মনাক্ত লৈবী নুপি অঙাওবী অমন পাউহোন্জবৈএ। নুমিৎ ১২ নিদ খঙ্এ। লৌ য়ুম্ফম্ লৈগে হংবদি অৱাংলম্ খোং মবিল্ লৈএ, খাবম্ কৃৎএ, নোংচুপ্ক খাগ ফৈএ। য়ুম্ফম্ মহাক্ কয়া নংঙাইতে, মথি নাইএ। থৌ চৎপ হংবদি অনক্পদি অসি হয়েং থুংলৈএ। অথাপ্পদি নিনি, ১২ নিদ থুংএ। পোৎ কোঙ্গায় সীৎতে, মপোৎ মাঙ্এ। মহাক্ নাইএ, নাব কদৌদে। লান্ চৎকে হংবদি খুন্ ঙম্এ। মমিং নাইব সৈনাইএ। হি মাঙ্ব হংবদি পাৎ চিথেক্ নাইবদ মকোক্ মীৎলম্ পাংন লৈএ। থিব য়ৌদে খঙ্এ। ফৌ য়েন্সাং থাগে হংবদি মনাগ মহৈগ মান্নৈ।

৮. তীল্লাইখোম্বিগি বোকোল্দ অনাব হংলবদি পূক্ পোম্ন পাইখৎন নুংসাংন নাগে তৌএ। পাংলবদি মবী নাইন পাংএ। নুপিদি অসিব চেন্নৈএ, লূম্এ। নিপাদি সিদে। লৈপাক্ মনূনে। চেংন কন্নও। ৱা সোক্লগে হংবদি মনাইন ৱামল্ পুন মহৌ মহৌ অনীবক্ হায়নগে তৌএ। নুংসাংন লন্ তিংন ঙম্এ। সাপাউ লান্পাউ তাযএ লাক্এ হংলবদি লাক্লোইএ।

মতু থিগে হংবদি মচু ঙাঙ্ন ফক্এ। নুপি মহক্ পাংএ। পাংত্রবদি মমায় চাম্এ, মসম্ ফৈএ, মপূক্ তপ্এ। থীনন হৈএ। যেঙ্হৌ নুংসিএ। তোল্লোই ফৈএ, য়ুম্নাক্ খুল্এ, মহূপ্ পৌএ। মৱা অনীদ মবিদ চানৈএ। লম্চৎ নোযন চৎএ। খোন্জেন্ লোএ লৌও ফৈএ। য়ুম্ ঙাক্প ঙম্এ। সগোন্, সল্, ইবোই মাঙ্ব হংবদি মচু ফক্ন মতক্ মতক্ লাংএ। নোংসিৎলম্দ মচা চেন্ন লৈএ। লাবদি মীন ফান থম্লিএ। অদু নত্তবদি মখাবম্দ লৈএ, থিব য়ৌদে। অমোম্দি মচা হূগে হাযন মী অনী তান্নৈএ থিও খঙ্এ।

লৌ য়ুম্ফম্ লৈগে হংবদি খাবম্ কৃৎএ, অৱাং লম নেম্এ। নোংপোক্ক নোংচুপ্ক সা-ও ফৈএ। কোল্লীক্, ফি মাঙ্ব হংবদি নিপা মচু অফক্প মমায় চাম্ব য়াওন হূইএ। য়েন্নব মবক্ ওইদুন হুঞ্জেক্লৈএ। খবদি য়েন্নবে, কোন্ন খঙ্এ। হি মাঙ্ব হংবদি মখাবম্ পাৎ অমদ ফুম্লিএ। থৌ চৎপ হংবদি নুমিৎ হুম্নি ১৩ নি, থা ৩ দ থুংলৈএ। পোৎ তোন্বন য়াম্লিএ। নুংবঙ্ন লৈবে। কোল্লীক্ হৈগে

হ্ংবদি অনীবক্ত চানৈএ। ফৌ, য়েন্সাং থাগে হ্ংবদি মনা মহৈ মান্নৈএ। মী পোক্প হ্ংবদি নুপিদি ফৈএ, নিপাদি লায়থুংএ। লান্ চৎকে হ্ংবদি অনীদং সৈনাইএ। খুল্য়ায় যৌব ব্রায়এ। খব তক্থোক্এ, মমৈ সম্এ। থা অমদ মহৈ খঙ্জৈএ। অদু নৎত্রবদি চহী অমদ লোই হাইএ।

৯ লীতেল্গি বোকোল্দ অনাব হ্ংলবদি তীং যাঙ্ পোপ্ন নাইএ। খাঙ্ব হৈতন নাইএ। পাইখৎন কোক্ পুব ঙম্দন নাইএ। চাক্ চানীংদন লম্থিন্গুম্ নাইএ, সিদে। নহাদি থক্ন খংন নাইএ। নুপিদি ঈন মনূগুম্ নাইএ, ৬ নিদ ফৈএ। অদু নত্তবদি ১৫ নিদ ফৈএ। নুপিদি নোংসাংএ, নাবদি সিদে। ব্রা সোক্লগে হ্ংবদি চাউন অমবক্ হাযনৈএ। মপান্ নাইদন তোক্এ। মচু ঙাঙ্ঙবাব মীন খন্বিএ। মতু থিগে হ্ংবদি মচু ঙাঙ্ন সংবান্নৈএ। মসম্ ঙাঙ্এ, যাম্দে। নেম্ন ব্রাংন চৎএ, লৌগন্ন সিংএ। সেৎপ চাব ব্রাৎতে। নহাঙে ব্রান কোইজৈএ। মীন যেক্নৈএ। যায়পূৎ ফৈএ। তোল্লোই ফৈএ। মব্রা হান্নগি খাইনৈএ। ৫, ১৩ দ মব্রাচানে। মপূক্ হন্থোক্ হন্জিন্ন চেল্এ। যূম্ ঙাক্প ঙম্এ থিজৌও।

সাপাউ লান্পাউ লাক্এ হ্ংবদি মপূক্তি কন্ন নীংএ, লাক্তে কিগুনো। লৌ যূম্ফম্ লৈগে হ্ংবদি নোংচুপ্লম্ কূৎএ। মীৎলম্ ঈবান্ তাব লৈএ, নোংসিৎলম্ খোং লৈএ। নোংপোক্সুং খোং মবীল্ লৈএ। লম্ মহাক্ থৌএ। খা অব্রাং সা-ও ফৈএ। সগোল্, সল্, ইবোই মাঙ্ব হ্ংবদি মচু ব্রাউএ, ঙাঙ্এ। লাইজিবম্ খোং মবিল্দ লৈএ। থিব য়ৌদে খঙ্ও। কোল্লীক্ হৈগে হ্ংবদি নাকন্ হো-এ। মী পোক্প হ্ংবদি নুপিদি ফৈএ, নিপাদি মায় নাইএ। চৎপ হৈববগ অনাব তোক্এ।

হি যান্গে হ্ংবদি উফক্ মাল্এ, ঙাঙ্এ। মবাইদি মথক্কি অহল্ লৈফব হিবাইনে। মসা নোংচুপ্কি সাপি তেক্এ। ফম্ থোন্ব হিনে ফৈএ। কোল্লীক্ মাঙ্ব হ্ংবদি নুপি অম, নিপা অম, অনীমন হূইএ। নহান তাক্লৈএ। খবদি য়োল্লে। ফৌ, য়েন্সাং থাগে হ্ংবদি মনা ফৈএ মহৈ ফৎতে। লান্ চৎকে হ্ংবদি চীন্দ খব খংনৈএ। মহৌ মহৌ অহূম্লক্ তক্সিন্ন ঙম্এ।

১০. চীংলাইগি বোকোল্দ অনাব হ্ংবদি মৈ চাক্পগুম্ সাউগৎন নাইএ। নাদ্রবদি সোন্এ। যুতুং অহিং লাইহৌ ওইনৈএ। লিন্লাই, মৈ, ঈসিং, নোং খাক্প,

নোং খোংব মবম্ মঙাম অসি ওক্‌ন নাইএ। য়াঙ্‌লম্ কান নাইএ, লুতোল্ হাইএ। নিপাদি চেৎন কন্নও, নুপিদি থীন্‌ন নাইএ, পুকাম্‌গুম্‌এ, থা লেপ্‌ন নাইএ, নাবসুং সিদে। ৪ নি, ২০ নিদ ফৈএ। পাৎন নাবদি ঈসিংদগি থুংএ। নিপাদি লূম্‌এ, নুপিদি ফৈএ।

ব্রা সোক্লগে হংবদি কন্‌জাউন লূম্‌ন হায়নৈএ। ব্রা মযায়দ য়েখাম্নএ। ব্রা য়াম্‌নৈএ। ব্রা মতোল্ থেক্‌ন হাযএ। মবী সূন হায়ববদি ঙম্‌জেএ। মতু থিগে হংলবদি মচু মুঙাঙ্‌নৈএ, মমীৎ সংএ, থিও ফৈএ। ফৌ, য়েন্‌সাং থাগে হংবদি কয়া ফংতে। হি যান্‌গে হংবদি মচু মুইএ, মপাল্ ঙাঙ্‌এ। তম্‌য়া কোন্‌জিন্দ হৌএ। মসা মৈবম্ থংব হো-এ। তেক্‌সুং তেক্‌এ। মমীৎ মতাং য়াম্‌এ, উ মথি নাইএ, মী সোক্কদনে।

১১. ঈসিংপূন্‌গি বোকোলদ অনাব হংলবদি তীল্ চুম্‌ন লিন্ তাখৎন পাইখৎন নূং নন্‌বগুম্‌ন নাইএ। যুতুংগি মখৈ অহিং লাইহৌ ওইন নাইএ। থব্রায় ময়েং তান থব্রায় সুদন নাইএ। নাবসু সিদে, নুপিদি লূম্‌এ, নুংসাংন সোন্‌এ। লাইপু থিব খঙ্‌দে। মচাক্ মবল্ তিংএ। মতু থিগে হংলবদি মচু ঙৌএ, মমায় তোঙ্‌এ। লম্‌চৎ লূম্‌এ। লৌসিং য়াম্‌দে, মপূক্ লূম্‌এ। রাহায় মথি নাইএ। নীংখল্ চাউএ। মসম্ য়াম্‌এ। নহাঙৈ নুংঙাই যায়পূৎ নুংসিএ, মমীৎ পোইএ, মব্রা অনী খাইনৈএ। তোল্‌লোই য়ূম্‌নাক্ খুল্‌এ। থীন্‌ন থুংনৈএ। ব্রা সোক্‌নগে হংলবদি লব্রাই লাক্‌ন হাইএ, হাইবসুং ঙম্‌জেএ। লৈম নিংথৌ য়ৌন হাযনন ঙম্‌এ। মহৌ মবিবক্ হাযনন ঙম্‌এ। সাপাউ লান্‌পাউ লাক্‌এ হংবদি মপূক্ হগ্লোক্ হন্‌জিন্ নীংএ লাক্‌লোইএ।

থৌ চৎপ হংবদি থীন্‌ন থুংএ। থীন্দ্রবদি থুংলৈএ। সগোল্, সল্, ইবোই মাঙ্‌ব হংবদি। মচু অমু অঙাঙ্‌ব যান্‌নৈএ। খাবম্‌গ লাইজিগ থিও। অমোম্‌দি খব সোন্‌এ, খঙ্‌এ। কোল্‌লীক্, ফি মাঙ্‌বদি নিপা অনীন হূইএ। নৈপাক্‌ত ফুম্‌লিএ। য়েল্‌নব মবক্ ওইএ হায়বগি হন্‌জেক্‌লৈএ খঙ্‌ও। হি মাঙ্‌ব হংবদি মখাবম্ লৈএ। মীন তাক্‌লৈএ, খঙ্‌এ। থৌ চৎপ থুংগবব হংবদি অনক্‌পদি তবানিদ, অথাপ্‌পদি, থা অমদ থুংলৈএ। পোৎ ওইজদে। মহক্ খব নাইএ। লৌ য়ূম্‌ফম্ লৈগে হংবদি মৈবম্ কূম্‌এ। নোংচুপ্‌লম্ নোংথাঙ্ কূপ্‌প লৈএ। অব্রাংলম্ খোং মবীল্ লৈএ। লম্ মথি নাইএ। খাবম্ সা-ও ফৈএ।

কোল্লীক্ হৈগে হংলবদি কোন্ হূবৌএ। মখা খব পৈএ, ফৈএ। মী পোক্প হংবদি নিপাদি লায়না য়াম্এ, নুপিদি ফৈএ, মখূৎ সাংএ। নাই চেন্ব হংবদি ঈপি কৌবিদ থুংএ। তূক্ন খঙ্লোইএ। অদু নক্ত্রবদি থায়নগি মফম্দ লৈএ। মী থিও খঙ্এ। লৌ য়ুম্ফম্ লৈগে হংলবদি মীৎলম্ কূৎএ। নোংচুপ্লম্ ঈবান্ তাব লৈএ। মৈবম্দ মথি নাই। লাইজিবম্ তোঙ্এ। নোংপোক্লম্ লাইজিবম্ সা-ও ফৈএ। য়ুম্ফম্ অদুদ খব ব্রায় ফৎতে। ফৌ, য়েন্সাং থাগে হংবদি মনা মহৈ ফৈএ। কোল্লীক্ হৈগে হংবদি কোল্লু চেংন হৌএ, ফৈএ। হি য়ান্গে হংবদি মচু ঙৌএ। মতোল্ মীৎলম্ থংব তেক্এ। উকোয়দগি মবাই হিপূক্ য়ৌএ। মবাই ওয়বম্ কাযএ। নুপি যোক্প হিবাইনে ফৈএ। ঐবু নুংসি হংবদি নহাঙৈ নুংসিএ। তোল্লোই ফৈএ। য়ুম্নাক্ খুল্এ ফৈএ।

১২. ঙাগি বোকোল্দ অনাব হংবদি কুইন সোন্এ। লৈপাক্ মনূনে। য়ুতুং অহিং লাইহৌ ওইনৈএ। খুদোল্ চীক্ন কায়এ। লু-তোং সুম্ন নাইএ। নিপাদি ফৈএ, নুপি ফৎতে ব্রায়এ। ব্রা সোক্লগে হংলবদি নোংসাংন হাযনৈএ, থীন্এ। মহৌ ৫ বক্ হায়নৈএ। নোংসাংন হাযনদুন ঙম্জেএ। মতু থিগে হংবদি মচু ঙৌন সংএ, নোয়ন চৎএ, তপ্ন সিংএ। থাউমৈ থান্বগুম্এ, ফৈএ। নহাঙৈ লাযনা যাম্এ, মথল্ন মী ওইজেএ। মব্রা অমদ, ৫ দ চানৈএ, মচা য়াম্এ। মী অমগ মুন্নৈএ, ব্রান থুংএ। সাপাউ লান্পাউ তায়য়ে হংবদি পূক্নিং চাউন লৌহৈন নীংএ লাক্তে কিগুনো। সগোল্, সল্, ইবোই মাঙ্ব হংবদি মচু মুইএ। লাংইগিদি লাংএ। লাবদি অব্রাংলম্ খোং মবীল্ ওইবদি অমোম্ চেল্ন লৈএ। অমোম্দি খাবম্ সায়াম্ মবক্ত লৈএ। মচা চেল্এ, চেন্দ্রবদি নাউ লৈএ। থিব য়ৌদে নুংসাংলে খঙ্এ। নোংচুপ্লম্সুং থিও।

কোল্লীক্ হৈগে হংবদি খব হোইএ। ফৌ য়েন্সাং থাগে হংবদি মনা ফৈএ মহৈ ফৎতে। হি যান্গে হংবদি মনা মপাল্ ঙাঙ্এ। তম্য়াদ হৌএ ফৈএ। মসা নোংচুপ্লম্গি তেক্এ। ময়েক্ থোক্প উনে য়ান্ও। লান্ চৎকে হংবদি ৩ লক্ সোক্লেএ ঙম্এ, খব সৈনাইএ। ঐবু নুংসিএ হংলবদি মীন যেক্নৈএ, তুংদ ফবক্এ। মী পোক্প ফবব হংবদি নুপিদি মব্রাবু কিদে। মব্রা ৩ দ চানৈএ। ব্রা সোক্লগে হংবদি মী মচু ঙাঙ্ঙবাব অমন ব্রায়েল্ পীঙম্এ। লূম্ন হায়নদুন য়াংন তোক্এ, ঙম্জেএ। লান্ চৎকে হংবদি মৈ চাক্পগুম্ নীংএ। থুন থুংএ। ৩ লক্ চেৎও ঙম্এ।

থৌ চৎপ থুংগবব হংবদি অনক্পদি অসি থুংএ। লম্লোই মতৌ মঙাই মসেল্ ওইনবক্এ। অথাপ্পদি ৩ নি, থা ৩ দ থুংএ। লৌ য়ূম্ফম্ লৈগে হংবদি নোংসিংলম্ নোংথাঙ্ কূপ্প লৈএ। অৱাংলম্ লাইফম্ ওইব লৈএ, খাবম্ নেম্এ। নোংপোক্লম্ খোং মবীল্ লৈএ। মীৎলম্দ লম্খল্ লৈএ। খাগ নোংচুপ্‌ক পুংমায় তিংবগুম্এ ফৈএ লৈও, তুংদ নুংঙাইএ, মমিং চৎএ। সগোল্, সল্, ইবোই মাঙ্ব হংবদি ঙাঙ্ন খুজিন্সুং মচুসুং লাংএ। অৱাংদ খোং মবীল্ ওইব লৈএ। অদুদ লৈত্রবদি মীৎলম্ লৈএ। নহাদ হংও থিব য়ৌদে খঙ্ও। কোল্লীক্, ফি মাঙ্ব হংবদি নিপা ৩ ন য়েন্নেএ। কোল্ন য়োন্জবদ খঙ্এ। হি মাঙ্ব হংবদি পাৎ অৱাংথংব লম্দ খঙ্এ। মকোক্ খব কায়বে।

**৯. অবেম্বগি ফোল্লা :**

অবেম্বগি ফোল্লাদি ১ লেম্বদি ইবোই অমোম্ন লাব ঙম্ব খেল্নে। লান্ চৎপসুং ৱা হায়নবসুং নহাবু অহল্ন ঙম্এ। লন্ মাঙ্ব হংবসুং, নাই চেন্ব, সল্ ইবোই মাঙ্ব হংবদি খুল্ হেন্ন নোংপোক্ নোংচুপ্ থিও, মীন তাক্লৈএ। অনাব হংলবদি লাইন তৌএ। অহন্দি থীল্এ, নহাদি পঙ্ন সোক্ন নাইএ। খাবম্ লাই ঈন্থোক্ও, ৭ নিদ ফৈ এ। থৌ চৎপ হংবদি ৫ নি, ৭ নিদ য়ৌএ। য়ৌদ্রবদি থীন্এ। য়ীম্ফ ম্ হংবদি ফ ৎতে। নেংপোক্, খা থংববম্ চৎও।

২ লেম্বদি অদুঙৈ লাইবেম্ম কোপানিন গংগা ঈসিংদ সান্নবৈএ। পিবাৎন কৌবদুন নিংথৌদ কৎন্সে। লন্ মাঙ্ব, নাই চেন্ব, সল্ ইবোই মাঙ্ব হংবদি অৱাংলম্ লৈএ। ৭ নি, ১০ নিদ খঙ্এ। নিংথৌদ কাবদি ফৈএ। ৱা সোক্রবদি নুপিন হান্ন হাযও, ঙম্জেএ। থৌ চৎপ হংবদি অনা অয়েক্ লৈতে, ৭ নি ৮ নিদ থুংলৈএ। য়ূম্ফম্ হংবদি ফৈএ লৈও।

৩ লেম্বদ হংবদি অদুঙৈদ পিবাৎন সামু অঙৌব মযা অনী খঙ্এ। লন্ মাঙ্ব হংবদি নাই চেন্বসুং, সল্, ইবোই মাঙ্ব হংলবদি নোংচুপ্ খা থংবদ থিও খঙ্এ। লান্ চৎপ ৱা সোক্রব হংবদি থৌবাং হান্বন ঙম্এ। অচৌবন অপিসাবু ঙম্এ। অনাব হংবদি মৈবম্ লম্ নাবক্এ। অহন্দি থাউমৈ, ফিবাল্, লৈ, কবোক্ যাওন লাইদ কৎচও ফৈএ। লূম্ন নাববদি ৱায়এ। নহাদি ফৈএ। লৈপূৎসুং নিও। থৌ চৎপ হংলবদি ৫ নি, ৪ নিদ ৱা তাযএ। ফগবব ফবোইবব হংলবদি ফৈএ। য়ূম্ফম্ হংবদি য়ূম্গি মনুংদ নূং অম লৈএ। সগোল্, নাই লৈব হংবদি ফৈএ।

৪ লেশ্বদি অদুঙৈদ লাইবেম্মন পন্বান্দ মচা হুম্বোক্লম্এ। য়ূম্নাক্ খুনব অমগি মতুন খুন্লৌদুন য়োক্চৈএ। য়ূম্নাক্ খুন্বদুন সিববগ মফম্ সূপ্লৌএ। লান্ চৎপ, ব্রা সোক্লব হংবদি ঙম্এ। লন্ মাঙ্ব নাই, সল্, ইবোই মাঙ্ব হংবদি নোংপোক্ নোংচুপ্ ওইববসুং মীখূৎ চল্এ। ৭ নি ১২ নিদ খঙ্এ। অসিদ খঙদ্রবদি থীল্ন খঙ্এ। অনাব হংবদি লাইন তৌএ, লাই ওক্ন নাইএ। লাইজিবম্সুং, খাবম্সুং লাই ইন্থোক্ও। ব্রা হায়জব হংবদি ফৎতে। থৌ চৎপ হংবদি ৫ নিদ থুংলৈএ। অদুদ থুদ্রবদি ১০ নিদ থুংএ। ঐবু ফবব ফৎত্রবব হংবদি নঙ্গি মীৎলম্থংব ওইববসুং লাইজি থংব ওইববসুং মী ফৎতব ২ লৈএ। য়ূম্ফম্ কৈফম্ হংবদি ফৎতে। নোংপোক্লম্ চৎন লৈও ফৈএ।

৫ লেশ্বদি অদুঙৈদ যোং অমন ব্রান চীঞ্জাক্ তাঞ্জৈএ। লান্ চৎপ, ব্রা হায়জব হংবদি লম্লক্কি মীগ থীনৈএ ফৎতে। লন্ মাঙ্ব হংবদি নাই, সল্, ইবোইসুং নোংসিৎলম্দ থিও খঙ্এ। অনাব হংবদি হিংচা কোৎচাব লৈবগুম্এ। য়ূম্ফম্ কৈফম্ হংবদি অব্রাং লম্ উক নূং ওইবব অম লৈএ। য়াই অমসুং লৈএ। চনু নিংঙোল্ হংবদি কন্লক্ যেক্নব যাওএ। থৌ চৎপ হংবদি ৬ নি, ৭ নিদ থুংএ।

৬ লেশ্বদি অদুঙৈদ পিবাৎ অমন সামু ময়া খঙ্দুন নিংথৌদ কৎচৈএ। লান্ চৎপ ব্রা সোক্নব হংবদি মীবু ঙম্জৈএ ফৈএ। নাই, সল্, সগোল্ লৈব হংবদি ফৈএ। লন্ মাঙ্ব, নাই চেনব হংবদি নোংচুপ্লম্ থিও। অদুদ খঙ্দ্রবদি মখাবম্ খঙ্এ। মীনসুং তাক্লৈএ। অনাব হংবদি সিদে। লাইবু নীংও। লূম্ন নাববদি সল্ অম সা-ও। থাউমৈ, খবায, ফিবাল্, কবোক্, লৈ অঙাঙ্ব, অঙৌব, চাক্ ঈসিং য়াওন অব্রাংলম্ থা-ও ফৈএ। খোঙ্ খূৎ নাবদি লৈপূং লৈহো নেৎন নাইএ। চেঙ্ লৈ থা ও ফৈএ। থৌ চৎপ হংবদি ২ নি ৩ নিদ থুংএ। থুংদবদি খব থীল্এ। ঐবু ফগবব ফবোইবব হংবদি মাঙ্দ ফৈএ। য়ূম্ফম্ কৈফম্ হংবদি মখাবম্ হন্থন লৈও ফৈএ।

৭ লেশ্বদি অদুঙৈদ নিংথৌ অমন লৈম মতুং ইন্ন সিএ। লম্বোইব অমন সনা লুপা হী মাই কুজেএ। লান্ চৎপ ব্রা সোক্লব হংবদি ফৈএ। নাই চেন্ব, লন্ মাঙ্ব হংবদি লাইজিবম্ থিও। মীনসুং তাক্লৈএ। অনাব হংবদি খবায অমদ হৈ-বা চাক্ যেন্সাং মবৈ সূন অব্রাংলম্ মীৎলম্ থা-ও। ৮ নি, ১০ নিদ ফৈএ। ঐবু ফগবব ফবোইদবব হংবদি কোন্ন ফবক্এ। থৌ চৎপ হংবদি মী অনাব অম লৈএ। নাদবদি

---

খৎন ওইনব খব লৈএ। ৭ নিদ থুংলৈএ। হেল্লবদি ১৫ নিদ থুংএ। থুংদবদি থীন্এ। য়ূম্ফম্ কৈফম্ হংবদি মংফম্ লৈএ। ফৎতে হোংথোক্ও।

৮ লেম্বদি নহাগ অহন্গ খৎনৈএ। নহাবু গুম্ব খেল্নে। লান্ চৎপ ব্রা সোক্লব হংবদি অহন্ন গুম্জেএ। লন্ মাঙ্ব, নাই, সল্, সগোল্, ইবোই মাঙ্ব হংবদি লম্ অথাপ্প চীংলক্ মাল্লক্ত খঙ্দবদি থীন্এ। অনাব হংবদি নোংসিৎলম্দ নাইএ। লাই ইম্থোক্ও। ৪ নি, ৫ নিদ ফৈএ। ঐবু ফগবব ফবোইবব হংবদি মাঙ্দ ফৎতে। য়ূম্ফম্ কৈফম্ হংবদি পাৎ কোম্ ওইব লৈএ ফৎতে, সিৎথোক্লবদি ফৈএ।

৯ লেম্বদি অদুঙৈদ লাইবেম্ম অসোনিবু লম্লক্ত তাম্থোক্এ। লান্ চৎপ, ব্রা সোক্লব হংবদি ফৎতে। লন্ মাঙ্ব, নাই, সল্, ইবোই মাঙ্ব হংবদি লাইজিবম্ লৈএ, কোন্ন তায়এ। নাই, সগোল্ লৈব হংবদি ফৈএ লৈও। অনাব হংবদি য়ূম্গি কৈগি লাইন তৌএ। খাবম্দগি নাবক্এ। মী অম সা-ও। থাউমৈ, ফিবাল্, কবোক্, লৈ অঙাঙ্ব, অঙৌব য়াওন মী অব্রাংববু মখাবম্ লাই ইম্থোক্হল্ও ৭ নিদ ফৈএ। য়ূম্ফম্ কৈফম্ হংবদি অনেম্ অব্রাং নাইএ। উজাউ ব্রাচাউ লৈএ। খাবম্ অকাব, য়াই অকায়ব লৈএ। থৌ চৎপ হংবদি ৭ নি ৮ নিদ থুংএ। নাই সল্ সগোল্ লৈব হংবদি ফৈএ লৈও।

## ১০. নোংথিন্গি পূং খঙনব ব্রা :

নোংথিন্গি পূং খঙনব ব্রা হাযগে। উ অমবু খূৎ মফৈ ১২, মকোক্তি খূৎ মফৈ অনী পাক্হল্লো। মতোন্দ য়োৎ তবেঙ্ মতোল্ মলম্ তুমহল্লো। উ অদুবু লৈপাক্ত য়ুংও। উ অদুগি মমিবু চৈ ওল্লো। চৈ অদুবু খূৎপি মফৈ ওল্লো, মসীং থীও, ইদন থম্ও। মাগি মাগি থা খুদিংগি মচা লেম্ব লৌথোক্লো। অতিংঙাদগি ১২ তিন্সিল্ও। হাবোক্ ওইও অদুগ থাগি নোংথিল্ পূং অসেংববু হুম্ফুন পুবিও। হাবোক্ন হলিও। খঙ্জবদি পূং ওইও। অবেম্বদি হুম্ফুন হবিও। খঙ্জবদি মীৎকুপ্ ওইও। পূং মীৎকুপ খঙ্জব অদুন নুমিৎ য়ুংদবিঙৈ হৌখিব পূং ওইও। নুমিৎ চাযববদি অবৈব পূং ওইএ। ❑

# ৭. লৌউ সিংউবগী ৱারম্

**১. লৌ লিংবগি ৱা :**

লৌ লিংবগি ৱাদি নোংমাইজিং নুমিৎত লৌ লিংবদি নোংপোক্ ওন্না লিংও ফেএ। নিংথৌকাব লিংবদি নোংচুপ্ লম্ ওন্না লিংও ফৈএ। লৈপাক্পোক্প নুমিৎত লিংবদি খাবম্ ওন্না লিংও ফৈএ। য়ূম্সকৈস নুমিৎত লৌ লিংবদি নোংপোক্লম্ ওন্না লিংও, মনা মপান্ ফৈএ। সগোল্সেন্ নুমিৎত লৌ লিংবদি অৱাংলম্ ওন্না লিংও মহে ফৈএ। ঈবাই নুমিৎত লৌ লিংবদি নোংপোক্লম্ ওন্না লিংও মচা য়াম্এ মনাও যাম্এ। থাঙজদ লৌ লিংবদি নোংচুপ্ ওন্না লিংও মচা মনাও কল্লে।

**২. কৈথোঙ্ হাংব, ফব অমদি তৌহৈদব থাবান্সিং :**

কৈথোঙ্ হাংব, ফব অমদি তৌহৈদব থাবান্শিংদি ১, ৮, ৯, ২৭ নি পান্বদি লাই মবিন চায়। ৩, ৪ নি পানব্দি লাই অনীন চায। ২, ৭, ১০, ১৬, ১৭, ২১, ২২, ২৬ নি পান্বদি লাই অহুম্ন চায। থাবান্সিং অসি কৈথোঙ্ হাংব তৌহৈদে।

৫, ৬, ১৩, ১৪, ১৫, ১৮, ১৯, ২০, ২৩, ২৪, ২৫, ২৮, ২৯, ৩০ নি পান্ব থাবান্সিং অসিদি কৈথোঙ্ হাংব ফৈ।

**৩. কৈথোঙ্ হাংব ফব অমসুং ফত্তব নুমিৎসিং :**

কৈথোঙ্ হাংব ফব অমসুং ফত্তব নুমিৎসিংদি নোংমাইজিং নুমিত্ত কৈথোঙ্ হাংবদি য়ূম্ মপুগিদি ফৈ, মীঙোন্দদি পীহৈদে। লৈপাক্পোক্প, য়ূম্সকৈস, থাঙজ নুমিৎসিং অসিদি কৈথোঙ্ হাংব ফৈ। নিংথৌকাব. সগোল্সেন্ ঈবাই নুমিৎসিং অসিদি কৈথোঙ্ হাংব ফত্তব নুমিৎসিংনি।

**৪. কৈনুংদ ফৌ চন্ব ফব থাবান্ অমসুং নুমিৎ :**

কৈনুংদ ফৌ চন্ব ফব থাবান্ অমসুং নুমিৎতি ৫, ৭, ১০, ১১, ১২, ১৬, ১৮, ২০, ২১, ২৫, ২৬ নি পান্ব থাবান্সিং অসিদ কৈদ ফৌ চন্ব ফৈ। নুমিৎন

নোংমাইজিং নুমিৎত কৈদ ফৌ চন্‌বদি অফব লীসিং চঙ্‌লক্‌এ। নিংথৌকাবদ ফৌ চন্‌বদি সনচীংমকম্ ব্রাংন হৈজিন্দুনসু ময়েং তাখিব খঙ্‌হৌদে। লৈপাক্‌পোক্‌পদ ফৌ চন্‌বদি অফব খঙ্‌এ। য়ূম্‌সকৈসদ চন্‌বদি চিঞ্জাক্ ব্রাংতে। সগোল্‌সেন্দ ফৌ চন্‌বদি অসি অনা নংএ। ঈবাইদ ফৌ চন্‌বদি সনা, লুপা খঙ্‌জেএ। থাঙ্‌জ নুমিৎত কৈদ ফৌ চন্‌বদি লন্ মবম্ তবেৎ খঙ্‌জেএ।

### ৫. মীঙোন্দ ফৌ সিংব ফব থব্রান্‌মিচাক্ অমসুং নুমিৎ :

মীঙোন্দ ফৌ সিংব ফব থব্রান্‌মিচাক্ অমসুং নুমিৎ হায়গে। থব্রান্‌মিচাক্ ২, ৪, ৭, ৮, ১২, ১৬, ১৮, ২১, ২২, ২৩, ২৪, ২৬, ২৭ অসিন পান্‌বদ মীঙোন্দ ফৌ সিংব ফৈ। অতৈ থব্রান্‌মিচাক্‌সিং ১, ৩, ৫, ৬, ৯, ১০, ১১, ১৩, ১৪, ১৫, ১৭, ১৯, ২০, ২৫ অসিন পান্‌বদদি মীঙোন্দ ফৌ সিংব ফৎতে।

মীঙোন্দ ফৌ সিংব ফব নুমিৎসিংদি চয়োন্ অমগি মনুং নিংথৌকাব, লৈপাক্‌পোক্‌প, য়ূম্‌সকৈস, সগোল্‌সেন্, ঈবাই, থাঙ্‌জ নুমিৎসিং অসিদ মীঙোন্দ ফৌ সিংব ফৈ। নোংমাইজিং নুমিৎতি ফৌ পীথোক্‌হৈদে।

### ৬. লৌ তাবগি ব্রা :

লৌ তাবগি ব্রাদি লৌ তাব ফত্তব থাবান্দি ৯, ১৯, ২৯ নি পান্‌ব অসিদি লৌদ লাই লৈএ। লৌ তাব, ফৌ হুন্‌ব খাওব তৌহৈদে। ১০, ২০, ৩০ নি পান্‌বদি পাম্‌দ লাই লৈএ। লৌ নীন্‌ব, ঈথৈ লৌখোং থৈজিন্‌ব, মীঙোন্দ পীব তৌহৈদে। লৈসা কেতু লৈব, নামুংব থা, মাক্‌মৈ চাক্‌প অসি খৈবিক্ত লৌ তাহৈদে। লৈপাক্‌পোক্‌প, থাঙ্‌জ অনীমক্তসুং লৌ তাহৈদে।

### ৭. ফৌ হুন্‌বগি ব্রা :

ফৌ হুন্‌বগি ব্রাদি ফৌ হুন্‌ব ফব থব্রান্‌মিচাক্তি ৪, ৯, ১২, ১৪, ১৬, ১৯, ২০, ২১, ২৫, ২৬ অসিন পান্‌বদ ফৌ হুন্‌ব ফৈ। নুমিৎতি নোংমাইজিং, নিংথৌকাব, য়ূম্‌সকৈস, সগোল্‌সেন্, ঈবাই নুমিৎ অসিদ ফৌ হুন্‌ব ফৈ।

### ৮. ফৌ হুন্‌ব নুমিৎকি ফল্ :

ফৌ হুন্‌ব নুমিৎকি ফল্‌দি হায়গে। নোংমাইজিং নুমিৎত ফৌ হুন্‌বদি মনাদি ফৈ, মহৈদি ফৎতে। নিংথৌকাব, লৈপাক্‌পোক্‌প, থাঙ্‌জ নুমিৎ অহুম্ম অসিদ ফৌ হুন্‌বদি মহৈসুং মনাসুং ফৎতে। য়ূম্‌সকৈস, সগোল্‌সেন্, ঈবাই নুমিৎ অহুম্ম অসিদ ফৌ হুন্‌বদি মনাসুং মহৈসুং ফৈ। অসি যেংন তৌও।

**৯. থাগি ফৌহুন্ ফৌদা :**

থাগি ফৌহুন্ ফৌদাদি সজিবু কালেন্ থা অনীমদি লৈপাক্সুং ঈসিংসুং নাদে ফে। ঈঙাদি ৫, ১৯, ২২ নি পান্বদি লৈপাক্সুং ঈসিংসুং নাদে ফৈ। ২৩ নি পান্বদগি থাসি যৌবদি লৈপাক্সুং ঈসিংসুং নাই ফৎতে। ইঙেন্ থা চূপ্পদি ঈসিং নাই, লৈপাক্তি নাদে। ফৌ হুন্বদি ফৈ লিংবদি ফৎতে। থব্রান্ থাগি ১, ২, ৩, ৪, ৫, ৬, ৭, নি পান্বদি লৈপাক্সুং ঈসিংসুং নাদে ফৈ। ৮ নি পান্বদগি ১৪ নি পান্ব ফাওবদি লৈপাক্সুং ঈসিংসুং নাই ফৎতে। ১৫ নি পান্বদগি ২১ নি পান্ব ফাওবদি ফৈ। লাংবন থাগি নোংম পান্বদগি ৬ নি পান্ব ফাওবদি ফৈ। ৭ নি পান্বদগি ১৮ নি পান্ব ফাওবদি ফৎতে। ১৫ নি পান্বদগি ২২ নি পান্ব ফাওবদি ফৈ। ২৬ নি পান্বদগি ৩০ ফাওবদি ফৎতে।

**১০. ফৌ খাইবগি ব্রা :**

ফৌ খাইবগি ব্রাদি থাহন্নোংদ খাইবদি লাই ইন্ব ৪ ইন্জৈএ। নিনিদি, অহুম্নিদি ৪ ইন্জৈএ। ৪ নিদি, ৫ নিদি ২ ইন্জৈএ। ৬ নিদি খাইব ফৈএ। ৭ নিদি ৩ ইন্জৈএ। ৮ নি, ৯ নিদি ৪ ইন্জৈএ। ১০ নিদি ৩ ইন্জৈএ। ১১ নি খাইব ফৈএ। ১২ নি ২ ইন্জৈএ। ১৩, ১৪, ১৫ নিদি ফৈএ। ১৬ নিদি ২ ইন্জৈএ। ১৭ নিদি ৩ ইন্জৈএ। ১৮, ১৯, ২০ নি খাইব ফৈএ। ২১ নি ৩ ইন্জৈএ। ২২ নি ২ ইন্জৈএ। ২৩, ২৪, ২৫ নি খাইব ফৈএ। ২৬ নি ২ ইন্জৈএ। ২৭ নি ৩ ইন্জৈএ। ২৮ নি ৯ ইন্জৈএ। ২৯, ৩০ ফৎতে।

**১১. লৌ তাব, মন্ন-হুন্ব, লৌ খাওব :**

লৌ তাব, মব্দ হুন্ব, লৌ খাওবগি ব্রাদি পান্খৎলক্প থাবান্ ৩, ৪, ৫, ৭, ১০, ১৩ পান্ব ফৈ। নোংমাইজিং, যূম্সকৈস, সগোল্সেন্, ঈবাই থাবান্সিং অসি ওইবগি নুমিৎসিংসিদ মব্দ তাব, লৌ হুন্ব, পেংব, খাওব, লোক্প ফৈ।

**১২. ফৌ হুন্বগি মায়ওন্ :**

ফৌ হুন্ব মতম্দ নোংমাইজিং, যূম্সকৈস, ঈবাই নুমিৎ অহুম্সিদি ফৌ হুন্বদ মায় নোংপোক ওল্লু। মপান্, মবা, মহৈ ফৈ। নিংথৌকাবগ, থাঙ্জগ অনীমক্তি নোংচূপ্ ওল্লু মচা, মসু ফৈ। সগোল্সেন্দি অব্রাং ওন্দুনা হুল্লু মহৈ ফৈ। লৈপাক্পোক্পদি মখা ওন্দুনা হুল্লু মহৈ-ফৈ। ❑

# ৮. পোৎ অমদি জিবসিংনা খোংবগী অক-ফত

**১. য়েন্ খোংবগি অক ফত:**

য়েন্ খোংবগি ৱাদি নুমিদাং য়েন্ খোংবদি সাপাউ লান্পাউ তায়এ। অযুক্ খোংবদি ফৈএ।

**২. উচিন খেক্পগি ৱা :**

উচিন খেক্পগি ৱাদি সুক্ সুক্ খেক্প লন্ খঙ্জৈএ। খুক্ খুক্ খেক্প অকোং অসি নংএ। তেক্ তেক্ খেক্প খুল্ অয়াম্বগিনে। কুক্ কুক্ খেক্প ফৌ কৎএ।

**৩. ঈকম্ কৈকম্‌ন খোংবগি ৱা :**

ঈকম্ কৈকম্‌ন খোংবগি ৱাদি নোংপোক্লম্ খোংবদি থবক্ খঙ্জৈএ। মৈবম্‌দি মীগ ৱা ফৎতব হায়নৈএ। খাবম্‌দি মীন খুবাল্এ। মীৎলম্‌দি ফৎতে। নোংচুপ্‌তি পূক্ত নীংব পাঙ্এ। লীক্লম্‌দি লন্ খঙ্জৈএ। অৱাংদি সনা লুপা খঙ্জৈএ। লাইজি লম্‌দি নিংথৌন লন্ কুজৈএ। লুখুম্দ খোংবদি ফৈএ। যুম্‌থক্ত খোংবদি ইহাক্ নাইএ। ওযবম্‌দগি তাবক্তুন খোংলবদি ইখাগি নহাগ ওইনৈএ, লন্ তিংএ। অহিংদি উচিনে, নোংথিন্দি ঈকম্ কৈকম্‌নে।

**৪. ঙাংখ খোংবগি ৱা :**

ঙাংখন খোংবগি ৱাদি লংমাইজিং নুমিৎ খোংবদি ফৎতে। ফূদি কাঙ্খদ য়ৈখায়দুন থম্ও। মৈ হৱাউবদি ফৈএ। নিংথৌকাব নুমিৎ খোংবদি মনাই মসল্ খঙ্জৈএ। মৈ হৱাউবদি মীগ ওইনৈএ। লৈপাক্পোক্প নুমিৎ খোংবদি চাবোক্

হাথেএ, মীগি থবক্সুং খঙ্‌জেএ। মৈ হবাউবদি ফৎতে। য়ুম্‌সকৈশ নুমিৎ খোংবদি লম্ অথাপ্পদগি মী লাক্‌এ। মীনসুং চাল্‌এ। মৈ হবাউবদি মীন রা সবিব থৈজিল্‌লৈএ। সগোল্‌সেন্ নুমিৎ খোংবদি চাক্তি মীঙোন্দ পীজও, য়ুম্‌জি মবিমদসুং চাবান্ থা-ও, মান য়ুম্ চঙ্‌লক্‌লবদ রা য়াম্‌এ। মৈ হবাউবদি ফৈএ। ঈবাইদ খোংবদি লন্ খঙ্‌জেএ। মৈ হবাউবদি ফৎতে। থাঙ্‌জদ খোংবদি সাদ লান্‌দ সিবন নিজবনে। সূমায়দ চাবান্ থা-ও। ফূদি ফুংগা লাইক ওইনও। মৈ হবাউবদি ফৎতে।

**৫. কাক্ল খোংবগি অফ-ফত :**

কাক্ল খোংবগি অফ-ফৎতদি অয়ুক্কি পূং মাপল্ তাব ফাওবগি মনুংদ কাক্ন নোংপোক্‌লোম্‌দ খোংলবদি নীংব থুংই। মকপ্ মপাং মাঙ্‌খিব, লন্, পোৎ ফংই। মৈবম্‌দ খোংলগ থরায় পান্‌ব ফংই, পূক্রিং নুংঙাইব ওই। সম্থোঙ্‌লোম্‌দ খোংলগ চান-থক্লব পোৎ ফংই, মী খৎনৈ, নীংব থুংই। নোংচূপ্‌ত খোংলগ অফব মী লাক্‌ই। কৌব্রুদ খোংলগ মকপ্ মপাং অনৌব নুংশিব মী ফংনৈ। চীংখৈদ খোংলগ লেপ্পব রাফম্ সোযদে, অরা অনাদি নংই।

পূং মাপল্‌দগি নুমিৎ য়ুংব ফাওবগি মনুংদ নোংপোক্‌লোম্‌দ কাক্ন খোংলবদি অকিব, চিংনব, অরাব পাউ লাক্‌ই, তায়। মৈবম্‌দ খোংলগ মী খৎনব, থরায় পান্‌ব চঙ্‌লক্‌প, লাক্‌পগি রা তায়। মখাদ খোংলগ অরা অনা, নাতৈ চাদব রা তায। সম্থোংদ খোংলগ পূক্রিং অরাব, নুংঙাইতব ওই, অনা অযেক্ কোক্‌ই। নোংচূপ্‌ত খোংলগ হক্‌চাংদ অসোক্ অপন্ ফংই। কৌব্রুদ খোংলগ পোৎ-চৈ, লন্-থুম, ফংই। অরাংদ খোংলগ লন্ ফংব, নীংব মী লাক্‌ই। ঙাইব পোৎলম্‌সুং ফংই। চীংখৈদ খোংলগ থৌবম্ পাঙ্‌থোক্‌ই, মায় পাক্‌প ওই। নুমিৎ য়ুংবদগি মতুং পূং অহুম্‌লোম্ তাব ফাওবগি মনুংদ কাক্ন নোংপোক্ত নীংথিন লাউন খাক্ন খোংলগ নীংব থুংই, মায পাক্‌প ওই, থৌবম্ পাঙ্‌ই। মৈবম্‌দ নীংথিন নেম্ন খোংলগ অফব পাউ তায, অযাক্‌প কন্ন খোংলগ অরাব পাউ তায়। মখাদ খোংলগ অনা-অযেক্ লাক্‌ই, অনীংব থৌবম্‌দি পাঙ্‌ই। সম্থোঙ্‌দ খোংলগ চান-থক্লব পোৎচাক্ ফংই। চক্রি থাংব মূক্রব কোক্‌ই, থবক্কি যাত্রা তৌব অমাঙ্‌ব ওই। নোংচূপ্‌ত খোংলগ মাঙ্‌খিব পোৎ, লন্-থুম্ ফংই, অফব পাউ তায়, থবক্কি যাত্রা তৌব ফৈ। কৌব্রু লাইজিদ খোংলগ নুমিৎ অদু লৈচিল্ থাংগনি। অরাংদ খোংলগ লন্-থুম্, মান্-চাং

ফংই। যাত্রা ফৈ, নুংঙাইব পাউ তায়। চীংখৈদ খোংলগ মায় পাক্ই, অকন্ব খোঞ্জেলন খোংলগ অমাঙ্ব খৎন-চৈনবগি পাউ তায়।

নুংথিল্ পূং অহুম্ তাবদগিন নুমিৎ তাব ফাওবগি মনুংদ নোংপোক্ত ক্কাক্ খোংলগ লন্ থুম্ ফংই, অকিব, অৱাব ফংই। মৈবম্দ খোংলগ অনা অযেক্ নংই, অকিব, অৱাব ফংই। মৈবম্দ খোংলগ অনা অয়েক্ নংই, পূক্লিং হৈছে। মখাবোম্দ খোংলগ অপন্ব চিংনব কোক্ই, অনা অয়েক্ খব লাক্ই। মোইবাং লাইজিদ খোংলগ নীংব থুংই, হৈনীংদব মী থেংনৈ। নোংচুপ্ত খোংলগ লৌ-সীং, মান্-চাং ফংই, মায পাক্ই, থৱায় পান্ব চঙ্লক্ই। কৌব্রুদ খোংলগ চান্নব মকপ্ মপাং লাক্ই, মতম্ খবগি মতুংদ চখোক্পগি মবম্ লাকনি। অৱাংদ খোংলগ পূক্লিং নুংঙাইবগি ৱা তাগনি। অনা অয়েক্ লৈববদি খব সাংন নাগল্লি। চীংখৈদ খোংলগ অপান্ব পোৎলম্গি পাউ তাই, অনাব লৈবগ খব সাংন নাই।

### ৬. লম্খুনুন খোংবগি অফ-ফৎত :

লম্খুনুন খোংবগি অফ-ফৎতদি নোংপোক্ত লম্খুনু খোংলগ ঈকাইব নংই। চীংখৈদ খোংলগ লন্ ফংই। অৱাংদ খোংলগ অনা-অযেক্ নংই। কৌব্রুদ খোংলগ ৱা,পাউ অফব তায়। নোচূপ্ত খোংলগ মচা মনাই অৱাব লাক্ই। মোইবাং লাইজিদ খোংলগ লন্-থুম্, মান্-চাং ফংই। মখাবোম্দ খোংলগ অনা অযেক্ নংই। যুম্থক্ত খোংলগ মখা, সম্ফোং, কৌব্রুবোম্দ পাইখিব ফৎতে। মৈবম্, নোংপোক্, চীংখৈবোম্দ পাইখিব অফব ফল্ লাক্ই।

### ৭. চুম্ খোংবগি অফ-ফত্ত :

চুম্ খোংবগি অফ-ফত্তদি চুম্ন মথক্লোম্দ খোংব তাববদি সেল্ ফংই। নোংপোক্ত খোংবদি থবক্ থনা পাঙ্ই। মৈবম্দ খোংবদি অকিব ফংই। মখাদ খোংবদি মৈদগি অকিব ফংই। মোইবাং লাইজিদ খোংবদি খৎন-চৈনৈ। নোংচূপ্ত খোংবদি ওইজ ওইথক্ ফংই। কৌব্রুদ খোংবদি ফি-বোল্ অফব ফংই। অৱাংদ খোংবদি নুপী ফংই, নুপীন নিপা ফংই। চীংখৈদ চুম্ খোংব তাববদি অৱাব ফংই,সি।

# ৯. হকচাংগি মরমদ অফ-ফত্ত

**১. হক্চাং চিংবগি বা :**

হক্চাং চিংবগি ব্রাদি লাইবক্ চিংবদি মীন চাল্লে। কোক্ য়েৎ চিংবদি থবক্ খঙ্জৈএ। কোক্ ওয় চিংবদি য়েন ফোয়নৈএ। নবাই চিংবদি ইতাউ ওক্নৈএ। নাকোং য়েৎ চিংবদি মীন ইখোযবু ফৎতব হায়নৈএ। খজাই য়েৎ চিংবদি ইতাউন য়েক্নৈএ। খজাই ওয় চিংবদি ইখোয়ন মীবু চাল্লুইএ। মীৎ যেৎ চিংবদি নিংথৌন লন্ পীনৈএ। মীৎ ওয় চিংবদি লৈমন চাল্এ। মীৎ ২ ম চিংবদি অকপ্ অবাউ নংজৈএ। নাতোন্ য়েৎ চিংবদি ফম্থৌ নিংথৌ ফংজৈএ। নাতোন্ ওয় চিংবদি মীন চাল্এ। লৈতোন্ চিংবদি মতৃ অফব খঙ্জৈএ। যাতোন্ চিংবদি অনা অয়েক্ নংজৈএ। চীন্বান্ চিংবদি ওইজৈএ, মখা চিংবদি অহাও অথুম্ খঙ্জৈএ, খৌবি চিংবদি অকোং অসি নংজৈএ। লেংবান্ চিংবদি নুংঙাইন ফম্এ, ওয চিংবদি নিংথৌন চাল্এ। লেংলক্ চিংবদি থবক্ খঙ্জৈএ, ওয চিংবদি ওইনৈএ। নম্গন্ চিংবদি নোং চুইএ, ওয চিংবদি ফৈএ, ২ ম চিংবদি অয়ৈ অপুন্ নংজৈএ। থবাক্ য়েৎ চিংবদি ফৎতে, ওয় চিংবদি ফৈএ। অনীম চিংবদি ফৈএ।

নিংদোন্ চিংবদি পূক্ উন্ সাউএ। পূক্ চিংবদি লৈম নিংথৌন চাল্এ। খোয় চিংবদি চাক্ লাম্এ। পীবাই চিংবদি থবক্ খঙ্জৈএ, ওয চিংবদি মীগি মতু নীংথিবি সিঙম্ব উবক্এ। সয়েঙ্ যেৎ চিংবদি লান্ চৎএ, ওয় চিংবদি সামূক্ ইবোই খঙ্জৈএ। খূবাক্ য়েৎ চিংবদি ফৈএ, ওয় চিংবদি মীন ব্রা সবিব হায়বৈএ। খূৎনাউ য়েৎ চিংবদি নিংথৌন চাল্এ, ওয় চিংবদি মনুংদ নুংঙাইএ। পান্বোম্ য়েৎ চিংবদি থবক্

খঙ্জেএ, ওয় চিংবদি মীগি মতু অফব খঙ্জেএ। খ্বাঙ্ য়েৎ চিংবদি ফৎতে, ওয় চিংবদি ফৈএ। সিনুং চিংবদি তাক্ মাঙ্এ। লূম্ য়েৎ চিংবদি নুংঙাইন পাল্এ, ওয় চিংবদি নুংসিব নংজেএ। খূৎ য়েৎ চিংবদি ফৈএ, ওয় চিংবদি ব্রা অকম্ব হায়বৈএ। ফৈবাক্ য়েৎ চিংবদি ফৈএ, ওয় চিংবদি ফৎতে, অনীম চিংবদি অয়ে অপুন্ নংজেএ। খূক্লু চিংবদি ফৈএ, ওয় চিংবদি কল্লক্ কঞ্জাউএ। খুবোম্ য়েৎ চিংবদি ফৈএ, ওয় চিংবদি ওইনতনৈএ। খূয়া য়েৎ চিংবদি লম্ থাপ্‌ন চৎএ, ওয় চিংবদি নিংথৌপান্ব লৈপাক্ অম চৎএ।

## ২. খূৎত চক্র লৈবগি ব্রা :

খূৎত চক্র লৈবগি ব্রাদি চক্র অম লৈবদি নিংথৌ ওইএ। ওইদ্রবদি লম্বোইএ। অনী লৈবদি ব্রান চায়এ। অহুম্ লৈবদি ফৌ কৎএ। মবি লৈবদি ফৎতে। মঙা লৈবদি নিংথৌন চাল্এ। তরুক্ লৈবদি অনা অয়েক্ নংজেএ। তবেৎ লৈবদি তীন্‌ব্রা লাইব্রা হৈএ। নিপান্ লৈবদি পুক্সিএ। মাপল্ লৈবদি মন্ত্রি ওইএ। তবা লৈবদি লেপ্‌ন নিংথৌ ওইএ, অবাম্‌দি অঙম্ব ওইএ।

## ৩. হক্‌চাংগি খুদম্ :

হক্‌চাংগি খুদম্‌দি খূৎ মতোন্ তুম্ব, যা চৌব, সম্ কুইব, খুজিন্ তুম্ব, তু কৃপ্ল মবম্ মঙা অসিদি নুংঙাইবগি ফম্বিনে। লাইবক্ তান্‌ব, নাতোন্ ব্রাংব, লেংবান্ ব্রাংব, মপূক্ কংব, নাক্‌থং চাউব, থবাক্ ব্রাংব তকক্‌মক্ অসিদি অথোইবনে। খূবাক্, খূযা, মীৎপাল্, ঙৌ, লৈতোন্, চীন্‌বান্ ঙাঙ্‌বদি ফৈ, নুংঙাইএ। খৌজেং, খোয়, থম্মোয় কুৎপদি অথোইবনে। খুবোম্, কোক্, লাইবক্ চাউবদি ফৈ, থোইএ। মকোক্ চাউব লন্ লৈ, চীঙ্গাক্ ব্রাংতে। লাইবক্ চাউব মীখা পোন্দে। মখ্বাঙ্ চাউব মচানিপা পোক্‌ই। মখোঙ্ চাউব মপু ওইএ। সিনুং চাউব লন্ লৈতে। মীৎ চোৎপ ফৈ। যা চোৎপ চীঙ্গাক্ থুংএ। খোঙ্ চোৎপ সাদোং ফংএ। সিনুং কৃৎপ লায়বৈ। সিনুং শীকৃপ মচা পোক্কে। মক লুক্‌পদি পূক্লিং থুংদে। য়েৎলোম্ পৈবদি মথক্কি অহল্ লৈফদে। ওয়বোম্ পৈবদি মতূ খল্লি।

## ৪. ময়ি কাব :

ময়ি কাবগি ব্রাদি খূৎনাউবিদগি খুদোম্বি ফাওব ময়ি কাবদি চহী ১০০ পুন্সি। খূৎযায ফাওব কাবদি চহী ৮৫ পুন্সি। খূৎনিংথৌ ফাওব কাবদি চহী ৩০ পুন্সি

খূৎযায়দ চুম্ন কাবদি মচীন্গ মহৈগ মান্নে। খূৎনিংথৌদ কাবদি মহৈ লৈতে মচীন্ন হৈএ, মমিং ফাওই, লাইবু নীংই, সূনিংদে। ফৈকক্ কক্পদি মীবৈবাক চৎলি। লাই মকপ্নে। পাম্বোম্দ মযি কাবদি হৈ-সিংই, মীবৈবাক্কি ব্রা খঙ্ই।

### ৫. ফিথুপ্ লৈব :

ফিথুপ্ লৈবগি ব্রাদি খুজেংদ ফিথুপ্ মবি লৈবদি মী তিল্লি, মচীন্ থুম্ই, মৈতাল্ অবাবগুম্ই, হক্মল্লি। ফিথুপ্ অহুম্ লৈবদি যাযমনে। ফিথুপ্ অনীদি মতু যামই। ফিথুপ্ অমদি মুনিনে, মী তুমই, যুম্দ ফৈএ।

### ৬. ফৌদি লৈব :

ফৌদি লৈবগি ব্রাদি খূবীগি তাংদ ফৌদি লৈবদি চাক্কি লন্গি মপুনি। খুদোম্বিদ লৈবদি মহৈগি লাইবেম্বিনে। খূৎযায়দ লৈবদি পাঙ্গল কল্লি। খূৎনিংথৌদ লৈবদি লৈম ফংজেএ, মচীন্ঙৈ নংই। খূৎনাওবিদ লৈবদি মীগি ব্রা ইন্দে। খূৎসা মঙামক্ত লৈববদি ঙাও-ফৈএ, হক্মল্লে। চুম্ন লৈববদি ফৈ, পৈন লৈববদি ফৎতে।

### ৭. হক্চাং চোংবগি ব্রা :

হক্চাং চোংবগি ব্রাদি কোক্ চোংবদি নিংথৌন, অঙম্বন ঈকাইখুম্নৈ, ফিবোন্ ফংএ। কোক্ যেৎথংব নাকন্দ চোংবদি নুংঙাইব ফংএ। ওযথংব কোক্ চোংবদি ফৈ। লাইবক্ চোংবদি লন্ থুম্ ফংই। মীৎ যেৎ চোংবদি সেল্ ফংই, মকপ্ মপাং উনৈ। মীৎ ওয় চোংবদি লন্ মাঙ্ই, নিংথৌগি অকিব ফংই, খৎন চৈনৈ। মীৎ যেৎকি মীৎখা চোংলবদি অব্রাব ফংই। মীৎ ওযদি মীৎথক্ চোংলবদি ফৈ। মীৎ অপূম্ব চোংবদি নুংঙাইবন তিল্লি। মীৎলু চোংবসুং নুংঙাইবন তিল্লি। নাতোন্ চোংবদি সি, অসিবগ মান্নে। যেৎ থংব নাতোন্ নাক্চি চোংবদি নুংঙাইবন তিল্লি। মীৎলু চোংবসুং নুংঙাইবন তিল্লি। নাতোন্ চোংবদি সি, অসিবগ মান্নে। যেৎথংব নাতোন্ নাক্চি চোংবদি হক্চাং নাই। ওযথংব নাতোন্ নাক্চি চোংবদি অসিবগি পাউ তায়। চীন্বান্ মথক্ চোংবদি যাম্ন চাব ফংই। চীন্বান্ মখা চোংবদি ঈখঙ্ খঙ্হৌদন নাই। লৈ চোংবদি যাম্ন চাব ফংই। ঙৌ চোংবদি যাম্ন হেন চাব ফংই, খৎনৈ।

নাকোং যেৎ চোংবদি সাগৈ, ঙাই ফংই, নুপি ফংই। নাকোং ওয চোংবদি কোক্ নাই। নাকোং অনীমক্ চোংবদি সেল্ ফংই, পোল্লি। যেৎথংব লেংবান্ চোংবদি সনা

ফংই। ওয়থংব লেংবান্ চোংবদি খব লাক্‌ই। লেংবান্ অনীমক্ চোংবদি কোক্ কায়। লৱাই লুতোন্ চোংবদি ফি-বোন্ ফংই। অপেন্‌বন তিল্লি। য়েৎথংব পাম্বোম্ চোংবদি পাঙ্গল্ যাম্ল কল্লি। ওয়থংব পাম্বোম্ চোংবদি খৎনৈ। য়েৎথংব খোঙ্ চোংবদি অবাম্লদ চৎলি। ওয়থংব খোঙ্ চোংবদি খৎনৈ। পূক্ চোংবদি মচা পোক্‌ই। খূৎতোন্ চোংবদি অখাব পোৎ চায়। খ্বাঙ্ চোংবদি ঈতোন্ ফায়, পূক্ য়েক্‌ই। লৱাই লেম্‌ফু চোংবদি নিংথৌগি খোঙ্‌দ চৎলি। সিনুং চোংবদি চীক্ খোৎতুন নাই। থবাক্ চোংবদি হক্‌চাং পূম্নমক্ত নাই। নংগল্ চোংবদি থিল্লি, লেংই। খোয চোংবদি ফত্তব ফংই। সৌজ খোঙ্ চোংবদি কোক্ কায়। খৌবি চোংবদি নিংথম্ চন্ন খোঙ্ হাম্‌ই। খোম্ চোংবদি সেল্ ফংই। সম্ চোংবদি সম্ কেল্লি। নীংদু চোংবদি হক্‌চাং নাই। কোক্তগি খোঙ্ ফাওব হক্‌চাং তংখায যেৎলোম্ চোংবদি অফব ওই। ওয়বোম্ চোংবদি অৱাব ফংই।

## ৮. হক্‌চাংদ চুম্ তাবদি অফ ফত্ত :

হক্‌চাংদ চুম্ তাবগি অফ ফত্তদি নিপাগি হক্‌চাংগি য়েৎত চুম্ তাবদি ফৎতে, ওয়দ তাবদি ফৈ, ওইজ ওইথক্ ফংই। নুপীগি হক্‌চাংগি য়েৎত চুম্ তাবদি ফৎতে, য়েৎত তাবদি ফৈ, ওইজ ওইথক্ ফংই। চুম্ন কোক্ত তাবদি নুংঙাই যাইফব ফংই। কোক্ত তাবগ কাখৎপ অৱাব ফংই। খজাই, চাযকংদ তাবদি লন্-থুম্ ফংই। নাকোংদ তাবদি ফিসেৎ লৈতেং ফংই। মীৎ অনীদ তাবদি মকপ্ ফংই। নাতোন্দ তাবদি মনম্ নুংসিব নম্ব ফংই। চীন্দ তাবদি অথুম্ অহাও চাব ফংই। খৌবিদ তাবদি লন্-থুম্ ফংই। খোম্‌দ তাবদি লাইবক্ ফব ওই। থবাক্ত তাবদি নুংঙাইব ফংই। নংগন্দ তাবদি লৌবি যূম্ফম্ ফংই। নাক্ অনীদ তাবদি মকপ্ উন্নব ফংই। খ্বাঙ্‌দ তাবদি ফিবোল্ ফংই। সৌজদ তাবদি সি। খুক্‌উদ তাবদি সাদোং ফংই। ফৈবোম্‌দ তাবদি লন্ মাঙ্‌ই। খোঙ্‌দ তাবদি নুংঙাইব ফংই, কোযচৎ চৎলি। খূৎ অনীদ তাবদি নুংঙাইব ফংই। পাম্বোম্‌দ তাবদি মপু ওইব ফংই। পাম্বোম্ মকদ তাবদি সেল্ ফংই। মায লোংখৎলিঙৈদ চুম্ কাখৎলক্‌পদি ফৈ। মায় লূক্‌থবিঙৈদ চুম্ তাবদি অফব ওই। অহিংদ চুম্ তাবদি অনা অযেক্ নংই। অহিংদ চুম্ন কাখৎলক্‌পদি অসিব নংই। অহিংগিদি ইফৎ ফৎতে।

## ৯. হাক্‌থি খন্‌বগি অফ-ফত্ত :

হাক্‌থি খন্‌বগি অফ-ফৎতদি নোংপোক্ত খল্লগ পূক্লিং নুংসিব নংই। মৈবম্‌দ খল্লগ অকন্‌ব পাউ তায। মখাবোম্‌দ খল্লগ পোৎ-চৈ ফংই। কৌব্রু লাইহিজদ খল্লগ

মবী মতা কায়নৈ। মোইবাং লাইজিদ খল্লগ লন্-থুম্ ফংই। অৱাংদ খল্লগ য়াম্ন অফব ওই। চীংখৈদ খল্লগ নাববদি ৱায় নীংবদি থুংই। নোংচুপ্ত খল্লবদি ফত্তব লৈতে।

## ১০. সম্বু লৈব :

সম্বু লৈবগি ৱা হায়গে। খুজিন্ ফিথুপ্ত সম্বু লৈববদি নিংথৌগ তিন্নৈএ। মখান তেন্বদি অয়ে অপুন্ নংই। মথক্ত তেন্বদি লাই য়াম্দে, পীজ পীথক্ হৈএ, ৱা চুম্ই। খুৎনম্দ সম্বু লৈবদি লান্ কায়এ। খুনম্ অনীমক্ত সম্বু লৈবদি লান্ চিংই। অহুম্ লৈববদি তোম্চৎলে। মবি লৈবদি সা ফায়এ। মগাদি মী হাৎলে, নিংথৌ অবেৎন সক্ খঙ্ই, মযাম্দি লৈবাক্ মচিনে। খজাই য়েৎত-সম্বু লৈবদি নিংথৌন চাল্লি। থমোযদ সম্বু লৈবদি মপূক্ সূপ্ই, মী সেম্গল্লি। খৌবিদ সম্বু লৈবদি মকপ্ মঙাই যাম্ই, নুপী মকপনে। খুবোম্ য়েৎত সম্বু লৈবদি চীঙ্গাক্ হাউই, সামু তোংই। ওযদি দোলাই তোংই। অনীমক্ত লৈবদি সাদ সিএ। নাকোং য়েৎত সম্বু লৈবদি নাইন্নে, সনা চিল্লি। ওযদি লুপা ফিনে। অনীমক্তি মপুনে। লাইবক্ত সম্বু লৈবদি লন্ লৈএ। অনীদি নিংথৌনে। য়েৎতি অঙম্বনে। য়েৎ ওয অনীমক্তি লায়থুং লৈতে। পীসুম্ য়েৎত সম্বু থুংবদি ফৈএ।

মায মচিদ সম্বু অম লৈববদি মান সিদ্রিঙৈগি মনুংদ মতম্ অমদ ইখঙ্ খঙ্হৌদন সেল্ লৈগনি, লৈপাক্কি অচৌ অসাং ঈনাক্ কৈবাক্ খুন্ব মবক্ত তিন্গনি। পিসুম্ য়েৎলোম্দ সম্বু লৈববদি মী অদু নৌন লুহোংই। নিপা ওইবগ মগুণ্ চেন্ব নুপী লৌই। নুপী ওইবগ মগুন্ চেন্ব নিপা ফংজে। লাইবক্কি ওযথংব মচিদ, ওযগি পিসুম্দ সম্বু লৈববদি মী অদু নীংব কায়গল্লি। মান তৌব থবক্ ইখঙ্ খঙ্হৌদন থবক্ মহৈ যান্গন্দে। মীদুগি মীৎচিগি মপান্দ সম্বু লৈববদি মীদু মপূক্লিং ঈংই। ৱাহৈ খোন্ফম্ ফজে। তৌকব থবক্ত মহৈ যান্দ্রিফাওব কন্ন চেৎন হোৎনদুন তৌই। সিবদদি মীসি ফজদে।

সম্বুন খজাইদ, লাইবক্ত লৈববদি মী অদু য়াযমব ওইন পাল্লি। ফনমক্ হোৎনদুনসু ঈনাক্ খুন্ব মী অমদি ওইদে। ফনমক্ সেল্ তিংথোক্লবসু লায়ব অনং তান্ব মী ওইদে। সম্বুন নাতোন্দ লৈববদি মী অদু নীংব থুংগল্লি। চীন্বান্দ সম্বু থুংলবদি অপাম্ নুংসি চাউই, কেথোক্ মৌথোক্ই, নুংসিব পোক্কল্লি। সম্বুন

খৌবিদ লৈববদি য়াম্ন লায়বৈ, নংই। মীখা পোন্ন পান্দুন ব্রায়। সিবম্‌দাইদ ইখঙ্‌ খঙ্‌হৌদন লন্‌ থুম্‌ লৌবি য়ূন্ফম্‌ ফংদুন তুংদ মূৎপ ঙম্‌দন অচৌব থবক্‌ ইন্‌খাং তৌবন্মি।

সমব্রুন খদাঙ্‌দ লৈববদি য়াম্ন লাইবক্‌ ফব ওই, মীন ঈকাইখুম্নে। সমব্রুন থবাক্‌ ঙান্‌ফম্‌ হেক্‌ থংনব খনাউগি মবিল্‌ অকূৎপদ লৈববদি লুহোংবগি য়াম্ন কান্নব, লাইবক্‌ ফব ফংই। সমব্রুন থবাক্‌ য়েৎলোম্‌ থংবদ লৈববদি নোংদম্‌ থীব, কোক্‌প য়াদব, মবম্‌ অমদগি মবল্‌ মথুম্‌, লোইব, তাক্‌ মাঙ্‌ব ওই। মচাসু য়াম্ন পোক্‌ই। সমব্রুন থবাক্কি ওয়বোম্‌দ লৈববদি মান তৌকব থবক্‌ পূম্নমক্‌ মহৈ য়ান্‌বন নম্মি। মচাসু নিপা য়াম্ন পোক্‌ই। সমব্রুন থবাক্‌ ময়ায়দ লৈবগ পূক্নিদু ময়ায় ওইন পাল্লি। মসাসু মযায় ওইন লৈ। সমব্রুন থবাক্ত খোয়গি মখাদ লৈববদি পূক্‌ লেপ্‌তে, তল্লি। পূক্‌চেল্‌ খায়, নুংসি হৈতে, পূক্‌চেল্‌ তয়াং তয়াংই। নুপি ওইববদি মবৌসিং লৈবি ওই। মপুবোইবদ নীংথিবব পূক্‌চেল্‌ খোয়জেল্‌ নুংসিন লুন চান্ন খঞ্জবী ওই।

সমব্রুন থবাক্কি, সক মখাদ লৈববদি অপঙ্‌ব, অতোন্‌ব মী ওই। মাগি মপোক্‌ অদুদ থবক্‌ অমতং তৌবদ য়াম্ন ব্রান তৌই। সমব্রুন পূক্ত লৈববদি পাঙ্‌থোক্‌ চান্মি। হোবেল্‌ মতৌবগে, হয়েং তৌবগে নীংদুন থবক্‌ অমত কোক্‌ তৌব ঙম্‌দে। মাগি কান্নবত যেংই। য়াম্ন চাগল্‌ থক্কল্লি। সেৎ চাবদ সোবোন্‌ সোবাংই। হৌনবী খঙ্‌দে, পঙ্‌সেৎ সেৎলি। সমব্রুন নীংজোন্দ লৈববদি মচা পঙ্‌পোক্‌ পোকন্দে। অম অনীদমক্‌ হিংই। অদুবু হক্‌চাং যাম্ন ফৈ মপূক্‌ তপ্‌ই ঈংই।

সমব্রুন যেৎ থংব ফৈদ লৈববদি সেল্‌ থুম্‌ লৈ। নুপি থিবদগি সেল্‌ যাম্ন ফংগল্লি। সমব্রুন য়েৎ থংব খুবোম্‌দ লৈববদি নিপান নুপি ফজব ফংই। সমব্রুন ওয থংব ফৈদ লৈববদি লাযবৈ। মকপ্‌ মপাং লৈতে। যূম্‌লোন্নবগ যেংথিনৈ। লম্‌চৎ কাযকবদগি মীন ওৎপি। সমব্রুন ওয থংব খুবোম্‌দ লৈববদি মপূক্‌ মবিল্‌ খায়, নুংসি হৈতে, ব্রাখল্‌ লৈতে, থবক্‌ ইন্‌খাং তৌব থুংই। নুংঙাইবিঙেদ মপূক্‌ ফৈ। ব্রাহৈ খোন্‌ফম্‌ ফজব ঙাক্ত উহল্লি। হুৎ লৈথোক্‌পদ থোক্‌প তৌই। সমব্রুন খোঙ্‌দ লৈববদি পোথি পোবম্‌ উগন্দে, অপঙ্‌ব ওই, থবক্‌ তৌব যাম্‌গল্লি।

সমব্রুন খূমীৎত লৈববদি নিপা ওইবণ নুপিগুম্ন পূক্‌চেল্‌ খোযজেল তৌই, অমোম্‌ ওই। সেৎ চাব ফজব পাম্‌ই। নুপি ওইবগ থবক্‌ ইনখাং যাম্ন সূ-নোম্‌ই,

অফব নুপিনি, মচা মৱাগি মথৌ নীংথিন তৌই। নিপাগি খূজিন্দ লৈগুম্ন চোংথোবক্তুন মপাল্ সাংলবদি অৱাব ঈকাইব নংই। নুপিগি খূজিন্দ লৈববদি, লৈ অদু ভৌববদি নুপি অদু ওক্তবী মনীং তম্বি ওই।

**১১. থৱায়মি ফম :**

থৱায়মি ফম্বগি ৱাদি থাওম্নোংদি লাইন নোংপোক্ত, থৱাযন খুযাদ, মিন খুদোন্দ। ২ দি লাইন খাদ, থৱায়ন খুনম্দ, মিন ফৈবাক্ত। ৩ নি লাইন নোংচুপ্ত, থৱায়ন খোয়দ, মিন খূৎ ওয়দ। ৪ নি লাইন অৱাংদ, থৱায়ন পান্বোম্দ, মিন খ্বাঙ্দ। ৫ নি লাইন নোংথৌদ, থৱায়ন নম্গন্দ মিন চীন্বান্দ। ৬ নিদি লাইন নোংপোক্ত, থৱাযন নীংদুদ, মিন খূৎ য়েৎত। ৭ নিদি লাইন খাদ, থৱায়ন য়াদ, মিন লিনফূদ। ৮ নিদি লাইন নোংচুপ্ত, থৱায়ন ফৈবাক্ত, মিন নীংগোংদ। ৯ নিদি লাইন অৱাংদ, থৱাযন লেংবান্দ, মিন নীংদুদ। ১০ নিদি লাইন নোংথৌদ, থৱায়ন পূক্ত, মিন নীংখাদ। ১১ নিদি লাইন নোংপোক্ত, থৱায়ন কোক্ত, মিন নাকন্দ। ১২ দি লাইন খাদ থৱায়ন পাদ, মিন কোক্ত। ১৩ দি লাইন নোংচুপ্ত, থৱায়ন খদাঙ্দ, মিন খৌবিদ। ১৪ দি লাইন অৱাংদ, থৱায়ন নম্গন্দ, মিন পূক্ মনুংদ। ১৫ দি লাইন নোংথৌদ থৱাযন কোক্ত, মিন হক্ পুম্নমদ।

১৬ নিদি লাইন নোংপোক্ত, থৱাযন খুনম্দ মিন কোক্ত। ১৭ নি লাইন খাদ, থৱাযন হক্ মবক্ত, মিন লিন্ফূদ। ১৮ দি লাইন নোংচুপ্ত, থৱাযন খৌজেংদ, মিন মীৎত। ১৯ দি লাইন অৱাংদ, থৱাযন যাদ, মিন খুজেংদ। ২০ নিদি লাইন নোংথৌদ, থৱাযন লৈতোন্দ, মিন ঙক্সম্দ। ২১ নিদি লাইন নোংপোক্ত, থৱাযন মীৎত, মিন খুদোন্দ। ২২ নিদি লাইন খাদ, থৱায়ন থবাক্ত, মিন ফৈবাক্ত। ২৩ নিদি লাইন নোংচুপ্ত, থৱায়ন থবাক্ত, মিন ফৈবাক্ত। ২৩ নিদি লাইন নোংচুপ্ত, থৱাযন খ্বাঙ্দ, মিন খুনম্দ। ২৪ নিদি লাইন অৱাংদ, থৱায়ন থবাক্ত, মিন খুয়াদ। ২৫ নিদি লাইন নোংথৌদ, থৱাযন খদাঙ্দ, মিন খুনম্দ । ২৬ নিদি লাইন নোংপোক্ত, থৱায়ন খুজেংদ, মিন খুবাক্ত। ২৭ নিদি লাইন খাদ, থৱাযন খুচেপ্ত, মিন নিংদোল্দ ২৮ নিদি লাইন নোংচুপ্ত, থৱাযন নাতোন্দ, মিন সিনুংদ ২৯ নিদি লাইন অৱাংদ, থৱাযন লাইবক্ত, মিন সম্দোন্দ। ৩০ নিদি লাইন নোংথৌদ থৱায়ন নাতোন্দ, মিন মীৎত অসুম্ন লৈএ। ঈ চূপ্প, হীদাক্ থাব, সম্ কোক্প অসি য়েংন তৌও। ❑

# ১০. থাবানগী অফ-ফত্তগি ৱারম্

**১. থাবান্ ৩০ মক্ত তৌগদব অফ-ফত্ত :**

থাবান্ ৩০ মক্ত তৌগদব অফ-ফত্তগি ৱাদি থাগি নোংম পান্বদ ফি হৌগনু। ২ নি পান্বদি নচা নস্ থাজগনু। ৩ নি দি সাচৎ লান্চৎকনু। ৪ নিদি থোং সাগনু। ৫ নিদি সুম্বল্, য়াংকোক্ পায়গনু। ৬ নিদি মখোঙ্ মবি পান্ব লৈগনু। ৭ নিদি ফমদুন লৈয়ু। ৮ নিদি মীবৈবাক্ চৎহৈদে। ৯ নিদি নচা নমৌ থিগনু। ১০ নিদি সমচেৎ হাৎকনু। ১১ নিদি সোয়গি ঈপান্ লোক্প, লূ-লাং সেম্ব য়াদে। ১২ নিদি উ কাগনু। ১৩ নিদি ইংখোল্ সম্বল্ খা-ও, সঙ্গোল্ সা-ও ফৈএ। ১৪ নিদি নিংথৌ লাইন পাইখৎপ নুমিৎনি কিগনু। ১৫ নিদি নচা, নস্ থাজগনু, মপাম্দ হল্লক্তুন সিবৈএ খঙ্ও। ১৬ নিদি ইংখোল্ খা-ও লন্ ফংএ। ১৭ নিদি নচা থাজগনু, যুম্ সীগনু, থোং সাগনু মপু হাৎলে খঙ্ও। ১৮ নিদি লুহোংও মচা মস্ য়াম্ন পোক্এ। ১৯ নিদি ৱামৎ-চৈমৎ পীগনু পীখ্রবদি মপু অদু ওইববসুং মী সিনৈএ খঙও। ২০ নিদি নাই, সল্ লৈয়ু য়াম্ন ফৈএ। ২১ নিদি যুম্ সীগনু, সীববদি মপু অদু তাদুন সিএ। ২২ নিদি ঈথৈ লৌগনু, পূং য়ৈগনু লন্ মাঙ্এ। ২৩ নিদি ঙা অহাউব চাযএ। ২৪ নিদি ফি হৌহৈদে, হৌববদি ফি অদু সিখুমফি ওইনৈএ। ২৫ নিদি লৌ হল্লু ফৌ য়াম্ন থোক্এ। ২৬ নিদি সীংজঙ্গন সীং খায়গনু ফৎতে। ২৭ নিদি সোয নাপ্উ ঙা য়াম্ন চঙ্ই। ২৮ নিদি থাঙ্ সাউ লন্ ফংএ। ২৯ নিদি তৌবিব খৈবিক্ ফৈএ। ৩০ নি পান্বদি লৌ উ ফৌ য়াম্ন থোক্এ।

**২. কেতু লৈখুল্ চঙ্ব :**

কেতুন লৈখুল্ চঙ্বগি ৱাদি সজিফু থাদ ৬, ৭, ২৭ লৈখুল্দ লৈএ। কালেন্ থাদ থা অহন্নোং, ১১, ২২, ২৩ লৈখুল্দ লৈএ। ইঙা থাদ ৮, ৯, ১৪, ২৭,

২৯ লৈখুল্দ লৈএ। ইঙেল্ থা ৬, ৭, ১৮, ১৯, ৩০ লৈখুল্দ লৈএ। থৱান্দ ১০, ১১, ২৩, ২৪ লৈখুল্দ চঙ্‌এ। লাংবন্ থাদ ২, ৩, ১৪, ১৫, ১৬, ১৭ কেতু লৈখুল্ চঙ্‌এ। মেৰা থাদ ৬, ৭, ১৮, ১৯, ৩০ লৈখুল্দ চঙ্‌এ। হিয়াঙ্গৈ থাদ ১০, ১১, চঙ্‌এ। পোয়নুদ ২, ৩ চঙ্‌এ। ৱাক্‌চিংদ ৬, ৭ চঙ্‌এ। লম্‌তা থাদ ২, ৩ চঙ্‌এ। অসুম্ চঙ্‌এ।

(কেতু লৈখুল্ চঙ্‌ব নুমিৎত লৈপাক্ তৌব, উখুল্ তৌব তৌহৈদে)

### ৩. লৈসা লৈবগি ৱারম্ :

লৈসাগি ৱাদি সজিফু ফাইবেল্ ২ মদি ২১ লৈসা লৈএ। কালেন্ থা ১২ লৈসা লৈএ। ইঙা থা ১৭ লৈসা লৈএ। ইঙেল্ থা ১৫ লৈসা লৈএ। থৱান্ থা ১৪ লৈসা লৈএ। লাংবন্ থা ১১ লৈসা লৈএ। মেৰা থা ৯ লৈসা লৈএ। হিয়াঙ্গৈ থা ৭ লৈসা লৈএ। পোয়নু ২৬ লৈসা লৈএ। ৱাক্‌চিং ২ লৈসা লৈএ। ফাইবেল্ ২৬ লৈসা লৈএ। লম্‌তা ২৪ নি লৈসা লৈএ। অসুম্ন সোক্‌এ।

(লৈসা লৈব নুমিৎত মক্ত-মবাং থাব, যাত্রা হুন্‌ব, লৈপাক্ সোক্‌প তৌহৈদে)

### ৪. থাগি মাক্‌মৈ নামুংনব :

থাগি মাক্‌মৈ নামুংনবগি ৱাদি সজিফু থা, ইঙেন্ থা অনীমদি ৬, ২১ নামুংনৈএ। ঈঙা, লাংবন্ অনীমদি ৮, ২৩ সাহৈদে। থৱাল্, লাংবন্ অনীমদি নোংম পান্‌ব ২৫ সাহৈদে। মেৰা, ৱাক্‌চিং অনীমদি ১২, ২৭ সাহৈদে। পোয়নু, লম্‌তা থা অনীমদি ২, ১৭ সাহৈদে। ফাইবেল্, কালেন্ অনীমদি ১৪, ২৯ নামুংনৈএ। যুম্ সাব কবি কবি তৌবদ অসি য়েংন তৌও। থৱান্‌মিচাক্‌তি ১, ৪, ৫, ৬, ৭, ৮, ১০, ১৩, ১৫, ১৭, ১৯, ২২, ২৭ অসিদ ফৈএ।

(নামুংব নুমিৎত লাইগি থৌ তৌব, লম্ চৎপ ফত্তে)

### ৫. লাইচা :

লাইন চাবগি ৱা হায়গে। থা অহন্নোংদ লাইন লাই চায়এ। ২ দি লাইন য়েন্ চায়এ। ৩ নিদি লাইন ঙানু চায়এ। ৪ নিদি লাইন হূই চায়এ। ৫ নিদি লাইন ওক্ চায়এ। ৬ নিদি লাইন সামু চায়এ। ৭ নিদি লাইন ইবোই চায়এ। ৮ নিদি লাইন সগোল্ চাযএ। ৯ নিদি লাইন সামূক্ চায়এ। ১০ নিদি লাইন মী চায়এ। থৌ চৎপ, লাই থৌনিব, নাই লৈব, সল্ লৈব অসি যেংন তৌও।

**৬. থা ১২ গি মাক্মৈ অফ ফত্ত :**

থা ১২ মগি মাক্মৈ অফ ফত্ত সজিফোই, থবান্, পোয়নু থা ৩ মদি ৭ নি, ২২ নি অসিদ য়ূম্, কৈ, থৌ খৈবিক্ তৌহৈদে। কালেন্ লাংবন্ ৱাক্চিং থা ৩ মদি ৮ নি ২৩ নি ফৎতে। ইঙা, মেবা, ফাইবেল্ থা ৩ মদি ৬ নি ২২ নি ফত্তে। ইঙেন্, হিয়াঙ্গৈ, লম্তা থা ৩ মদি ১০ নি, ১৫ নি ফৎতে। থা ১২ মগি হায়বিব মাক্মৈ অসিদ য়ূম্ হৌব, য়ূম্ সীব, থৌ তৌব নাই, সল্, সগোন্ অসি খৈবিক্পু লৈব, লৌব ফৎতে। থবান্মিচাক্ য়াওন ফৎতে।

**৭. মাক্মৈ তিথিগি ৱা :**

মাক্মৈ তিথিগি ৱাদি থা অহন্নোংদি নোংসান লৈপাক্ ঙাক্এ, লাইজি ফৎতে, ফি হৌবদি লৈম নিংথৌন য়েংথিএ, মিপাইব নংএ। ২ নিদি কৈন লৈপাক্ ঙাক্এ, নোংপোক্ ফৎতে, ফি হৌবদি লৈম নিংথৌন চাল্এ। ৩ নিদি ঈসিংন ঙাক্এ, মৈবম্ ফৎতে, ফি হৌবদি অফব খঙ্জেএ। ৪ নিদি লাইবেল্ন ঙাক্এ, খাবম্ ফৎতে, ফি হৌবদি খোঙ্য়ু সৈনাই নংএ। ৫ নিদি কাল্ন ঙাক্এ নোংচুপ্ ফৎতে, ফি হৌবদি সনা লুপা খঙ্জেএ। ৬ নিদি বাহুন ঙাক্এ, মীৎলম্ ফ ৎতে, ফি হৌবদি সিএ। ৭ নিদি লাইবেল্ন ঙাক্এ, অৱাং ফৎতে, ফি হৌবদি থবক্ খঙ্জেএ। ৮ নিদি ঈসিংন ঙাক্এ লাইজি ফৎতে, ফি হৌবদি মীবু লাক্চৈএ। ৯ নিদি কৈন ঙাক্এ, ফি হৌবদি অনাব নংজৈএ। ১০ নিদি নোংসিংন ঙাক্এ লৈম নিংথৌ কাহৈদে, ফি হৌবদি ইবোই খঙ্জেএ।

১১ নিদি সামুন ঙাক্এ, নোংপোক্ ফৎতে। ফি হৌবদি ৱা নীংন লৈএ। ১২ নিদি নোংসান ঙাক্এ, মৈবম্ ফৎতে ,ফি হৌবদি থবক্ খঙ্জেএ। ১৩ নিদি কৈন ঙাক্এ খাবম্ ফৎতে , ফি হৌবদি নুপি খঙ্জেএ। ১৪ নিদি ঈসিংন ঙাক্এ, ফি হৌবদি কবি কবিম খঙ্জেএ। ১৫ নিদি লাইবেল্ন ঙাক্এ, লাইজি ফৎতে , ফি হৌবদি উচিন্ ৱাচিন্ন সোক্প নংএ, সিসুং সিএ। ১৬ নিদি কাল্ন ঙাক্এ মীৎলম্ ফৎত্তে, ফি হৌবদি সিএ। ১৭নিদি বাহুন ঙাক্এ, অৱাং ফৎতে, ফি হৌবদি অনা অযেক্ নংজৈএ। ১৮ নিদি লাইবেল্ন ঙাক্এ, লাইজি ফৎতে , ফি হৌবসুং ফৎতে। ১৯ নিদি ঈসিংন ঙাক্এ, ফি হৌবদি সিএ। ২০ নিদি নোংসিংন ঙাক্এ। ফি হৌবদি মৈন চাক্এ।

২১ নি সামুন ঙাক্‌এ, নোংপোক্ ফৎতে, ফি হৌবদি মীন মুন্‌খিএ। ২২ নিদি কৈন ঙাক্‌এ, মৈবম্ ফৎতে, ফি হৌবদি থবক্ খঙ্‌জৈএ। ২৩ নিদি গকল্‌ন ঙাক্‌এ, খাবম্ ফৎতে, ফি হৌবদি নুপি খঙ্‌জৈএ। ২৪ নিদি কাল্‌ন ঙাক্‌এ, নোংসিৎলম্ ফৎতে, ফি হৌবদি থবক্ খঙ্‌জৈএ,সনা খঙ্‌জৈএ। ২৫ নিদি সামুন ঙাক্‌এ, নোংচুপ্ ফৎতে,ফি হৌবদি ফৈএ। ২৬ নিদি কাল্‌ন ঙাক্‌এ, মীৎলম্ ফৎতে, ফি হৌবদি মীন য়েক্‌নৈএ। ২৭ নিদি বাহুন ঙাক্‌এ, অবাং ফৎতে, ফি হৌবদি ব্রা নীংন লৈএ। ২৮ নিদি লাইবেল্‌ন ঙাক্‌এ, লাইজি ফৎতে, ফি হৌবদি মীন চাল্‌এ। ২৯ নিদি ঈসিংন ঙাক্‌এ, নোংপোক্ ফৎতে, ফি হৌবদি অয়ৈ অপুন্ নংএ। ৩০ নিদি নোংসিৎন ঙাক্‌এ, মৈবম্ ফৎতে, ফি হৌবদি সিএ খঙ্‌ও।

### ৮. নামুংব থাবান্ :

পোয়নু লীতেল্, লমতা, ঙা থা ২ মদ ১৭ নি নামুংএ। ফাইবেল্ ঈসিংপুল্, কালেন্ তন্‌ব ২ মদ ১৪, ২৯ নামুংনৈএ। সজিফোয় হামেঙ্ ইঙেন্ ব্রায়খু থা ২ মদি ৬ নি, ২১ নি নামুংনৈএ। থব্রান্ নোংসা, হিয়াঙ্গৈ তীল্লাইখোম্বী ২মদি ১, ২, ৫ নি নামুংনৈএ। মেবা পাবোৎচাং, ব্রাক্‌চিং চীংলাই ২ মদি ১২, ২২ নি নামুংনৈএ। ইঙা সাফু, লাংবন্ নুবা ২ মদি ২, ২৩ নি নামুংনৈএ। মচা মমৌ থিজবসুং লৈব খৈবিক্ তৌবসুং ফৎতে।

### ৯. অঙাং চাক্ ইন্‌ব ফব মাক্‌মৈ :

অঙাং চাক্ ইন্‌ব ফবগি মাক্‌মৈদি ২, ৩, ৭, ৮, ১৩, ১৭, ১৮, ২০, ২২, ২৩, ২৫, ২৮ অসিদ অঙাং চাক্ ইন্‌বদি অফব ফংজৈএ। লৈপাক্‌পোক্‌প, থাঙ্‌জ নুমিৎ অনীমদি অঙাং চাক্ ইন্‌ব ফৎতে।

### ১০. লাইন লৈপাক্ সঙ্‌ব :

লাইন লৈপাক্ সঙ্‌বগি ব্রাদি থা অহন্নোংদি কৈন সঙ্‌এ লায়বৈএ। ২ দি লাইবেম্মন সঙ্‌এ ফৈএ। ৩ দি সল্‌ন সঙ্‌এ ফৈএ। ৪ দি সামুন সঙ্‌এ সিএ। ৫ দি কোবোল্‌ন সঙ্‌এ ফৈএ। ৬ তি লায়বৈএ। ৭ তি সগোল্‌ন সঙ্‌এ ফৎতে। ৮ নিদি লাইগি নিংথৌন সঙ্‌এ তাক্ মাঙ্‌এ। ৯ নিদি হিংচবন সঙ্‌এ মী সিএ। ১০ দি পামোল্‌গি লাইন সঙ্‌এ ফৈএ। ১১ নিদি লাইগি নিংথৌন সঙ্‌এ ফৈএ। ১২ দি হূইন সঙ্‌এ লায়বৈএ। ১৩ দি পামোল্‌গি লাইন সঙ্‌এ ফৈএ। ১৪ দি লাইবেম্মন

সঙ্এ ফৈএ। ১৫ দি কোবোল্ন সঙ্এ ফৈএ। ১৬ লাইবেম্মন সঙ্এ ফৈএ ফৎতে। ১৭ তি কৈন সঙ্এ লায়বৈএ। ১৮ দি হিংচাবিন সঙ্এ। ১৯ দি লাই অপোইবন সঙ্এ ফৎতে। ২০ দি সামুন সঙ্এ ফৎতে। ২১ নিদি কোবোল্ন সঙ্এ ফৈএ। ২২ নিদি সামুগি লাইন সঙ্এ ফৎতে। ২৩ নিদি ফৈএ। ২৪ নিদি পামোল্গি লাইন সঙ্এ ফৈএ। ২৫ নিদি লম্লক্নি লাইন সঙ্এ ফৎতে।

**১১. খুল্লক্ লাইজাউন লৈবগি ৱা :**

খুল্লক্ লাইজাউন লৈবগি ৱাদি নোং ১, ১১, ২১ ইহম্দ লৈএ, যুম্ হৌহৈদে, অপোক্প নিব ফত্তে। ২, ১২, ২২ খুল্লক্ত লৈএ, অঙাং পুন খুল্লক্ চৎহৈদে। ৩, ১৩, ২৩ কাঙ্খদ লৈএ, ফম্ সেম্হৈদে। ৪, ১৪, ২৪ ফুংগাদ লৈএ, ফুংগা সেম্হৈদে। ৫, ১৫, ২৫ ইংখোল্দ লৈএ, অঙাং পুন ইংখোল্ চঙ্হৈদে। ৬, ১৬, ২৬ খৃৎত লৈএ ফি হৌহৈদে। ৭, ১৭, ২৭ ঈসিংদ লৈএ, অঙাং ঈসিং কুম্হৈদে, লাই কৌখৎহৈদে। ৯, ১৯, ২৯ লৌদ লৈএ, লৌ পীহৈদে, লৌতাব তৌহৈদে। ১০, ২০, ৩০ লম্জাউদ লৈএ, পাম্ য়ান্ব, সা তান্ব তৌহৈদে।

**১২. যোগিনিন চোংবগি ৱারম্ :**

যোগিনিন চোংবগি ৱাদি নোংমসুং, ৯, ১৬, ২৪ নোংপোক্ত ফম্এ। ৩, ১৮, ২৬, ২৮ খাদ ফম্এ। ৪, ১২, ১৫, ২৭ নোংপোক্ত ফম্এ। ৬, ১৪, ২১, ২৯ নোংচুপ্ত ফম্এ। ৭, ২২ লীক্লম্দ ফম্এ। ২, ১০, ১৫, ২৫ অৱাংদ ফম্এ। ৮, ২৩, ৩০ লাইজিদ ফম্এ।

**১৩. পাউ হংবগি ৱা :**

পাউ হংবগি ৱাদি থৱান্মিচাক্ ময়ীৎ অনীম তাঙ্বদি ৪, ৮, ১২, ১৬. ২০, ২৩, ২৭ মীৎ যেৎ নাবদি ৫, ৯, ১৩, ১৭, ২১, ২৪। পাংম তাঙ্বদি ৬, ১০, ১৪, ১৮, ২২, ২৫। ময়ীৎ তাঙ্দবদি ৭, ১১, ১৫, ১৯, ২৬। অনীম তাঙ্বদ মাঙ্বদি পোৎ থুন খঙ্এ। মীৎ য়েৎ নাবদি পোৎ মাঙ্বদি থীল্ন খঙ্এ। পাংম তাঙ্বদ মাঙ্বদি লম্লক্ত লৈএ, থিব হৈববদি খঙ্এ। ময়ীৎ তাঙ্দবদ মাঙ্বদি খঙ্লবোইএ, অসিনে। ❑

# ১১. নোং চুবগী ব্রারোল্

### ১. নোং চুদন ঈসিং চাউবগি ব্রা :

নোং চুদন ঈসিং চাউবগি ব্রাদি নোং চুদন ঈসিং চাউবদি লৈপাক্ ফৈএ। ঈগ সল্গোম্গ য়ান্নবদি লৈবাক্ ব্রায়এ, ফৎতে। লপ্কাংগ ঈশিংগ যান্নবদি লৈপাক্ মপূক্ তপ্এ।

### ২. নোং চুবগি ব্রা :

নোং চুবগি ব্রাদি পোযনু ব্রাক্চিং অনীমদ সংক্রান্তিদ নোং চুব ফৈএ। ফাইবেন্, লম্তা, সজিবু, কালেন্ থা মবিমদ সংক্রান্তি নোং চুব ফৈএ। থব্রান্ থা, লাংবন্ থা, থা অনীমদ সংক্রান্তি নোং চুবদি ফৎতে।

### ৩. নোং চুবগি ব্রায়েন্ :

নোং চুবগি ব্রায়েন্দি পোয়নু, ব্রাক্চিং ,ফাইবেন্, লমতা, সজিবু, কালেন্, ঈঙা, ইঙেন্ থাসিং অসিগি সংক্রান্তি হৌবদ চুব নোংদি জিব য়োক্ই। থব্রান্, ল্যাংবন্, মেবা, হিযাঙ্গৈ থা মবিসিগি অহৌবদ নোং চুববদি হূনে। লম্তা থাগি ৫ নি পান্বদ নোংচূপ্, নোংপোক্ত নোং, নুংসিৎ অনী লোয়নদুন নোং চুববদি অমৃতনে। ঈঙা থাগি ৫ নি পান্বদ নোংচূপ্তগি, নোংপোক্তগি সীৎপ চুবদি কুম্ কাংই। ইঙেন্ থাগি ৫ নি পান্বদ খা লাইজিদগি অব্রাং তম্ন সীৎপ, চুবদি নোংচূপ্ চাক্ তাঙই। যূম্সকৈস, ঈবাইদ কুম্ তম্বদি কুম্ ফৈ। খেন্দ ওইববসুং অতৈদি ফত্তে।

### ৪. কুম্ তম্বগি অফ ফৎত :

কুম্ তম্বগি অফ ফৎতদি সজিফোই থাদ হৌএ, লংমাইজিংগ ঈবাইগ তম্এ। সজিফোই থাদ হৌএ, সগোল্সেন্গ থাঙ্জগ তম্এ। সজিফোই থাদ হৌএ,

সগোলসেন্‌গ লৈপাক্‌পোক্‌পগ তম্‌এ। সজিফোই থাদ হৌএ, যূম্‌সকৈসগ নিংথৌকাবগ তম্‌এ। সজিফোই থাদ হৌএ, লৈপাক্‌পোক্‌পগ নিংথৌকাবগ তম্‌এ। সজিফোইদ হৌএ, নিংথৌকাবগ থাঙ্‌জগ তম্‌এ। লংমাইজিংগ ঈবাইগ তম্‌ব কুম্‌দি কালেন্‌ নাইএ। থাঙ্‌জগ সগোল্‌সেন্‌গ তম্‌ব কুম্‌দি নোং কাংএ। যূম্‌সকৈসগ ঈবাইগ তম্‌ব কুম্‌দি ফৈএ। সগোল্‌সেন্‌গ লৈপাক্‌পোক্‌পগ তম্‌ব কুম্‌দি কুম্‌জিন্‌ ফৎতে, কুম্‌মৈ ফৈএ। যূম্‌সকৈসগ নিংথৌকাবগ তম্‌ব কুমদি কুম্‌জিন্‌ থৌএ, কুম্‌য়ায় কাংএ। অয়ুক্‌ চুব হৈনৈএ। লৈপাক্‌পোক্‌পগ লাংমাইজিংগ তম্‌ব কুম্‌দি নোং কাংএ। নিংথৌকাবগ থাঙ্‌জগ তম্‌ব কুম্‌দি কুম্‌জিন্‌ কুম্‌মৈ ফৎতে। ❑

# ১২. থৱান্মিচাক্কি ৱারোল্

**১. থৱান্মিচাক্ অচঙ্ অথোক্কি ৱারম্ :**

থৱান্মিচাক্ অচঙ্ অথোক্কি ৱাদি থা অহন্নোংদি খব চঙ্ খব থোক্এ। ২, ৩, থোক্এ। ৪ খব চঙ্ খব থোক্এ। ৫, ৬, চঙ্এ। ৭ নি খব চঙ্ খব থোক্এ। ৮, ৯ থোক্এ। ১০ খব চঙ্ খব থোক্এ। ১১, ১২ চঙ্এ। ১৩ খব চঙ্ খব থোক্এ। ১৪, ১৫ চঙ্এ। ১৬ খব চঙ্ খব থোক্এ। ১৭, ১৮ খব চঙ্ খব থোক্এ। ১৯ খব চঙ্ খব থোক্এ। ২০, ২১ চঙ্এ। ২২ খব চঙ্এ খব থোক্এ। ২৩, ২৪ থোক্এ। ২৫ খব চঙ্ খব থোক্এ। ২৬, ২৭ চঙ্এ। ২৮, ২৯, ৩০ থোক্এ।

**২. থৱান্মিচাক্ মচা লেশ্বগি ৱারম্ :**

থৱান্মিচাক্ মচা লেশ্বগি ৱাদি লংমাইজিংন ৬, নিংথৌকাব ২, লৈপাক্পোক্পন ৫, য়ুম্সকৈসন ১, সাগোল্সেন্ ৪, ঈবাই লৈতে, থাঙ্জন ৩। থৱান্মিচাক্তি ২৭ মদগি হৌবনে। খোংজোম্নুবিবু লাইবেল্ন কোন্বনে। অদুদ নাববসুং ৱাকোংলবসুং চাবোক্পসুং অদুন সোক্লবদি ফৎতে।

থৱান্মিচাক্ মচা লেশ্বগি ৱা হায়গে। ১ লেশ্বদি মফৈ তেক্পগি খেল্নে ফমন নীংব পাঙ্এ। ২ লেশ্বদ পোক্পদি মমীৎ তাঙ্বগি খেল্নে। ৩ লেশ্বদ পোক্পদি ৱা সবিব হাযব হৈএ, চীন্থি খুবাল্বসুং হৈএ, অসি অনা কাউএ, পূক্চেল্দি মৈনে, মচুদি উনা অপূংবগুম্এ, লম্চৎতি কৈনে। ৪ লেশ্বদ পোক্পদি অহাউ অথুম্ চাবগি খেল্নে। মচুদি সেল্ অপান্বগুম্এ, পূক্চেন্দি লিন্নে, লম্চৎসুং

লিন্নে, মনম্দি সন্গোম্এ। ৫ লেম্বদ পোক্পদি অনম্ কন্এ। মচুদি চংনিংনে, পূক্চেন্দি থাঙ্ অথৌবগুম্এ, লম্চৎতি তীল্লাইখোম্বিনে, মনম্দি সামুনে, অপঙ্বগি খেন্নে। ৬ লেম্বদ পোক্পদি খুল্ অমগি লৈ ওইএ। মচুদি লীক্কোল্নে, পূক্চেন্দি মোইথাপ্নে, লম্চৎতি নোংসানে, মনম্দি থম্বাল্ মনম্নে। ৭ লেম্বদ পোক্পদি নিংথৌগি খেন্নে। মচুদি হেবা তম্ফানে, পূক্চেন্দি নূংনে, লম্চৎতি কোবোল্নে, মনম্দি লফুথবোগি ঈসিংনে।

### ৩. থবানমিচাক্ ফত্তব :

লংমাইজিং নুমিৎ থবান্মিচাক্ ফৎতবদি ১, ১১ পান্বদি তৌবিব খৈবিক্ ফৎতে। নিংথৌকাবন ৮, ৯, পান্বদি ফৎতে। লৈপাক্পোক্পন ১, ৭, পান্বদি ফৎতে। য়ুম্সকৈসন ৬, ১৩ পান্বদি ফৎতে। সগোল্সেন্দি ১৯, ২৭ পান্বদি ফৎতে। ঈবাইদ ৪, ১৫ পান্বদি ফৎতে। থাঙ্জন ২২, ২৭ পান্ব ফৎতে।

### ৪. থবানমিচাক্কি বাবম্ :

থবান্মিচাক্কি বা হায়গে। অসিনি ১, মৃগসিবা ৫, আদ্রা ৬, পুষ্যা ৮, হস্ত ১৩, চিত্রা ১৮, স্বাতি ১৫, অনুবাধা ১৭, মুলা ১৯, বোহিনি ৪, ১০ অসিদি য়ুম্ সাব ফৈএ। ১, ৪, ৫, ৭, ৮, ১২, ১৩, ১৪, ১৫, ১৭, ১৯, ২২, ২৩, ২৪, ২৫ অসিদ ফৈএ। ২২, ২৩, ২৪, ২৭ অসিদ উদি য়ুংও পবৈদি লৈগনো।

### ৫. থবানমিচাক্ ফত্তব :

থবান্মিচাক্ ফত্তবদি লংমাইজিং নুমিৎত ১, ১১ পান্বদি তৌবিব খৈবিক্ ফৎতে। নিংথৌকাব নুমিৎত ৮, ৯ পান্বদি লৈব খৈবিক্ ফৎতে। লৈপাক্পোক্প নুমিৎত ১, ১৭ পান্বদি লৈব খৈবিক্ ফৎতে। য়ুম্সকৈস নুমিৎত ৬, ১৩ পান্বদি ফৎতে। সগোল্সেন্ নুমিৎত ১৯, ২৭ পান্বদি ফৎতে। ঈবাই নুমিৎত ৪, ১৫ পান্ব ফৎতে। থাঙ্জ নুমিৎত ফৎতবদি ২২, ২৭ অসিদি ফৎতে।

### ৬. থবানমিচাক্ অফব :

থবান্মিচাক্ অফব হায়গে । অসিনি, মৃগসিবা, পুষ্যা, হষ্টা, চিত্রা, স্বাতি, অনুবাধা, মুলা, বোহিনি তবাম অসিদি য়ূম্ সাব ফৈএ।

### ৭. থৱান্‌মিচাক্ সাগৈ ও থোক্ন খায়দোক্পগি ৱা :

থৱান্‌মিচাক্ সাগৈ ও থোক্ন খাযদোক্পগি ৱা হায়গে। ১, ৫, ৭, ৮, ১১, ১৫, ১৭, ২২, ২৭ অসিদি লাইনে। ২, ৪, ৬, ১১, ১২ অসিদি মীনে। ৩, ৯, ১০, ১৪, ১৬, ১৮, ১৯, ২৩, ২৪ অসিদি হিংচাবনে। থৱান্‌মিচাক্ ২৭ মবু সাগৈ অহুম্ ওইন খায়দোক্পগি অফ ফৎতবদি ১, ৫, ৭, ৮, ১৩, ১৫, লাইনে। ৭, ২২, ২৭., ২, ৪, ৬, ১১, ১২, মীনে। ৩, ৯, ১৪, ১৬, ১৭, ১৮, ১৯, ২০, ২১, ২৪, ২৫ হিংচাবনে। নুপিসু নিপাসু লাই মসেল্ ওইব ফৈএ। মী মসেন্ ওইবব ফৈএ। হিংচাব মসেল্ ওইববসুং ফৈএ। নিপান লাই ওইবগ নুপি মী ওইববদি ফৈএ। নিপান মী ওইবগ নুপিন লাই ওইববদি ফৎতে। নিপাদি হিংচাব ওইবগ নুপিন মী ওইববদি ফৈএ। নিপান মী ওইবগ নুপিন হিংচাব ওইববদি ফৎতে। নিপান মী ওইবগ নুপিন হিংচাব ওইববদি ফৎতে। নিপান হিংচাব ওইববদি নুপিন লাই ওইববদি ফৈএ। নুপিন হিংচাব ওইবগ নিপান লাই ওইববদি ফৎতে।

### ৮. থৱান্‌মিচাক্‌পু ও থোক্ন খায়বগি ৱা :

থৱান্‌মিচাক্‌পু অহুম্ থোক্ন খায়বগি ৱাদি মীগি সাগৈ থিনব হায়গে। ১, ১৪ সগোল্‌গি সাগৈনে। ২, ২৭ সামুগি সাগৈনে। ৩, ৮, হামেঙ্গি সাগৈনে। ৪, ৫, লিন্‌গি সাগৈনে। ১৯ হূইনে। ১, ১১ উচিগি সাগৈনে। ৭, ৯, হৌদোংনে। ১২, ২১, ২৬ সল্‌নে। ১৩, ১৫, ইবোইনে। ১৪, ১৭ সানে। ১৬, ১৮ কৈনে। ২০, ২২ যোংনে। ২৩, ২৫ নোংসানে। অপচিৎ হংকোক্‌কি সাগৈনে। মীগি সাগৈ খন্নবদি অসিবু য়েংন খল্‌ও। থৱান্‌মিচাক্‌পু ১৪ ওইন খাযবগি ৱাদি অসিনে।

### ৯. থৱান্‌মিচাক্ ২৭ ত পোৎ মাঙ্‌বগি ৱা :

থৱান্‌মিচাক্ কুম্ভবেৎন পান্‌ব নুমিৎত পোৎ মাঙ্‌বদি থৱান্‌মিচাক্ ১ ওইব মতম্‌গী নুমিৎত পোৎ মাঙ্‌লবদি মখা পাংখি থীন্ন ফংই। থৱান্‌মিচাক্ ২ গী মতম্‌গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ থাপ্ন চৎখ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্ ৩ গী মতম্‌গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ অৱাং পাংখ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্ ৪ গী মতম্ ওইব নুমিৎত মাঙ্‌লগ য়াম্ন থুন ফংই। থৱান্‌মিচাক্ ৫ গী মতম্‌গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ মখা পাংখি থীন্ন ফংই। থৱান্‌মিচাক্ ৬ মতম্‌গী নুমিৎত মাঙ্‌খ্রবদি অৱাং পাংখ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্

৭ কি নুমিৎত মাঙ্‌লবদি তাব ফাওব ফংদে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ৮ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ য়াম্ন থুন ফংই। থৱান্‌মিচাক্‌ ৯ গী মতম্‌গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ মখা পাংখি ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ১০ দ মাঙ্‌লগ অৱাং পাংখ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ১১ দ মাঙ্‌লগ অৱাং পাংখ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ১২ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ য়াম্ন থুন ফংগনি। থৱান্‌মিচাক্‌ ১৩ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ মখা পাংখি থীন্ন ফংগনি। থৱান্‌মিচাক্‌ ১৪ গী নুমিৎত পোৎ মাঙ্‌লগ অবাপ্পদ চৎখ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ১৫ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ অৱাং পাংখি ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ১৬ কি নুমিৎত মাঙ্‌লগ থুন ফংগনি। থৱান্‌মিচাক্‌ ১৭ দি নুমিৎত মাঙ্‌লগ মখা পাংখি থীন্ন ফংগনি। থৱান্‌মিচাক্‌ ১৮ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ অবাপ্পদ চৎখ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক ১৯ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ অৱাং পাংখি ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ২০ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ নোংপোক্‌ পাংখি থুন ফংগনি। থৱান্‌মিচাক্‌ ২১ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ মখা পাংখি থীন্ন ফংগনি। থৱান্‌মিচাক্‌ ২২ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ অৱাং পাংখি ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ২৩ গী নুমিৎত মাঙ্‌লগ থুন ফংগনি। থৱান্‌মিচাক্‌ ২৪ গী নুমিৎত মাঙ্‌বদি মখা পাংখি থীন্ন ফংগনি। থৱান্‌মিচাক্‌ ২৫ গী নুমিৎত মাঙ্‌লবদি লাপ্‌থোক্‌খ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ২৬ কি নুমিৎত মাঙ্‌লবদি অৱাং পাংখ্রে ফংলবোই। থৱান্‌মিচাক্‌ ২৭ কি নুমিৎত মাঙ্‌লবদি নোংপোক্‌ পাংখি থুন ফংগনি। ❑

# ১৩. নুমিৎকি ৱারম্

**১. নুমিৎ, থৱান্মিচাক্, ৱোকোল্‌ন অমত ওইবগি ৱারোল্ :**

নুমিৎনে, থৱান্মিচাক্‌নে, বোকোল্‌নে অহুম্মন লম্লোই অমত ওইবগি ৱাদি তন্ব নুবা, চীংলাই ৩ মনে। নুমিৎতি লৈপাক্পোক্পনে, যুম্‌সকৈসনে মাপল্‌ম লম্লোই অমতনে, নোংচূপ্‌লমদ চৎপ ফৈএ। বেবতি, মুলা, ধনিষ্ঠ ২৩, বোকোল্‌দি তন্ব, নুবা, নোংসা অহুম্মনে। নুমিৎতি থাঙ্‌জ, নিংথৌকাব ৮ ম লম্লোই অমতনে, খাবম্ চৎপ ফৈএ। অশ্বিনি ১, পুনর্ব্বসু ৭, পুষ্যা ৮ অহুম্মনে বোকোল্‌দি নোংসা, ঈশিং পুন্, হামেঙ্ অহুম্মনে। নুমিৎতি যুম্‌সকৈস, লংমাইজিং মখোয় অসি লম্লোই অমতনে। নোংলম্ চৎপ ফৈএ। চিথেক্ মবিমদ চৎপগি ৱাদি অসিনে।

**২. নুমিৎক থাগ য়েক্লব :**

নুমিৎক থাগ য়েক্লবদি ইঙা থাগ লাংবন্ থাগ অনীম লংমাইজিংগ য়েক্‌নৈএ। মেবা থাগ পোযনু থাগ অনীম নিংথৌকাবগ য়েক্‌নৈএ। সজিফোয থাগ ইঙেন্ থাগ অনীম লৈপাক্পোক্পগ য়েক্‌নৈএ। কালেন্ থাগ থৱান্ থাগ অনীম যূম্‌সকৈসন য়েক্‌নৈএ। লম্‌তা থাগ সগোল্‌সেন্‌গ য়েক্‌নৈএ। ফাইবেন্ থাগ ঈবাইগ য়েক্‌নৈএ। হিয়াঙ্গৈ থাগ ৱাক্‌চিং থাগ অনীম থাঙ্‌জ নুমিৎক য়েক্লেএ। থাগ য়েক্লবদ চাবোক্প ফৎতে, নাব নোংসাংএ।

**৩. নুমিৎ লোয়নব :**

নুমিৎ লোয়নবগি ৱাদি লংমাইজিং নুমিৎক যূম্‌সকৈসগ লোয়নৈএ। নিংথৌকাবগ সাগোল্‌সেন্‌গ লোয়নৈএ। লৈপাক্পোক্পগ ঈবাইগ লোযনৈএ।

য়ুম্‌সকৈসগ থাঙ্‌জগ লোয়নৈএ। সগোল্‌সেন্‌গ লংমাইজিংগ লোয়নৈএ। ঈবাইগ নিংথৌকাবগ লোয়নৈএ। থাঙ্‌জগ লৈপাক্‌পোক্‌পগ লোয়নৈএ।

**৪. নুমিৎন য়েক্রুব :**

নুমিৎন য়েক্রুবদি লংমাইজিংগ লৈপাক্‌পোক্‌পগ য়েক্লৈএ। নিংথৌকাবগ য়ুম্‌সকৈসগ ঈবাইগ য়েক্লৈএ। সগোল্‌সেন্‌গ থাঙ্‌জগ য়েক্লৈএ। ঈবাইগ লংমাইজিংগ য়েক্লৈএ। থাঙ্‌জগ নিংথৌকাবগ য়েক্লৈএ।

**৫. থা অমদ নুমিৎ মঙা থোক্‌পগি ৱা :**

থা অমদ নুমিৎ মঙা থোক্‌পগি ৱাদি লংমাইজিং নুমিৎন মঙা থোক্লবদি চাক্ লাম্‌এ, কাল্ মখোঙ্ তেক্‌এ। নিংথৌকাব মঙা থোক্লবদি নুপি হোঙ্‌এ, চাক্‌সুং লাম্‌এ। লৈপাক্‌পোক্‌প মঙা থোক্লবদি কৈগ লান্‌গ তাউএ, খুৎসু খুৎলাই চিংথোক্‌এ। য়ুম্‌সকৈস মঙা থোক্লবদি খুল্ নাই নুংঙাইএ, সগোল্‌সেন্ মঙা থোক্লবদি নোংচুপ্ লম্‌দগি সাপাউ লান্‌পাউ তায়এ। ঈবাই মঙা থোক্লবদি খুল্ নাই নুংঙাইএ, চাক্ চায়এ। থাঙ্‌জ মঙা থোক্লবদি লাইগি সেক্‌পিল্ মখোঙ্ তেক্‌এ।

**৬. নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক য়েক্রুব, লোয়নব :**

নুমিৎক থৱান্‌মিচাক্‌ক য়েক্রুব লোয়নব ৱাদি য়ুম্ হৌবসুং, চাবোক্‌পসুং, লুহোংবসুং, থৌ চৎপসুং, য়েক্রুবদি লৈব খৈবিক্ ফৎতে। য়েক্রুবদি লংমাইজিংগ ১০, ১১, নিংথৌকাবগ ২, ৮, লৈপাক্‌পোক্‌পগ ১, ১৭, য়ুম্‌সকৈসগ ৬, ১৩, সগোল্‌সেন্‌গ ১৯, ২৭, ঈবাইগ ৪, ১৫, থাঙ্‌জগ ২২, ২৭ ফৎতে।

লোয়নবদি লংমাইজিংগ ১৩, নিংথৌকাবগ ২২, লৈপাক্‌পোক্‌পগ ২৭, য়ুম্‌সকৈসগ ১৭, সগোল্‌সেন্‌গ ৮, ঈবাইগ ১, থাঙ্‌জগ ৪ লোযনব অসিদ লৈব খৈবিক্ ফৈএ।

**৭. নুমিৎ নাবগি ৱা :**

নুমিৎ নাবগি ৱাদি সজিফোই থা, থৱান্ থা, পোযনু থা, থা অহুম্মদি নুমিৎন নোংপোক্‌ত লৈএ। কালেন্ থা, লাংবন্ থা, ৱাক্‌চিং থা, থা অহুম্মদি নুমিৎন খাদ লৈএ। ইঙা থা, মেরা থা, ফাইরেন্ থা, থা অহুম্মদি নুমিৎন নোংচুপ্‌ত লৈএ। ইঙেন্ থা, হিযাঙ্গৈ থা, লম্‌তা থা, থা অহুম্মদি নুমিৎন অৱাংদ লৈএ। ওযলম্ লৈববসুং তুংলম্ লৈববসুং ফৈএ। য়েৎলম্ লৈববসুং মাঙ্‌লম্ লৈববসুং ফৎতে

চৎকনো। নুমিৎসুং থাসুং মফম্ মফম্ মসেল্ তিন্নবদি ফৈএ। ময়াষ মানে খঙ্ও। লম্বী লম্সাং কাইবদি ফৎতে লৈপাক্ তাক্এ।

## ৮. চয়োল্গি নুমিৎ তবেৎত থাগি মাক্মৈ তৎনব :

চয়োন্ অমগি নুমিৎ তবেৎনিদ থাগি মাক্মৈ তৎনবদি নোংমাইজিং নুমিৎত ১২ নি পান্ব, ১২ নি কোন্ব থোক্লবব, নিংথৌকাব নুমিৎত ১১ নি পান্ব, ১১ নি কোন্ব থোক্লবব, লৈপাক্পোক্প নুমিৎত ১০ নি পান্ব, ১০ নি কোন্ব থোক্লবব, যুম্সকৈস নুমিৎত ৩ নি পান্ব, ৩ নি কোন্ব থোক্লবব, সগোল্সেন্ নুমিৎত ৬ নি পান্ব, ৬ নি কোন্ব থোক্লবব, ঈবাই নুমিৎত ২ নি পান্ব, ২ নি কোন্ব থোক্লবব, থাঙ্জ নুমিৎত ৭ নি পান্ব, ৭ নি কোন্ব থোক্লবব নুমিৎ অদু তৎনব কৌএ।

(নুমিৎ তৎনব থোক্পদ লুহোংবদি লুখা-পাখ্রা ওই। যাত্রা খোঙ্সাল্লবদি অফব লৈতে, সি। মক্ত মবাং হুল্লগ হৌদে। পাম্বি থাবগ মহৈ চাদে। ললোন্ ঈতিক্ তৌবগ সেল্লেপ্ ফাওব মৃৎলি, মাঙ্ তাক্ই। মহৈ তম্ব হৌবগ মুর্খ ওই)

## ৯. নুমিৎন লৈব খঙ্নব :

নুমিৎন লৈব খঙ্নবদি সজিবু, থৱান্, পোযনু থা অহুম্মদি নুমিৎন নোংপোক্ত লৈ। কালেন্, লাংবন্, ৱাক্চিং থা অহুম্মদি নুমিৎন মখাবম্দ লৈ। ঈঙা, মেবা, ফাইবেন্ থা অহুম্মদি নুমিৎন মখাদসু নোংচুপ্তসু লৈ। নুমিৎসু, থাসু তৃং ওইনন লৈববদি ফৈ। নুমিৎ, থা অনীমক্ মফম্ অমতদ লৈববদি ময়ায় ওইন ফৈ। থৌ চৎপ, হৈজিং পুব, লুহোংব অমসুং মচা পোক্পগি মায়ওন্সুং ফৈ।

## ১০. নুপিন রিতু হান্ন লৈবগি ৱা :

নুপিন থাগি বিতু হান্ন লৈবগি ৱাদি লংমাইজিং নুমিৎ লৈবদি লুখ্রা ওইএ। নিংথৌকাব নুমিৎত লৈবদি সতিনে। লৈপাক্পোক্প লৈবদি বেসানে। যুম্সকৈস নুমিৎত লৈবদি মচানুপি য়াম্এ। সগোল্সেন্ নুমিৎত লৈবদি চাক্ লন্ মপু ওইএ। ঈবাই নুমিৎত লৈবদি মচানিপা পোক্এ। থাঙ্জ নুমিৎত লৈবদি মোম্চল্নবিনে।

কালেন্ থাদ লৈবদি ফৎতে। ইঙা থাদ লৈবদি চঙ্খোল্ন ফৈএ। ইঙেন্ থাদ লৈবদি পুঙ্গিদে। থৱান্ থাদ লৈবদি মৱাগ চান্নৈএ। হিযাঙ্গৈ থাদ লৈবদি লাইবু নীংব মীনে। পোযনু থাদ লৈবদি মৱা পুঙ্গিদে। ৱাক্চিং থাদ লৈবদি কঞ্জাউগল্এ।

ফাইবেল্ থাদ লৈবদি মচা য়াম্ন পোক্এ। লম্তা থাদ লৈবদি পাইজেএ। সজিফূ থাদ লৈবদি মচান চাল্এ।

**১১. পোৎ মাঙ্বগি রা :**

পোৎ মাঙ্বগি রাদি নোংমাইজিং, ঈবাই, মাঙ্বদি নোংচুপ্লোম্দ লৈ, থীল্ন ফংগনি। লৈপাক্পোক্প, য়ূম্সকৈস মাঙ্বদি অরাব পাউ তাগনি, ফংব রায়। নিংথৌকাব, থাঙ্জদ মাঙ্বদি নোংপোক্ত লৈ ফংব রায়। সগোল্সেন্দ মাঙ্বদি মখাদ লৈ থুন ফংগনি।

**১২. অথক্ অখংগি রারম্ :**

অথক্ অখংগি রাদি সজিফূ থাদ ৫, ৬, ১৮, ১০ অখংব, ২ অথক্প। কালেন্ থা অহন্নোং ২, ৬ অথক্প, ৩, ১৫, ২৭ অখংব। ইঙা থা ৯, ২১ অথক্প ১০, ২২ অখংব। ইঙেন্ থা ৪, ১৬, অথক্প ৫, ১৭, ২৯ অখংব। থরান্ থা ১১, ২৩ অথক্প, ১২, ২৪ অখংব। লাংবন্ থা ৬, ১৮, ২৯ অথক্প, ৩, ৭, ১৯ অখংব। মেরা থা নোংম, ১৩, ২৫ অথক্প, ২, ১৪, ২৬ অখংব। হিয়াঙ্গৈ ৮, ২০ অথক্প ৯, ২১ অখংব। পোয়নু ৩, ৫, ২৭ নি অথক্প, ৩০ অখংব। রাক্চিং থা ১০, ২২ অথক্প, ১১, ২৩ অখংব। লম্তা থা অহন্নোং, ১৩, ২৫ অথক্প, ২, ২৪, ২৬ অখংব। লাই থৌনিব, অনাবদ খংখিব ফংতে।

**১৩. রাহুন চোংবগি রারম্ :**

বাহুন চোংবগি রাবমদি লংমাইজিং নুমিৎত নোংচুপ্ত পূং ৪, অরাংদ পূং ৪, মীৎলম্দ পূং ৪, নোংপোক্ত পূং ৪, নোংসিৎলম্দ পূং ৪, খাবম্দ পূং ৪, লাইজিবম্দ পূং ৪।

নিংথৌকাব নুমিৎত মৈবম্দ পূং ৪, অরাংদ পূং ৪, মীৎলম্দ পূং ৪, নোংপোক্ত পূং ৪, নোংসিৎলম্দ পূং ৪, খাদ পূং ৪, লাইজিদ পূং ৪, নোংচুপ্ত পূং ৪।

লৈপাক্পোক্প নুমিৎত অরাংদ পূং ৪, মীৎলম্দ পূং ৪, নোংপোক্ত পূং ৪, নোংসিৎলম্দ পূং ৪, খাদ পূং ৪, লাইজিদ পূং ৪, নোংচুপ্ত পূং ৪, মীৎলম্দ পূং ৪।

য়ূম্সকৈস নুমিৎত নোংসিৎলম্দ পূং ৪, খাদ পূং ৪, লাইজিদ পূং ৪, নোংচুপ্ত পূং ৪, মৈবম্দ পূং ৪, অরাংদ পূং ৪, নোংপোক্ত পূং ৪।

সগোল্‌সেন্‌ নুমিৎত খাদ পূং ৪, লাইজিদ পূং ৪ নোংচূপত পূং ৪, মৈবম্‌দ পূং ৪, অব্রাংদ পূং ৪, মীৎলম্‌দ পূং ৪, নোংপোক্ত পূং ৪, নোংসিৎলম্‌দ পূং ৪।

ঈবাই নুমিৎত মীৎলম্‌দ পূং ৪, নোংপোক্ত, পূং ৪, নোংসিৎলম্‌দ পূং ৪, খাদ পূং ৪, লাইজিদ পূং ৪, নোংচূপ্‌ত পূং ৪, মৈবম্‌দ পূং ৪, অব্রাংদ পূং ৪।

থাঙ্‌জ নুমিৎত লাইজিদ পূং ৪, নোংচূপ্‌ত পূং ৪, মৈবম্‌দ পূং ৪, অব্রাংদ পূং ৪, মীৎলম্‌দ পূং ৪, নোংপোক্ত পূং ৪, নোংসিৎলম্‌দ পূং ৪, খাদ পূং ৪।

**১৪. কাল্‌লিজোক্‌ন চোংব :**

কাল্‌লিজোক্‌ন চোংবগি ব্রাদি লংমাইজিংন লীক্‌লম্‌দ লৈএ। নিংথৌকাবন নোংপোক্ত লৈএ। লৈপাক্‌পোকপন নোংসিৎলম্‌ লৈএ। যূম্‌সকৈসন অব্রাংদ লৈএ। সগোল্‌সেন্‌ন খাদ লৈএ। ঈবাইন নোংচূপ্‌ত লৈএ। থাঙ্‌জন মৈবম্‌দ লৈএ।

**১৫. তাকনিন চোংব :**

তাক নিন চোংবগি ব্রাদি লংমাইজিংন নোংপোক্ত পূং ৪, নিংথৌকাবন মৈবম্‌দ খোঙ্‌কাপ্‌ ৪ ফম্‌এ। লৈপাক্‌পোক্‌পন লীক্‌লম্‌দ খোঙ্‌কাপ্‌ ৪ ফম্‌এ। যূম্‌সকৈসন নোংচূপ্‌ত খোঙ্‌কাপ্‌ ৪ ফম্‌এ। সগোল্‌সেন্‌ন খাদ খোঙ্‌কাপ্‌ ৪ ফম্‌এ। ঈবাইন নোংসিৎলম্‌দ খোঙ্‌কাপ্‌ ৪ ফম্‌এ। থাঙ্‌জন লাইজিদ খোঙ্‌কাপ্‌ ৪ ফম্‌এ।

**১৬. কাল্‌চক্র লৈব :**

কাল্‌চক্র লৈবগি ব্রাদি লংমাইজিং নুমিৎত অব্রাংদ কাল্‌ লৈএ। নিংথৌকাব নুমিৎত নোংসিৎলম্‌দ কাল্‌ লৈএ। লৈপাক্‌পোক্‌পদ নোংচূপ্‌ত কাল্‌ লৈএ অসিনে।

**১৭. অমৃত যুগ:**

অমৃত ওইবগি ব্রাদি লংমাইজিং নুমিৎ থা হন্‌বদি ৬, ২৩ অমৃত যুগ ওইএ। নিংথৌকাবগি ৩, ১৮ লৈপাক্‌পোক্‌পগি ৭, ২২, যূম্‌সকৈসগি ২, ১৭ সগোল্‌সেন্‌গি ৪, ১৯ ঈবাইগি ১, ১৬ থাঙ্‌জগি ৫, ২০, হল্লবদ থিও। মাক্‌মৈ অসিদ অমৃত যুগ ওইএ। থৌ থৈবিক্‌ তৌব পাঙ্‌এ।

**১৮. যাত্রা তৌহৈদব নুমিৎ :**

থা থাগী যাত্রা তৌহৈদব নুমিৎতি সজিবু থাদি লৈপাক্‌পোক্‌প যাত্রা তৌব ফত্তে। কালেন্‌ থাদি নিংথৌকাব নুমিৎ যাত্রা তৌব ফত্তে। ইঙা থাদি নোংমাইজিং

নুমিৎ যাত্রা তৌব ফত্তে। ইঙেন্ থাদি থাঙ্জ নুমিৎত যাত্রা তৌব ফত্তে। থবান্ থাদি ঈবাই নুমিৎ যাত্রা তৌব ফত্তে। লাংবন্ থাদি সগোল্সেন্ নুমিৎ যাত্রা তৌব ফত্তে। মেবা থাদি যূমসকৈস নুমিৎ যাত্রা তৌব ফত্তে। হিয়াঙ্গৈ থাদি লৈপাক্পোক্প নুমিৎ যাত্রা তৌব ফত্তে। পোয়নু থাদি নিংথৌকাব নুমিৎ যাত্রা তৌব ফত্তে। ফাইবেন্ থাদি সগোল্সেন্ নুমিৎ যাত্রা তৌব ফত্তে। লম্তা থাদি ঈবাই নুমিৎ যাত্রা তৌহৈদে। ❑

# ১৪. থবিয়ৃম্ সাবগী ব্রারম্

**১. থবিয়ৃম্ সাবগি অক কন্ত :**

থবিয়ৃম্ সাবগি ব্রাদি লংমাইজিং সাবদি নোং চুইএ, চাক্ হোঙ্এ, নিং সাব ফৈএ, লৈ সাবদি নোং ব্রাৎএ, য়ুম্ সাব নোংজু ফৈএ। মায়কৈ মবিমগি নিংথৌ মপূক্ তপ্এ। ইনিংথৌগিদমক্ লৈবাক্ অমন লৈম অম পুবক্এ। ঈবাই সাবদি অঙম্ব ইনাক্ খুল্এ। থাঙ্জ সাবদি নোং কাংএ। সা লান্দি লৈতে।

**২. চয়োল্ নুমিৎ তরেৎমদ থবিয়ৃম্ সাবগি ব্রা :**

নুমিৎ ৭ মদ থবিয়ৃম্ সাবগি ব্রাদি লংমাইজিং নুমিৎত থবিয়ৃম্ সাবদি লৈপাক্ তাক্এ। নিংথৌকাব সাবদি মীবৈবাক্তগি লৈম অম লাক্এ। লৈপাক্পোক্প সাবদি মৈ কল্এ। য়ুম্সকৈস সাবদি লৈপাক্ ব্রা থোক্এ, সা ওই লান্ওইনৈএ, লৈপাক্ মাঙ্এ। সগোল্সেন্ নুমিৎ সাবদি লৈপাক্কি অঙম্ববু য়েক্লেএ, মীবৈবাক্তগি লৈম অম লাক্এ। ঈবাইদ সাবদি নিংথৌগি ফম্বি ঙাক্চববদি হী ওই যাই ওইব মখোঙ্ মবি পান্ব অম থুংলৈএ। থাঙ্জ সাবদি সা লান্ লৈতে, লৈপাক্ মপূক্ তপ্এ, নোংজু ফৈএ। নুমিৎ থোক্লকপদ সাবদি নুপি মবী সোক্এ। মৈসুং কল্এ, নুমিৎ য়ুংবদ সাবদি সনা সঙ্গাইগি মপু মাঙ্এ।

**৩. থাদ থবিয়ৃম্ সাবগি ব্রা :**

থাদ থবিয়ৃম্ সাবগি ব্রাদি লংমাইজিং নুমিৎত থাদ থবিয়ৃম্ সাবদি নোংজু ফৈএ, মাযকৈ মবিম থুংন চাক্ চায়এ। নিংথৌকাব সাবদি নোং চুইএ। লৈপাক্পোক্প সাবদি নোং ব্রাৎএ, কুবেক্ অমত্ন ঙায়এ। য়ূম্সকৈস সাবদি নোংজু ফৈএ, মাযকৈ মবিম নিংথৌ পান্ব মপূক্ তপ্এ, অচা অথক্ ব্রাৎতে। সগোল্সেন্ সাবদি নিংথৌগিদমক্ লৈবাক্ অমদগি লৈম অম পুবক্এ। ঈবাই সাবদি লৈপাক্কি অয়াম্ব ইনাক্ খুল্এ। থাঙ্জ সাবদি নোং কাংএ। ❑

# ১৫. থাগী বারম্

## ১. থাদি থাকপ্ :

থাগি থাকপ্তি থাদি বাক্চীং, লম্তা ফাইবেল্ সজিফোয থা, ইংলেল্থা, থবান্ থা, থা তকক্মদি লম্চৎ অমতনে। লংমাইজিং নুমিৎত অতিংঙা ২, অথুম্ব ৬, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ১০, নুমিৎ চূপ্লে। অতিংঙা ২, মেহন্দ্রি ২, অথিন্ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৮, অথিন্ব ৮, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৬ নোংসোয়বে।

নিংথৌকাব নুমিৎত অথুম্ব ৪, অথিন্ব ৭, অতিংঙা ৮, অথিন্ব ৬, অথুম্ব ৮, নুমিৎ চূপ্লে। মেহন্দ্রি ২, অথুম্ব ৮, অথিন্ব ৬, অথুম্ব ৮ নোংসোয়বে।

লৈপাক্পোক্প নুমিৎত অথুম্ব ৮, অতিংঙা ৪, অথুম্ব ৬, অথিন্ব ৪, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৪ নুমিৎ চূপ্লে। অথিন্ব ৮ অতিংঙা ২, অথুম্ব ৬, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৪ নোংসোযবে।

যুম্সকৈস নুমিৎত অথিন্ব ৪, অথুম্ব ৪ অথিন্ব ৬, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৪, মেহন্দ্রি ২, অথুম্ব ৬ নুমিৎ চূপ্লে। অতিংঙা ২, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ৪, অথিন্ব ৪, অতিংঙা ৪, অথুম্ব ১২ নোংসোযবে।

সগোল্সেন্ নুমিৎত অথুম্ব ৬, অতিংঙা ৬, অথিন্ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৬, অথিন্ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ২ নুমিৎ চূপ্লে। অথিন্ব ৪, মেহন্দ্রি ৪, অতিংঙা, অথিন্ব ৬, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ৪, অথিন্ব ৬, অথুম্ব ২ নোংসোযবে।

ঈবাই নুমিৎত অতিংঙা ৪, অথুম্ব ১২ অথিন্ব ৮, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ৪ নুমিৎ চূপ্লে। অথিন্ব ৪, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ৪, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ৬, অথুম্ব ৮, মেহন্দ্রি ২ নোংসোয়বে।

থাঙ্জ নুমিৎত অতিংঙা ৪, অথিন্ব ৪, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ৪, অথুম্ব ৮, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৬, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৬, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৬, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৬, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৬ নোংসোয়বে।

লৈহৌ লাংবল্ থানে, মেবা থানে, হিয়াঙ্গৈ থানে, পোয়নু থানে, থা ৪ মদি লম্চৎ অমতনে। লংমাইজিং নুমিৎত অথুম্ব ৬, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ১০, অতিংঙা ২, মেহন্দ্রি ২, অতিংঙা ৪ নুমিৎ চুপ্লে। অতিংঙা ২, অথিন্ব ২, অথুম্ব ৬, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ১০, অতিংঙা ২, অথুম্ব ২ নোংসোয়বে।

নিংথৌকাব নুমিৎত অথুম্ব ৪, অথিন্ব ৪, অথুম্ব ৬, অথিন্ব ১৮ নুমিৎ চুপ্লে। অথিন্ব ৬, অথুম্ব ৮, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ২, অথিন্ব ৮ নোংসোয়বে।

লৈপাক্পোক্পা নুমিৎত অথুম্ব ২, অথিন্ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৮, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ২, অতিংঙা ৪ নুমিৎ চুপ্লে। অথুম্ব ৪, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ৪, মেহন্দ্রি ২, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ৪, অথিন্ব ৪ নোংসোয়বে।

য়ুম্সকৈস নুমিৎত অতিংঙা ৮, অথিন্ব ৪, অথুম্ব ৮, অথিন্ব ৪, অতিংঙা ৪, অথিন্ব ৪, নুমিৎ চুপ্লে। অতিংঙা ৮, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৪, অথিন্ব ৪ নোংসোয়বে।

সগোল্সেন্ নুমিৎত অথুম্ব ২, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৬, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ৪, অথিন্ব ৮, অতিংঙা ৪ নুমিৎ চুপ্লে। অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৪, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ২, অথুম্ব ১৪ নোংসোযবে।

ঈবাই নুমিৎ অতিংঙা ২, অথুম্ব ১০, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথিন্ব ৬ নুমিৎ চুপ্লে। অথুম্ব ৪, অথিন্ব ৪, অতিংঙা ৪, মেহন্দ্রি ২, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ৬, অথুম্ব ৬ নোংসোয়বে।

থাঙ্জ নুমিৎত মেহন্দ্রি ২, অতিংঙা ৬, অথুম্ব ৮, অথিন্ব ৮, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ৪ চুপ্লে। অথিন্ব ১২, অথুম্ব ২, অতিংঙা ৬, অথিন্ব ২, অথুম্ব ২, অথিন্ব ৮, নোংসোয়বে।

কালেন্ থানে, ঈঙা থানে থা অনীমদি লম্‌চৎ অমতনে। লংমাইজিং নুমিৎত অথুম্ব ৪, অথিন্‌ব ৪, অথুম্ব ৮, অথিন্‌ব ৮, অথুম্ব ৭ নুমিৎ চূপ্‌লে। অতিংঙা ৪, মেহন্দ্রি ২, অতিংঙা ৪, অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ৬, অথিন্‌ব ৪ ন নোংসোয়বে।

নিংথৌকাব নুমিৎত অথিন্‌ব ৮, অথুম্ব ৩, অতিংঙা ২, অথিন্‌ব ৪, অথুম্ব ৪, অথিন্‌ব ৪, অথুম্ব ৪ নুমিৎ চূপ্‌লে। অথুম্ব ৮, অথুম্ব ৮, অথুম্ব ৮, অতিংঙা ৪, অথুম্ব ৪ নোংসোয়বে।

লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৬, অথিন্‌ব ৬, মেহন্দ্রি ২, অথুম্ব ৬ নুমিৎ চূপ্‌লে। অথিন্‌ব ৮, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ৪, অথিন্‌ব ৪, অথুম্ব ৬ নোংসোযবে।

যুম্‌সকৈশ নুমিৎত অথুম্ব ৬, অতিংঙা ২, মেহন্দ্রি ২, অথুম্ব ৬, অথিন্‌ব ৪, অথুম্ব ২, অতিংঙা ৬ নুমিৎ চূপ্‌লে। অথিনব ৪, অথুম্ব ৬, অথিনব ৮, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ৮ নোংসোয়বে।

সগোল্‌সেন্ নুমিৎত অথুম্ব ২, অতিংঙা ৪, অথিন্‌ব ৪, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ৪, অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ৪, নুমিৎ চূপ্‌লে। অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ৪, অথিন্‌ব ৬, অতিংঙা ৫, অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ৪, অথুম্ব ৪ নোংসোয়বে।

ঈবাই নুমিৎত অতিংঙা ৪ অথুম্ব ১০, অথুম্ব ৮, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৪ নুমিৎ চূপ্‌লে। অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৬, অতিংঙা ৪, অথুম্ব ৮, মেহন্দ্রি ২, অতিংঙা ৫ নোংসোয়বে।

থাঙ্জ নুমিৎত অতিংঙা ৪, অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ৪, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথুম্ব ৪, অতিংঙা ৬, অথুম্ব ৬, অথিন্‌ব ৪ অথুম্ব ৪, অতিংঙা ২, অথিন্‌ব ৪, অতিংঙা ৪ নোংসোযবে।

**২. তৎনবগি ৱারম্ :**

তৎনবগী ৱাদি সজিফু, থৱান, পোযনু থা অহুম্মদি লংমাইজিং, নিংথৌকাব তৎনৈএ। কালেন্, লাংবন্, ৱাক্‌চিং থা অহুম্মদি যূম্‌সকৈস, ঈবাই তৎনৈএ। ইঙা, মেবা, ফাইবেন্ থা অহুম্মদি লৈপাক্‌পোক্‌প, তৎনৈএ। ইঙেন্, হিয়াঙ্গৈ,

*লমতা থা অহুম্মদি সগোল্‌সেন্, থাঙ্জ তৎনৈএ। সজিফু, থব্রান্, পোয়নু থা* অহুম্মদি পূং ১২ হৌখিবদ লংমাইজিং পূং ৪, নিংথৌকাব পূং ৪ তৎনৈএ। কালেন্, লাংবন্, ব্রাক্‌চিং থা অহুম্মদি অয়ুক্কি পূং ৪ য়ুম্‌সকৈস তৎনৈএ। পূং ২০ হৌখিববদ ঈবাইন পূং ৪ তৎনৈএ। ইঙা, মেবা, ফাইবেন্ থা অহুম্মদি অয়ুক্কি পূং নিপাল্ হৌখিববদ লৈপাক্‌পোক্‌পন পূং ৪ দ তৎনৈএ। ইঙেন্, হিয়াঙ্গৈ, লম্‌তা, অহুম্মদি অয়ুক্কি পূং ৪ থাঙ্জন তৎনৈএ। পূং ২৮ হৌখিবদ সাগোল্‌সেন্ তৎনৈএ।

(তৎনব নুমিৎত অফব থবক্ তৌফবোই। লাই অমাংব হায়বদি অপূম্বী সোইবেন্, কাসানচিংব খাইদোক্‌পদদি তৎনব নুমিৎত তৌগনি।)

**৩. থাগ নুমিৎক লোয়নব :**

থাগ নুমিৎক লোয়নবগি ব্রাদি সজিফোয় থা, ইঙেন্ থা মপাতাউনে, লংমাইজিংগ লোয়নৈএ। কালেন্ থাগ থব্রান্ থাগ মপাতাউনে, নিংথৌকাবগ লোয়নৈএ। ইঙা থাগ লাংবন্ থাগ মপাতাউনে, লৈপাক্‌পোক্‌প লোয়নৈএ। মেবা থাগ পোয়নু থাগ অনীম মপাতাউনে, য়ুম্‌সকৈসগ লোয়নৈএ। হিয়াংঙ্গৈ থাগ ব্রাক্‌চিং থাগ অনীম মপাতাউনে, সগোল্‌সেন্‌ন লোয়নৈএ। লম্‌তা থাগ ঈবাই নুমিৎক লোয়নৈএ। ফাইবেন্ থাগ থাঙ্জগ লোয়নৈএ। নুমিৎক লোয়নবদ চাবোক্‌প, য়ুম্ সাব ফৈএ।

**৪. থাগি অথিন্ অথুম্ :**

থাগি অথিন্ অথুম্‌গি ব্রাদি ইঙা, থব্রান্, লাংবন্ থা অহুম্মদি অথুম্বনে। মেবা, পোয়নু, ব্রাক্‌চিং অথিন্‌বনে। সজিফোয়, ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ অতিংঙানে। ফাইবেন্, লম্‌তা, কালেন্ থা অহুম্মদি মহেন্দ্রিনে।

সজিফোযদি মহেন্দ্রি, কালেন্ মৈ, ইঙা লৈপাক্, ইঙেন্ ঈসিং, থব্রান্ মৈ, লাংবন্ নোংসিৎ, মেবা অতিয়ানে, হিয়াঙ্গৈ অথিন্‌বনে, পোযনু নোংসিৎনে, ব্রাক্‌চিং মহেন্দ্রিনে, ফাইবেন্‌দি ঈসিংপুল্‌নে, লম্‌তা চোম্‌নে।

**৫. থা ১২ মবু মী, লাই, হিংচাব খায়বগি ব্রা :**

থা ১২ মবু মী, লাই, হিংচাব খাযবগি ব্রাদি সজিফোযদি মীনে। কালেন্ হিংচাব, ইঙা লাই, ইঙেন্ মী, থব্রান্ হিংচাবনে। ফাইবেন্, লম্‌তা অনীমদি মীনে।

---

**৬. থা লাব অমোম্গি ব্রা :**

থা লাব অমোম্গি ব্রা হায়গে। সজিফোয় অমোম্, কালেন্ লাব, ইঙা লাব, ইঙেন্ অমোম্, থৱান্ লাব, লাংবন্ অমোম্, মেবা লাব, হিয়াঙ্গৈ অমোম্, পোয়নু, ৱাক্চিং অনীমদি লাবনে, ফাইবেন্ লম্তা অনীমদি অমোম্নে।

**৭. থা ১২ মগি ব্রোকোল্ :**

থা ১২ মগি বোকোল্ হায়গে। সজিফোয় হামেঙ্, কালেন্ তন্‌ব, ইঙা সাফু, ইঙেন্ ৱায়খু, থৱান্, নোংসা, লাংবন্ নুবা, মেবা পাবোৎ- চাং, হিয়াঙ্গৈ তীল্লাইখোম্বী, পোয়নু লীতেল্, ৱাক্চিং চীংলাই, ফাইবেন্ ঈসিংপুল্, লম্তা ঙাপবেং অসিনে।

**৮. থাসি থানিল্গি ব্রা :**

থাসি থানিল্গি ৱাদি সজিফোয় থা, থৱান্ থা, পোযনু থা অহুম্মদি নোংচূপ্ থা হল্এ, নোংপোক্ত নিল্এ, চীংখৈদ সিএ। কালেন্, লাংবন্, ৱাক্চিং থা অহুম্মদি মৈবম্দ থা হল্এ, খাদ নিল্এ অৱাংদ থা সিএ। ইঙা থা, মৈবা থা, ফাইবেন্ থা অহুম্মদি নোংপোক্ত থা হল্এ, লীকলম্দ থা নিল্এ নোংচূপ্ত সিএ। ইঙেন্ থা, হিয়াঙ্গৈ থা, লাম্তা তা অহুম্মদি চীংখৈদ থা হল্এ, মৈবম্দ থা নিল্এ অৱাংদ থা সিএ।

**৯. থান সিব মায়কৈ :**

থান সিব মায়কৈগি ৱাদি সজিবু, থৱান্, পোযনু থা অহুম্মদি থান চীংখৈদ সি, মখাদ নিল্লি, নোংপোক্ত থোক্ই। কালেন্, লাংবন্, ৱাক্চিং থা অহুম্মদি থান অৱাংদ সি, নুংসিৎলম্ নিল্লি, মখাদ থোকই। ঈঙা, মেবা, ফাইবেন্ থা অহুম্মদি থান নোংচূপ্ত সি, সম্থোঙ্দ নিল্লি, নুংসিৎলম্ থোক্ই। ইঙেন্, হিযাঙ্গৈ, লম্তা থা অহুম্মদি থান কৌৱুদ সি, নোংপোক্ত নিল্লি, মৈবম্দ থোক্ই।

(থান সিব মায়কৈদ থৌ চৎপ, লুহোংব, হৈজিং পুব, লংফৈ চৎপ, যূম্ হোংব, যাত্রা উ ঈন্‌ব অমসুং সা সল্ পুব খিবিক্ তৌফবোই)

**১০. লৌনদব থা :**

লৌনদব থাদি থৱান, পোয়নু, অমসুং লম্তা থা ৩ অসি লৌনদব থানি। হায়বিব থাসিংসিদ লুহোংব, অথাপ্প চৎপ, যূম্ হৌব অমসুং খূজিন্ খূয়ানচিংব কক্‌ফবোই। ❑

# ১৬. থবক্কি অফ-ফত্ত

### ১. ফুবিৎ য়াৎপ, ফি হৌব :

ফুবিৎ য়াৎপ, ফি হৌবগি ব্রাদি থা অহন্নোংদি লৈম নিংথৌন য়েংথিএ। ২ দি নিংথৌন চাল্এ, কবি কবি পীনৈএ। ৩ দি নিংথৌন চাল্এ। ৪ দি খোঙ্যু সৈনাই নংজৈএ। ৫ নিদি সনা লুপা খঙ্জৈএ। ৬ নিদি সিএ। ৭ নিদি মীগি থবক্ খঙ্জৈএ। ৮ নিদি মীবু ওইনতনৈএ। ৯ নিদি অনা অয়েক্ নংজৈএ। ১০ নিদি সামূক্ ইবোই খঙ্জৈএ। ১১ নিদি ব্রা নীংন লৈএ। ১২ নিদি মীগি থবক্ অফব খঙ্জৈএ। ১৩ নিদি নুপী অফব খঙ্জৈএ। ১৪ নিদি সনা লুপা খঙ্জৈএ। ১৫ নিদি উচিন চীক্এ। ১৬ নিদি সিএ। ১৭ নিদি অনা অয়েক্ নংজৈএ। ১৮ নিদি অকি অখং নংজৈএ। ১৯ নিদি অনা অয়েক্ নংজৈএ। ২০ নিদি মীন চাল্এ। ২১ নিদি মীন মুন্থিএ। ২২ নিদি মীগি থবক্ খঙ্জৈএ। ২৩ নিদি মীগি তুমন্ খঙ্জৈএ। ২৪ নিদি থবক্ খঙ্জৈএ। ২৫ নিদি ফম্ন অফব খঙ্জৈএ। ২৬ নিদি মীন যেক্নৈএ। ২৭ নিদি ফৎতে। ২৮ নিদি মীন ইখোয়বু নোল্লৈএ। ২৯ নিদি অযৈ অপুন্ নংজৈএ। ৩০ নিদি অসি অনা নংজৈএ। লাইন তম্বদি যুম্সকৈস নুমিৎত ফি হৌও। নিংথৌকাব নুমিৎত ফি কক্ও ঈবাই নুমিৎত লাক্লেন্ তাইও। নুমিৎ অফব যেংন সেৎও।

### ২. সিন্সূ সিম্নোঙ্ :

সিন্সূ সিম্নোঙ্গি ব্রাদি থা অহন্নোংদি ইয়োং থাংগুনো, লাইন ঙৌযেক্ সাব নুমিৎনে, লান্ চৎপসুং ফ ৎতে। হৌদোঙ্গি থোঙ্নে, উচি ফাজৈএ। ২ দি অচৌব নুমিৎনে, নচা নসূ থাজগুনো, মমল্ কৎপ লৌগুনো, যূম্ ফোৎকুনো, লাইন

লেংবান্দ তোংব নুমিৎনে, ৱা হায়নবসুং নামুংএ, ইংখোল্ খাগুনো, য়েন্সাং থাগুনো, কৈগি থোঙ্নে, সা ফাজৈএ। ৩ দি মীগি নুমিৎনে, লান্ চৎপ, তেংগোল্ সান, পূং য়ৈন, জগোই সান চৎপদি লন্ থুম্ লোক্এ। ৪ দি থাঙ্দ চাজন্গুনো, থাঙ্ মপু লান্ন হাৎখিএ, কৈগি থোঙ্নে, সল্ ফাজৈএ।

৫ দি য়াইফৈএ, সূম্বল্ য়ান্গুনো, ফৌ সুব মী খৈবিক্ সিএ, লিন্গি থোঙ্নে, হঙোই ফায়এ। ৬ নিদি খ্রাপাল্ য়ৈগুনো, ইংখোল্ খাগুনো, লিন্গি থোঙ্নে হঙোই ফাজৈএ, থৌ চৎপদি ফৈএ। ৭ নিদি অথক্পনে ফৎতে, কৈগি থোঙ্নে সল্ ফাজৈএ, নিংথৌন চৎপদি ফৈএ।

৮ নিদি পাক্খোন্ চৎপ ফৈএ, লুপাক্ য়ুখোম্ হান্ন চৎও, কাক্লেন্গি থোঙ্নে উচি ফাজৈএ। ৯ নিদি চাথি মৌথিগুনো, সল্গি থোঙ্নে, মীন ফাজখিএ। ১০ নিদি সম্চেৎ হাৎকুনো খুবাল্কু সিএ, হৌদোঙ্গি থোঙ্নে উচি ফাজৈএ। ১১ নিদি সোস সেম্গুনো, লান্ লাক্পদি ঙম্জৈএ। ১৩ নিদি ইংখোল্ খা-ও ফৈএ, কৈগি থোঙ্নে সল্ ফংজৈএ। ১৪ নিদি নিংথৌ লাইন পাইববদি ফি হৌহৈদে, লিন্গি থোঙ্নে হংঙোই ফাজৈএ। ১৫ নিদি নুবা নন্গুনো, নচা থাজগুনো, ইংখোল্ খা-ও মী অসিব ময়ুম্গি মীন মচা মসূ কৌববদি হল্লক্লগ সিএ। কাক্লেন্গি থোঙ্নে লিন্ ফাজৈএ। ১৬ নিদি কৈগি থোঙ্নে সল্ ফাজৈএ। ১৭ নিদি নচা থাজগুনো, য়ূম্ ফোৎকুনো, থাঙ্ চা চন্গুনো, লান্ ফানবগ মপু সিএ। সামুগি থোঙ্নে নোংসা ফায়এ।

১৮ নিদি নুওঙ্ব ফৈএ, লান্ চৎপদি ফৎতে। কাক্লেন্গি থোঙ্নে, হঙোই ফাজৈএ। ১৯ নিদি অথুম্ব নুমিৎনে, ৱা খৎনগুনো। য়ূম্ মপুন ঙম্জবৌএ, সিএ। লিন্গি থোঙ্নে হঙোই ফাজৈএ। ২০ নিদি য়েন্খোং তম্ব নুমিৎনে। মীবৈপাক্ লাক্পদি লুপাক্ য়ুখোম্ হান্ন ওক্ও। লৈমসুং সামুসুং খঙ্জৈএ, হূই লৈব ফৈএ। লিন্গি থোঙ্নে হঙোই ফাজৈএ। ২১ নিদি চূং তিংব ফৎতে, চূং মপু কৈন হাৎখিএ।কৈগি থোঙ্নে সল্ ফাজৈএ।

২২ নিদি লৌখোং তৌগুনো। মীন য়ু থক্নগুনো, লাইন য়ু থক্নব নুমিৎনে। হৌদোঙ্গি থোঙ্নে উচি ফাজৈএ। ২৩ নিদি য়ু থক্নগুনো, থাঙ্ তা নন্গুনো। হৌদোঙ্গি থোঙ্নে কৈ ফাজৈএ। ২৪ নিদি ফৌ হূব ফৈএ, কৈগি থোঙ্নে। ২৫

নিদি লৌ উব ফৈএ, কৈগি থোঙ্নে। ২৬ সীংজং য়ান্গুনো, কৈগি থোঙ্নে। ২৭ নিদি ফৈএ, ঙা অচৌব ফায়এ, লান্ চৎপ ফৈ এ, কৈগি থোঙনে। ২৮ নিদি মীবু ঙম্জৈএ। উচিগি থোঙ্নে হৌদোঙ্ ফায়এ। ২৯ নিদি কৈগি থোঙ্নে। ৩০ দি লৌ উব ফৈ এ। কাক্লেন্গি থোঙ্নে লিন্ ফাজৈএ। কবি কবি তৌব অসি য়েংন তৌও।

**৩. ফি অহন্ব সেংপ :**

ফি অহন্ব সেৎপগি ঝাদি থা অহন্নোং, ৪, ৮, ৯, ১০, ১১, ১৬, ১৭, ২১, ২২, ২৬, ৩০ অসি সেৎহৈদে। ২, ৩, ৫, ৭, ১২, ১৩, ১৪, ১৫, ১৮, ১৯, ২০, ২৩, ২৫, ২৭, ২৮, ২৯ অসিদ ফৈএ সেৎও।

নুমিৎতি লংমাইজিং নুমিৎ সেৎপদি মীন মুন্খিএ। নিংথৌকাব সেৎপদি অফব খঙ্জৈএ। লৈপাক্পোক্প সেৎপদি পাৎ নোম্এ। য়ুম্সকৈস সেৎপ্দি হক্চাং মচু থোক্এ। সগোল্সেন্দি লাইবিক্ লাইসু হৈএ। ঈবাইদি মীন য়েক্নৈএ, য়েক্ল বসুং কদৌদে। থাঙ্জদি নুংসিব নংজৈএ। অসি য়েংন ফি সেৎও।

**৪. লাইবিক্ তন্বগি ঝা :**

লাইবিক্ তন্বিনব ঝা হায়গে। ১, ২, ৩, ১৪, ১৫, ১৬, ২১, ২৮ অসিদ তন্বদি পুন্সিদে। লাইবিক্ তন্ব ফব মাক্মৈদি ৫, ১০, ১৭ ২০, ২৫ অসিদ ফৈএ। থঝান্মিচাক্তি ৬, ১২, ২০, ২২, ২৩ অসিনে। নুমিৎতি লংমাইজিং, য়ুম্সকৈস, সগোল্সেন্, ঈবাই অসিদ ফৈএ।

**৫. চউম্বগি ঝা :**

চউম্বগি ঝাদি নুপিন থা ৩, ৫, ৭, নিপান থা ৪, ৬, ৮ দ চউম্গনি। থঝান্মিচক্তি ১, ৪, ১৪, ১৭, ২৫, ২৭ অসিন পান্বদ ফৈ।

**৬. সম্ খূজিন্ কক্পগি অফ ফৎত :**

সম্ খূজিন কক্পগি অফ ফৎতদি নোংমাইজিং নুমিৎত সম খূজিন্ কক্লবদি অঝাব ফংই। নিংথৌকাবদি নুংঙাই। লৈপাক্পোক্পদি সি। য়ুম্সকৈসদি লন্ লৈ, পাঙ্গন্ কন্ব হেল্লি। সগোল্সেন্দি ঈকাইখুম্নব মাঙ্ই। ঈবাইদি পূক্লিং লাঙ্তক্লে অমসুং অঝাব তাই। থাঙ্জদি ফত্তব পূম্নমক্ তিল্লি। মবম্ অসিন ফত্তব নুমিৎসিং অসিদ সম্ খূজিন্ কক্প তৌবোইদবনি।

**৭. কৈ চন্‌বগি ৱা :**

কৈ চন্‌বগি ৱাদি নোংমাইজিং নুমিৎত কৈ চন্‌বদি কৈ অদু লাবনে। ময়াঙ্‌ সাংএ। নোংপোক্‌ মায়কৈ চেক্‌সিল্‌ও। মী অম সোক্‌এ। নিংথৌকাব নুমিৎত কৈ চন্‌বদি লাবনে, ময়াঙ্‌ তেল্লি, মখাবোম্‌ চেক্‌সিল্‌ও, মী অনী সোক্‌এ। য়ূম্‌সকৈসদি অমোম্‌নে, কৌব্রুবোম্‌ চেক্‌সিল্‌ও। মী মবি সোক্‌এ। সগোল্‌সেন্‌ নুমিৎত কৈ চন্‌বদি লাবনে। চিংখৈবোম্‌ চেক্‌সিল্‌ও, মী মঙা সোক্‌এ। ঈবাই নুমিৎত কৈ চন্‌বদি অমোম্‌নে, ময়াঙ্‌ তেল্লি। নোংপোক্‌লম্‌ চেক্‌সিল্‌ও। মী তরুক্‌ সোক্‌এ। থাঙ্‌জদি অমোম্‌নে, ময়াঙ্‌ সাংএ। থাংজিংলম্‌ চেক্‌সিল্‌ও, মী তরেৎ সোক্‌এ। যোগিনি, লাইজাউ মায়োক্রবদ চেক্‌সিল্‌ও, মায়কৈ অদুদ তুইএ। কাল্‌ বাহু মায়োক্র বসুং চেক্‌সিল্‌ও মদোম্‌দসু সা তুইএ।

**৮. সা তান্‌ব, ঙা থিবগি ৱা :**

সা তান্‌ব, ঙা থিবগি ৱাদি নোংমাইজিং নুমিৎত সা তান্‌বদি অচঙ্‌ অথোক্‌পনে। সা মহাক্তি লাবনে, তরেৎ সুইএ। নোংচুপ্তু খব ফায, খবা হেন্‌খিএ। ঙা থিবদি ফাবক্‌এ। নিংথৌকাব নুমিৎত সা তান্‌বদি অচঙ্‌বনে, লাবনে, তরুক্‌ সুইএ, মখাবোম্‌দ তুইএ। ঙা থিবদি ফায়এ। লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত, সা তান্‌বদি অথোক্‌পনে, সা মহাক্তি অমোম্‌নে, অহুম্‌, সুইএ। অৱাংলোম্‌দ হেন্‌খিএ। ঙা থিবদি ফাদে। য়ূম্‌সকৈস নুমিৎত তান্‌বদি অচঙ্‌বনে। সা মহাক্তি মবি সুইএ, অমোম্‌নে, কৌব্রুবোম্‌দ হেন্‌খিএ, অনীদি ফায়এ। ঙা থিবদি মখাবোম্‌দ হেন্‌খিএ, অনীদি ফায়এ। ঙা থিবদি মখাবোম্‌দ ফাযএ। সগোল্‌সেন্‌ নুমিৎত সা তান্‌বদি অথোক্‌পনে। সা মহাক্তি তরুক্‌ সুইএ, লাবনে, চিংখৈবোম্‌দ হেন্‌খিএ। নুমিৎ অসিদি সা তান্‌ব, ঙা থিব ফৎতে। ঈবাইদি অচঙ্‌বনে। সাদি তরুক্‌ সুইএ, গর্ভ লৈএ। নোংপোক্‌লোম্‌দ তুইএ। ঙা থিবদি ফৈএ। থাঙ্‌জ নুমিৎত সা তান্‌বদি অথোক্‌পনে। সাদি তরেৎ সুইএ, অমোম্‌নে। থাংজিংলোম্‌দ হেন্‌খিএ। ঙা থিবসুং ফাদে।

**৯. মপোক্‌থা অমদি নুমিৎত তৌহৈদব :**

পোক্‌প থাদ, পোক্‌প নুমিৎত খুজিন্‌ লেন্‌ব, সম্‌ কোক্‌প, না হূৎপ, থৌ চৎপ মবম্‌ মবি অসি ফৎতে। মহাক্‌ লায়চেল্‌এ, লন্‌ মাঙ্‌এ। মতু মচা মাঙ্‌এ,

খঙ্দবগি মবম্ন থব্বায় ময়েং তাইএ। পোক্প নুমিৎত গবোন্ (গ্রহন্) তৌববদি সমত্র ঈবম্ ৭ মগি মপান্দ লৈববসুং ঈকহৈদে, বাহুন ফংব কৌএ।

## ১০. নুপিন কার্য্যু লৈবগি বা :

নুপিন কার্য্যু লৈবগি ব্বাদি মাক্মৈদি ২, ৫, ৭, ১০, ১১, ১৭, ২০, ২২, ২৫, অসিদি ফৈএ। থব্বান্মিচাক্তি মৃগসিবা, পুনর্ব্বসু, আদ্রা, পুস্যা, হস্তা, মুলা, পুর্ব্বসাবা, পুর্ব্বভাদ্র, উত্তভাদ্র, বেবতি অসিদ ফৈএ। নুমিৎতি লংমাইজিং, সগোল্সেন্ অনীমদ ফৈএ। বোকোল্দি নুবা, ঙা, তন্ব, নোংসা, লীতেল্, তীল্লাইখোম্বি অসিদ ফৈএ। কার্য্যু থা ৩ সুববদ মঙম্ তৌবসুং অসিনে। থা ৮ দ মঙম্ তৌবসুং অসিনে।

নুপিন কার্য্যু লৈব নুমিৎকি ব্বাবম্দি নুপিগী বিতু চৎপ নুমিৎতগী ৪ নি সুবদ কার্য্যু লৈবদি নিপা পোক্ই। অঙাং অদু পুন্সিদে হিংলবসু পঙই মিনুংসি খঙ্দব অব্বাব ওই। নুমিৎ ৫ নি সুবদ কার্য্যু লৈবদি নুপি পোক্ই। অঙাং অদু পুন্সিদে। হিংলবসু লাইবক্থিবী লুম্রা ওইবী ওক্তবী অব্বাব নংবি ওই। নুমিৎ ৬ নি সুবদ কার্য্যু লৈবদি নিপা পোক্ই। পোক্লিবা অঙাং অদু পঙ্সিল্লি, অব্বা অনা ফংদুন লায়বৈ। নুমিৎ ৭ নি সুবদ কার্য্যু লৈবদি নুপি পোকই। অঙাং অদু লায়বব নিপাগী নুপি ওই, অনংব লৈখা তাব ওই।

নুমিৎ ৮ নি সুবদ কার্য্যু লৈখিবদি নিপা পোক্ই। অঙাং অদু মপাগী মবল্ মথুম্ মাল্ চাং মাঙ্হল্লি। মসাদ অনাব চেল্লি। নুংসি হৈতব মী ওই। নুমিৎ ৯ নি সুবদ কার্য্যু লৈখিবদি নুপি পোক্ই। পুন্সি সাংই, লন চেল্লি। মচানিপা পোক্ই, মতৌ লৈবী ওই, মপুবোইবগী কান্নব ওই। নুমিৎ ১০ নি সুবদ কার্য্যু লৈখিবদি নিপা পোকই। অঙাং অদু লন্ থুমগী মপু ওই। লাইবকফবী ওই, হৈগন্ সিংগল্লি, লৌসিং লৈ, মচা মসূ য়াম্ন য়াম্মি। নুমিৎ ১১ নি সুবদ কার্য্যু লৈখিবদি নুপি পোক্ই। অঙাং অদুন সাগৈ ফহল্লি, অচুম্ব পাম্মি, মিনুংসি চেল্লি। অহান্বদ মচানিপা পোক্ই। নুংঙাই য়াইফব ওই। নুমিৎ ১২ নি সুবদ কার্য্যু লৈখিবদি নিপা পোক্ই। অঙাং অদু মহৈ মসিং হৈগন সিংগল্লি। মমিং চৎলি। ইনাক্ খুল্লি, অফব মচা পোক্ই। মীবু য়োক্ই, লৌসিং সিংই।

নুমিৎ ১৩ নি সুবদ কার্য্যু লৈখিবদি নিপা পোক্ই। অঙাং অদু সাগৈ অনীবু ফহল্লি, সেম্ সাব ঙম্মি। মচানিপা পোক্ই। মীন থাগৎনৈ, মিনুংসি লৈ। নুমিৎ

১৪ নি সুবদ কার্ফু লৈখিবদি নিপা পোক্‌ই। অঙাং অদু মপাঙ্গল্ কল্লি। মিংচৎ লৈ, ইনাক্ খুল্লি। লন্ ৱাংতে, নুংঙাই য়াইফব ওই। নুমিৎ ১৫ নি সুবদ কার্ফু লৈখিবদি নুপি পোক্‌ই। অঙাং অদু ফম্নাইবগী হায়জবী ওই। মপুবোইবগী থৌদা পুব ঙম্মি, নুপি ওইবিগী লম্‌চৎ চৎপি, লাইনীং লন্নীদ মায় ওন্‌সিনবী ওই।

## ১১. চুক্‌কি ৱারম্ :

চুক্তি ২, ৩, ৫, ৭, ৮, ১১, ১২, ১৪, ১৫, ১৮, ১৯, ২১, ২২, ২৩, ২৪, ২৫, ২৬ অসিদ ফৈএ।

## ১২. লৈপাক্ ঙাক্‌পগি ৱা :

লৈপাক্ ঙাক্‌পগি ৱাদি লংমাইজিংদি য়োংন সঙ্‌এ। লৈপাক্ সূহৈদে। নিংথৌকাবদি কৈন সংএ, ফৎতে। লৈপাক্‌পোক্‌পদি ইবোইন সঙ্‌এ, লন্ খঙ্‌জেএ। য়ুম্‌সকৈসদি সামুন সঙ্‌এ, অনা অয়েক্ ফংএ। সগোল্‌সেন্‌দি নোংসান সঙ্‌এ, পুন্সিএ। ঈবাইদি সগোন্‌ন সঙ্‌এ, মিং চৎএ, মতীক্ চাউএ। লৈপাক্ সূহৈবগি ৱাদি অসিনে।

মাক্‌মৈ ৩০ মদ য়াম্‌ফা ওইব লাইদি থা অহন্নোংদগি হৌন য়ুম্‌সকৈস, লৈপাক্‌পোক্‌প, নিংথৌকাব, লংমাইজিং, থাঙ্‌জ, কেতু, বাহু, থাঙ্‌জ, ঈবাই, সগোল্‌সেন্ ১০ ম অসিন হঞ্জিন্ন ৩০ মগি ওইবনে। মহৈদি য়ুম্‌সকৈস, নিংথৌকাব, কেতু, ঈবাই, সগোল্‌সেন্ ৫ ম অসিন য়াম্‌ফা ওইবদি লৈপাক্ সূবগি অফব খঙ্‌জেএ।

লৈপাক্ সূবগি মাক্‌মৈ অফবদি ১, ১১, ২১, নুপি খঙ্‌জেএ। ২, ১২, ২২ লায়বৈএ। ৩, ১৩, ২৩ লন্ থুম্ চঙ্‌লক্‌এ। ৪, ১৪, ২৪ লন্ মাঙ্‌এ। ৫, ১৫, ২৫ অসি অনা নংজেএ। ৬, ১৬, ২৬ লন্ অফব খঙ্‌জেএ। ৭, ১৭, ২৭ মখোঙ্ ৪ পান্‌ব মাঙ্‌এ। ৮, ১৮, ২৮ অনা অয়েক্ নংজেএ। ৯, ১৯, ২৯ সনা লুপা খঙ্‌জেএ। ১০, ২০, ৩০ য়াইফৈ, য়েক্লব মাঙ্‌এ।

## ১৩. পুম্রি তৌবগি ৱা :

পুম্রি তৌবগি ৱা নোংপোক্‌তি লন্ য়াম্‌ন লোইএ। মৈবম্‌দি অনা অয়েক্ নংজেএ। খাবম্‌দি অচা অথক্ ফংজেএ ফৈএ। মীৎলম্‌দি অনা অয়েক্ নংজেএ ফৎতে। নোংচুপ্‌তি তৌহেদে ফৎতে। নোংসিৎলম্‌দি লন্ খঙ্‌জেএ ফৈএ। অৱাংদি চাক্ লন্ য়াম্‌ন চায়এ। লাইজিদি লন্ থুম্ খঙ্‌জেএ, নিংথৌন লন্ থুম্ পীনৈএ।

**১৪. লাইবেম্মনু কৃম্বগি ৱা :**

লাইবেম্মন কৃম্বগি ৱা হায়গে। থাঙ্‌জগ লৈপাক্‌পোক্‌পগ ২ মদি দুলাই তোংন কৃম্‌এ, লাইসঙ্ কন্‌এ। য়ুম্‌সকৈসদি হি তোংন কৃম্‌এ, ঈসিং চাউএ, চাক্ চায়এ। ঈবাইগ লংমাইজিংগ ২ মদি সগোল্ তোংন কৃম্‌এ, নোং কাংএ, সগোল্‌সেন্‌গ নিংথৌকাবগ ২ মদি সামু তোংন কৃম্‌এ। সামু তোংন কৃম্ব কুম্‌দি কুম্ ফৈএ, চাক্ চায়এ অসিনে।

**১৫. য়ুম্‌দ পোৎ পুসিল্‌হৈদব :**

য়ুম্‌দ পোৎ পুসিল্‌হৈদব থৱান্‌মিচাক্তি ২৩, ২৪, ২৫, ২৬, ২৭ থৱান্‌মিচাক্‌সিং অসিন পান্‌ব নুমিৎসিংদ য়ুম্‌দ উ, ৱা, সীংনচিংব পুসিন্‌ব ফত্তে।

**১৬. পোৎ পীহৈদব :**

নুমিৎ চযোন্ তবেৎমদ পোৎ পীহৈদবগি ৱাদি লংমাইজিং নুমিৎত ফৌ পীহৈদে। নিংথৌকাব নুমিৎত উফুল্‌ন লসিং ওইএ লসিং পীহৈদে, ফিসুং পীহৈদে। লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত যোৎ পীহৈদে। য়ুম্‌সকৈস নুমিৎত লৈপাক্, লৌ পীহৈদে। সগোল্‌সেন্দ লীক্ পোক্‌এ, লীক পীহৈদে, ঈবাইদ কোন্ পোক্‌এ, কোন্ লাইবিক্ পীহৈদে। থাঙ্‌জদ থৱায় পান্‌ব খৈবিক্ পীহৈদে, কোন্‌সুং পীহৈদে।

**১৭. পোৎ পীথোক্ পীসিন্ তৌব ফত্তব থৱান্‌মিচাক্ :**

পোৎ পীথোক্ পীসিন্ তৌব ফত্তব থৱান্‌মিচাক্‌সিংদি থৱান্‌মিচাক্ ২, ৪, ৬, ৯, ১০, ২৫, ২৬, ন পান্‌ব নুমিৎসিংদ ইমুং মনুংগি পোৎ-চৈ মীঙোন্দ পীথোক্‌প অমদি লৌসিন্‌ব ফত্তে।

**১৮. সা-সন্ লৈব-য়োন্‌ব ফত্তব থৱান্‌মিচাক্ :**

সা-সন্ লৈব-য়োন্‌ব ফত্তব থৱান্‌মিচাক্‌সিংদি থৱান্‌মিচাক্ ১, ৭, ৮, ১৩, ১৬, ১৮, ২৩, ২৪ অমসুং ২৭ ন পান্‌ব নুমিৎসিংদ সা-সন্ লৈব অমসুং য়োন্‌ব ফত্তে।

**১৯. উ-ৱা থাব ফব থৱান্‌মিচাক্ :**

উ-ৱা থাব ফব থৱান্‌মিচাক্‌সিংদি ২৪, ১৯, ১৬, ৪, ১২, ১৩, ৮, ২৭ হায়বিব থৱান্‌মিচাক্‌সিং অসিন পান্‌ব নুমিৎসিংদ উ-ৱা থাব মহৈ চায।

**২০. না হূৎপদি রা :**

অঙাং নিপা, নুপি অনীমক্কি না হূৎপদি চহী ৩, ৫, ৭ অসিদ তৌগনি। থবান্‌মিচাক্কি ৮, ১, ১৩, ১৭, ২০, ১৪, ২৭, ৫, ১৫, ১২, ২৬ অসিদ তৌগনি। মপোক্ নুমিৎ, মপোক্কি থবান্‌মিচাক্ অমসুং মপোক্ থাদদি না হূৎপা ফত্তে।

**২১. য়ূম্‌দ পুসিন্‌ব ফত্তব :**

চয়োন্ অমগী নুমিৎ তবেৎনিদ য়ূম্‌দ পুসিন্‌ব ফত্তবদি নোংমাইজিং নুমিৎত ধাতুন সাব পোৎ পুসিন্‌ব ফত্তে। নিংথৌকাব নুমিৎত য়ূম্‌দ থব্রায় পান্‌ব হূই, হৌদোং, সন্ ইবোইনচিংব পুসিন্‌ব ফত্তে। লৈপাক্‌পোক্‌প নুমিৎত চান থক্রব পোৎ য়ূম্‌দ পুসিন্‌ব ফত্তে। য়ূম্‌সকৈস নুমিৎত য়ূম্‌দ য়োৎ থাঙ্ পুসিন্‌ব ফত্তে। সগোল্‌সেন্ নুমিৎত য়ূম্‌দ থব্রায়পান্‌ব পুসিন্‌ব ফত্তে। ঈরাই নুমিৎত য়ূম্‌দ সেৎন চানব পোৎ পুসিন্‌ব ফত্তে। থাঙজ নুমিৎত য়ূম্‌দ য়োৎন সাব পোৎ পুসিন্‌ব ফত্তে।

**২২. থাবান্‌সিংদ চাহৈদব পোৎ :**

থাবান্ ১, ১৬ তোর্বোৎ চাহৈদে। থাবান্ ২, ১৭ ত লৈপূংখাঙ্গ চাহৈদে। থাবান্ ৩, ১৮ দ পতোল্ চাহৈদে। থাবান্ ৪, ১৯ দ মুলা চাহৈদে। থাবান্ ৫, ২০ দ হৈখাগোক্ চাহৈদে। থাবান্ ৬, ২১ দ নিম্ চাহৈদে। থাবান্ ৭, ২২ দ লফোয চাহৈদে। থাবান্ ৮, ২৩ দ য়ুবী চাহৈদে। থাবান্ ৯, ২৪ দ খোংদুম্ চাহৈদে। থাবান্ ১০, ২৫ দ কোলমনি চাহৈদে। থাবান্ ১১, ২৬ ত হব্রাই উবি চাহৈদে। থাবান্ ১২, ২৭ ত উবোকসুম্বল্ চাহৈদে। থাবান্ ১৩, ২৮ দ খামেন্ চাহৈদে। থাবান্ ১৫, ৩০ দ সা, ঙা চাহৈদে।

**২৩. নুপি তিন্নহৈদব নুমিৎ থাবান্ :**

থা ১২ মক্ত ৮, ১৪ পান্‌ব থাবান্দ নুপি তিন্নহৈদে। থাসি, থানিল্, অয়ুক্, নুমিদাংব্রাইবম্, নুপিন চাক্‌খুম থোক্‌প মতম্, মীবোন্‌ব থা সুবক্‌প মতম্, নুপি নিপাগী মপোক্ নমিৎ থোক্‌পদ নুপি তিন্নহৈদে। ❑

# ১৭. খুদম্ তৌবগি অফ-ফত্ত

## ১. ক্বাক্ মকোন্ সাবগি অফ ফত্ত :

ক্বাক্ন ইংখোল্দ মহুম্ সাবগি ব্রা হায়গে। নোংপোক্রুম্ সাব ফৈএ। মৈবম্দ সাবদি মৈ হৌএ। খাদ সাবদি নুংসিব নংজৈএ। নোংসিৎলম্দ সাবদি নুপি অফব খঙ্জৈএ। নোংচুপ্লম্দ সাবদি পূক্ত নীংব পাঙ্এ। লীক্লম্দ সাবদি লন্ খঙ্জৈএ। অব্রাংদ সাবদি থোইন ফৈএ। লাইজিদ সাবদি নুমিৎ খুদিং হবাউন পোল্এ। উ অব্রাংবদ সাব, নোংপোক্লম্ সাব, মৈবম্ সাব অসিদি লন্ ফংজৈএ। খাদ সাবদি ফংতে। নোংসিৎলম্দি মচা যাম্ন পোক্এ, লূপ্লাক্ খুল্লাক্ ফংজৈএ। নোংচুপ্তি ফংতে। লীক্রুম্দি মচাগি মপাল্ অফব ফংজৈএ। অব্রাংদি লন্ ফংজৈএ। লাইজিদি অনা অয়েক্ নংজৈএ। উ মতোন্ খাদ সাব ঈনাক্ খুল্এ। লম্গি উ অব্রাংবদ সাবদি নৈপাক্কিনে।

## ২. উচেক্ন য়ূম্দ চঙ্ব, তোংব :

উচেক্ন য়ূম্দ চঙ্ব, তোংব অনীমদি অমতনে খঙ্ননব মবম্দি নোংপোক্ লম্দদি পাইবক্তুন চঙ্ল-তোংলবদি য়ূম্ তাক্ মাঙ্এ। মৈবম্দগি পাইবক্তুন তোংল-চঙ্লবদি ব্রা য়াম্এ। খাদি য়ূম্ মপু সিএ। নোংসিৎলম্দি মীন হূবাল্লৈএ। নোংচুপ্তি মতু অফব খঙ্জৈএ। লীক্লম্দি লন্ খঙ্জৈএ। অব্রাংলম্দি অফব ফংজৈএ। লাইজিদি লৈবম্থাব নংজৈএ।

## ৩. য়েকুম্ থুবগি অফ ফত্ত :

যেকুম্ থুবগি ব্রাদি ৩০ থুবদি লায়বৈএ। ২০ থুবদি ব্রা থোক্এ। ১৮, ১৯, ১ থুবদি অকোং অসি নংজৈএ। অতৈদি ফব মসেল্নে। থা অহন্নোং থুব, থান্নিদ থুব ফংতে।

**৪. উচিন ফি চীক্পগি ৱা :**

উচিন ফি চীক্পগি ৱাদি উচিন ফি চীক্পদ য়াখুল্ অমদি ফৈএ। অনীদি লায়বৈএ। অহুম্দি ফৌ কৎএ। মবিদি অসি অনা নংজৈএ। মঙাদি সনা লুপা খঙ্জৈএ। তরুকৃতি নিংথৌন চাল্এ। তবেৎতি সনা লুপা খঙ্জৈএ। নিপান্ চীক্প মতু সিএ। ৯ দি মমী মনাই খঙ্জৈএ। ১০ দি লূপ্লাক্ খুল্লাক্ ফংজৈএ। ১১ দি ফৈএ। ১২ দি সনা লুপা খঙ্জৈএ। ১৩ দি লন্ থুম্ খঙ্জৈএ। ১৪ দি অনা অয়েক্ নংজৈএ। ১৫ দি সনা লুপা খঙ্জৈএ। ১৬ দি ফংতে। ১৭ তি ফৈএ। ১৮, ১৯ দি ফংতে। ২০ চীক্প পুন্সিএ। ২১ দি ফৈএ। থা নিন্বগুম্ন চীক্প ফৈএ। তোংন পুল্লপ্ পুল্লপ্ চীক্প মিং চৎএ, মতু য়াম্এ। মমৈ তুম্ন চীক্প মহাক্ নাইএ। কোয়ন চীক্প মহাক্ সোল্এ। ফিবাল্ সান চীক্প, কৃ সান চীক্প ফংতে খঙ্ও।

**৫. চফূ চবান্ খঙনব ৱা :**

চফূ চবান্গি খঙনব ৱাদি লাইক থংবন কূৎপদি লাইয়িংথৌ নামুংবনে। ফম্মেন্ কূৎপদি লাইমিনে। মাঙ্সোক্ কূৎপদি লাইবেম্ম নামুংবিনে। মৈনীং কূৎপ লাইবেম্ম পান্থোইবিনে, কল্লিউঙদি ফৈএ, নাবিউঙদি ফংতে। য়েৎলম্ ওযবম্ চৎপদি পোৎ ফৈএ। মাঙ্সোক্তগি ফমেন্ তান্ন কূৎপদি লিন্লাইনে ফংতে।

**৬. চদুম্ চবান্গি ৱা :**

চদুম্ চবান্গি ৱাদি লংমাইজিং নুমিৎত নাবদি মীৎলম্ চৎন নাইএ। অমবক্ মিপাইনৈএ। লাইজিদ চদুম্ ৬ থা-ও , ৪ নিদ ফৈএ। অদু ফংতবদি ৮ নিদ ফৈএ। নিংথৌকাব নুমিৎ নাবদি নোংপোক্লম্ চৎন নাইএ। নোংপোক্লম্ চদুম্ ১৫ থা-ও, ১১ নিদ ফৈএ। লৈপাক্পোক্প নুমিৎ নাবদি লাইজিবম্ চৎন নাইএ। ৩ লক্ মিপাইনৈএ। মৈবম্দ চদুম্ ৮ থা-ও, ৫ নিদ ফৈএ। য়ূমসকৈস নুমিৎত নাবদি অৱাংলম্ চৎন নাইএ। লাইজিদ চদুম্ ১৭ থা-ও , ৫ নিদ ফৈএ। সগোল্সেন্ নাবদি খাবম্ চৎন নাইএ। ৩ লক্ মিপাইনৈএ। নোংচূপ্লম্ চদুম্ ১৮ থা-ও, ১০ নিদ ফৈএ। ঈরাই নুমিৎতি নোংচূপ্লম্ চৎন নাইএ। অৱাংলম্ চদুম্ ২১ থা-ও , ৩ নিদ ফৈএ ১১ নিদ ফৈএ ১১ নিদ ফৈএ। থাঙ্জ নুমিৎত নাবদি মৈবম্ চৎন নাইএ। মীৎলম্দ চদুম্ ১২ থা-ও, ৫ নিদ, ৯ নিদ ফৈএ, খঙ্ও।

**৭. খোই মহুম্ সাব :**

য়ূম্দ খোইন মহুম্ সাবগি ফোলা হায়গে। নোংপোক্‌লম্ সাবদি সগোল্ সামু তোংএ ফেএ। মৈবম্ সাবদি অনা অযেক্ ফংএ। খাবম্ সাবদি সিএ। মীৎলম্ সাবদি মচা মস্‌ সিএ, লাই ঈন্‌থোক্‌ও। নোংচুপ্‌লম্ সাবদি মতু মচা সিএ, লাই ঈন্‌থোক্‌ও। নোংসিৎলম্ সাবদি য়ূম্ মপু সিএ, লাই ঈন্‌থোক্‌ও, ফৎতে। অব্রাংদি ফৌ কৎএ ফেএ। লাইজিবম্দ সাবদি ফম্ নাইব ফংজেএ ফেএ। সাগৈ ফব য়ূম্ ওইববদি ঈক মায়তান লোক্‌ও ফেএ। ফৎতব সাগৈদি লোক্কুন মৈদ ঈক্‌ও, ব্রাকম্‌এ ফৎতে।

**৮. উচেক্‌ন য়ূম্দ চঙ্‌বগি ব্রা :**

উচেক্‌ন য়ূম্দ চঙ্‌বগি ব্রাদি ফাবৌববদি খাইবোক্ খায়দোক্কুন সায়াঙ্‌কৈ অমদি উপ্‌ন ফুম্‌ও, সায়াঙ্‌কৈ অম লোংন ফুম্‌ও। লাক্‌থদ তৌও। ব্রাচেপ্‌ন কাপ্‌তু হুই যৈও। সেল্ মবি, থুম্ মবি য়ূম্‌জি মবিমগি থাংমৈ, ইকা, হৈ মসীং কাপক্ যাও-ও। লাই ঈন্‌থোক্‌ও। ফাবৌদ্রবদি লৈতাল্‌ন মসক্ তম্‌ন সা-ও। মচু অমুব ওইববদি হামুক্ তৈও, অঙৌব ওইববদি যাম্ চাইও, অঙাঙ্‌ব ওইববদি লৈচেঙ্ তৈও। ফূ অমদ তাইবেল্ মবোং অম সূদুন 'র্‌য়োং' হায়ন সোল্‌ও, অসুম্ তৌও।

**৯. উয়েন্ সৌবগি ব্রা :**

উযেন্ সৌবগি ব্রাদি ফুংগাদ সৌব, কোবেক্ত সৌব, উখোঙ্‌দ সৌব, য়ীম্‌থক্ত সৌবগি ঈবাৎ পোৎযাওদি খবায় অম সা-ও, ফক্‌ফি থা-ও, হৈ-লৈ, পান ব্রা, কোন্‌যাই হুল্‌ও। চেঙ্‌পূং অহুম্ সা-ও। উচেক্‌লুম্ ৭ থেৎও, পান্‌বোন্ ৭, সিংবোল্ ৭ হাপ্‌ও। ঙানু পোল্ ৭, খুনু পোল্ ৭, ওক্ অমোম্ অমুবী অম্, সাফাৎথাঙ্, ঈবাংপুল্, সাফূৎফূ চাবান্‌ফূ, মথাক্ মথুম্, লোইকগি নাউকক্, মাঙ্‌সোক্ ফম্‌লেন্ লুক্ ১৪ নে। উচেক্ মকম্ অমমম্ হাপ্‌ও। কামুক্ ৭, কেগাম্ ৭ মাঙ্‌সোক্ ফম্‌লেন্ য়েল্‌ও। পূক্‌য়ু লাইয়ু থা-ও। থক্‌খল্ যাও-ও, চিথেক্ মবিমদ ফিবাল্ ৪, থাউমৈ ৪ থাল্‌ও, পোৎলোই সুন নিও। অফব নুংঙাইব কুবিবনে।

**১০. নোংসিৎ সীৎপগি ব্রা :**

নোংসিৎ সীৎপগি ব্রাদি লম্‌তা মঙা পান্‌বদ নোংপোক্ লম্‌গি নোংসিৎন নোংচুপ্‌লম্ সীৎপদি খুল্ নাই চাক্ লাম্‌এ। কালেন্ মঙানি পান্‌বদ মখালম্‌গি

নোংসীৎন অৱাংলম্ সীৎপদি খুল্ নাই লাইবু নীংএ। চাক্ চায়-এ। মৈবম্ লম্ সীৎপদি খুল্লাই মৈন উংনন নাইএ। নোংচূপ্ লম্গি নোংসিৎন সীৎপদি নোং হক্এ। নোংচূপ্ লম্গি নোংসিৎন সীৎপদি নোং হক্এ। মখা লম্গি নোংসিৎ সীৎপদি চাক্ লাম্এ। থানিল্দ্ সীৎপদি চাক্ চায়-এ।

**১১. খুদম্ তৌবগি ৱাৱোল্ :**

খুদম্ তৌবগি অফ-ফত্ত ৱাবোল্দি নিংথৌন নোংমদ সিবগ তন্ন হিংলক্লবদি লৈপাক্ চাউএ, ফৈএ। সন্, হামেঙ্ অমুবিন মচা অবাংব পোক্প মপু ফৈএ। সন্গি লাইকোই লৱাইদ, যাঙ্লেন্দ লৈব ফৈএ। সন্গ ইবোইগ লোযতান্নব মপু ফৈএ। সনন ইবোইগি মখোম্ থক্প মপু সাউএ, ফৎতে। মীন মখোম্ অহুম্ পান্ব ফৈ। সন্ন মখোম্ অহুম্ পান্ব ফৎতে, মপু লায়বৈ। ওক্ল সনবু লোযতান্নব মপু চাউ-সাংই ফৈ। মীগি হৌদোংন ঐগী যূম্দ মচা পোক্লববদি নাই সন্ ফংই। হৌদোং মমৈ লোম্বন, যূম্দ চঙ্লক্পদি অনা অয়েক্ নংই। সন্ য়োন্খিবদ হল্লক্লুন চেল্লক্প ফৈএ।

হামেঙ্ন সন্গি মখোম্ থক্প ফৎতে। হূইন হৌদোংন যূম্থক্ত মচা পোক্প যূম্ মপু সি। হূইদি যূমথক্ কাহৈদে, কাববদি কোক্ও। হামেঙ্গ সন্গ ৱাইনব নিংথৌ অমন লৈপাক্ অনীগি নিংথৌ ওইএ। কৈবাক্ তেক্প যূম মাঙ্ তাক্এ। নোং চুদন ঈশিং চাউব, ঈসিংন নৈব, কুম্গুম্ মুব সঙ্গোম্ন ঈগুম্ ঙাঙ্ব, লৈপাক্ তাক্এ। মী অমুবন মচা অঙৌব পোক্প নিংথৌসু, মহাক্সু ফৈএ। মী অঙৌবন মচা অমুব পোক্পদি সনামহীনে ফৎতে। খাঙ্ঙবু, খাংঙেন্ যূম্বী তেক্প যূম্ মপান্ লোইন তুবব লাইদ থৌনিযু।

সজিবু, কালেন্, ঈঙা থা অহুম্মক্ত নুংসা তবংন থোক্লব, থৱান্মিচাক্ নিংথৌ সিদবন মাঙ্লব, সজিক্ থবা ওন্নবব, নুমিৎ তাখিবদ লৈচিন্ন নুমিৎপু খল্লব, নুমিৎ থোবক্পদ নুংথিল্ মম্ব, থাদ লৈচিন্ন খনব সজিবু থাদ নোংথৌবু মৈখুগুম্ন, থাবু লৈচিন্ন খুম্ব, লৈচিন্ অমুবগি মবক্ত অঙাঙ্ব চঙ্লব, থা অমদ মবিবক্ যুহাবাবব, পোযনুদ নোং খাক্প, ৱাকচিংদ নোং চুদ্রব, সজিবুদ নোং চুদ্রব, থৱান্ থাগি নিপান্নি পান্বদ নোং চুদ্রব, ৱাক্চিং থাগি নিন্মাঙ মঙানি পান্বদ নোং খাক্রব, কালেন্গি থাসিবু থাঙ্জদ সিবব, ফাইবেন্ থাগি নিন্দুং মঙানি পান্ববু সগোল্সেন্, থাঙ্জদ ওইবব মবম অসি খিবিক্পু থোক্লবদি লৈপাক্ত অৱাব থোক্লবনে খঙ্ও।

**১২. অঙাং ময়া হৌবগি অফ-ফত্ত :**

অঙাং ময়া হৌবগি অফ-ফত্তদি অঙাংন হেক্ পোক্লকপদ য়া হৌববদি মমা মপা সি। থা অমদ য়া হৌববদি মপা সি। থা অনীদ হৌববদি মমা সি। থা অহুম্দ হৌববদি ময়াম্ব সি। থা মবিদ হৌববদি ফৈ। থা মঙাদ হৌববদি অহাও অথুম্ চাগন্ব মবাইবক্ ফব ওই। থা তরুক্ত হৌববদি নুংঙাইব ওই। থা তরেৎত হৌবদি পাঙ্গল্ কন্ব মতীক্ লৈব ওই। থা মাপল্দ হৌবদি অথৌব খৃৎকন্ পাংগন্ব ওই। থা তরাদ হৌববদি অঙাং অদু সি। থা তরামাথোই, তরানিথোইদ হৌবদি নুংঙাইব, লম্চৎ ফজব, মবাইবক্ ফব ওই।

**১৩. গ্রহন্ তৌবনগ ফোলা :**

গ্রহন্ তৌবগি ফোলাদি নোংপোক্লম্ লাক্পদি মাযকৈ অদুগি নিংথৌ সিএ। নুমিৎ য়ুংবদ ওইববদি ইখোযগি নিংথৌ সিগদনে। নোংচুপ্ লম্ লাক্পদি নোংচুপ্কি নিংথৌ মাঙ্এ, সাপাউ লান্পাউ লাক্এ। পূম্ন য়োৎতুন খুদোল্ মবি থাক্পদি নিংথৌ ৩, লৈম ৩ অসিগি মবক্তগি অম মাঙ্গদনে। পূম্ন যোৎলবদি লৈপাক্ তাক্কদনে খঙ্ও। লৈপাক্ তাক্হল্লোই হাযববদি নোংপোক্কি অরাংলম্ সঙ্ অম সা-ও। সগাই অম সা-ও। ফিবাল্ ফি লম্ ৫ কুইও, মখোক্ লম্ ৫ কুইও, ফিবাল্ লম্ ৩ কুইব লৈমগি পোৎলোইনে, সঙ্গি সগাইগি নোংপোক্ লম্ য়ুংও। লৈপাক্কি অঙম্ অথৌবগিদমক্ ফিবাল্ মচা ১০০ পানগ হৈপাল্ লৈপাল্ চেঙ্পাক্ কবোক্, লৈ চন্দন্ মবম্ খৈবিক্ চঙ্খোন্ন লাইদ কৎলবদি লৈম নিংথৌন হান্ন খুমলবগ লৈপাক্কি কৃম্মৈ মসীং সুন হবাউন সান্নৌও। পূং চাইসেন্ কোংন লাইদ তাইবঙ্পান্ব মপুদ কুজববদি নিংথৌগি লৈমগি লৈপাক্কি বিথি লাংফম্ তাক্কদব ওইববসুং তাক্লোই হাযন খঙ্ও। সনা লুপা যাওন চেঙ্ উচেক্ লূম্ ফক্ যাংকোক্ অনী ফিঙৌন সগাইসুং সঙ্সুং থুংন কোয়ও। মখাসুং থা-ও। মথক্তসুং থাখল্ খল্ও। অসুম্ তৌন কৎচগদনে।

নোংযাই মতুং নোং ঙান্গদব মতম্দ লাক্পসুং নুমিৎ থোক্কদব মতম্ চাক্ চাদবিব অয়ুক্ লাক্পদি লৈপাক্ ফৈএ, নুংঙাইএ। থৌবম্ তৌব ফৈএ। অয়ুক্ য়ুথক্ চাক্চা তোক্পদ ওইববদি চূং হৌদ হৌনন নাবক্ খুদিং হাঙ্দন মী সিনগদনে।

নুমিৎ য়ুংব মতুং সল্ কাবাইদম্ লাক্পদি চূং হৌদ হৌনন নোংমগি মনুংদ থরায মাঙ্এ। নুমিৎ তাব মমাঙ্দ লাক্পদি নিংথৌ পান্ব খৈবিক্ ফৎতে। মী অযাম্ব খৈবিক্ মক লূক্এ।

**১৪. লৈখা, নোংথৌ, লৈপাক্‌পু উদন সোক্‌প :**

লৈখা, নোংথৌ, লৈপাক্‌ অহম্মদ উদন সোক্‌পবু খঙ্‌নবদি বাহ্‌ কেতুন নুমিৎ থাবু কবোন্‌ তৌবব, সঙাইসেন্‌ পাইবব, য়ুহাবাব, থবিয়ূম্‌ সাব, ধুমকেতু থোক্‌প অসি খৈবিক্‌পু উববদি অহিং তবেৎ সুদ্রিবদি লুহোঙ্‌ব, মাত্রা খোঙ্‌সান্‌ব, লাইসঙ্‌ সঙ্‌কাব, য়ূম্‌ সাব অসি খৈবিক্‌পু কবি কবিসু তৌফবোইএ। ❑

--লোইরব--

এন আই সেবিজগি

## ফোঙলব লাইবিকসিং




এন. আই. পব্লিকেসন

সগোলবন নাউরেমথোং খুনৌ, লৈকাই

জিরোন লৈবক ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১